## অখণ্ড অহৈশিংগী মত—

শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোত সিংহ অমসুং শ্রীমতি সনবাম ইবেমহল দেবী অনীনা সম্পাদন তৌবা "থায়নগী মণিপুর অমসুং ময়াং থোরকপা" কৌবা লাইরিক পাজরে। লাইরিক অসিদা ইরমদম অসি লৈশেম্নকপগী মতাং, মাগী মাগী নিংথৌ অমমম্না শাসন তৌরম্মবা য়েক-শলাই পুম্নমক্কী লৈবাক মচাশিং অদু কমদৌনা অমসুং করম্না মতমদা নিংথৌজা ( মঙাং ) লৈবাক্তা তিনবা অমদি গ্রেটর কংলৈপাক শেমবা তাঙ্কক নাইনা নৈনরি। নোংমদি ঐখোয়গী হৌরকফম থিরকখিনি হায়নবগুম শ্রীইরাবোত সিংহ অমসুং শ্রীমতি ইবেমহল দেবী অনীনা য়াম্না কুপ্না থিজিন্দুনা ঐখোয়গী মৈহৌরোল লাইরিক অসি পুথোক্লি। লোয়ননা মপান লৈবাক্তগী চঙলকখিবশিং অমদি লৈবাক অসিদগী মপান লৈবাক্তা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈথ্রবা ইরৈচাশিং অদুগী মরমদসু মমুৎ তানা নৈনরি।

মরু ওইনা ইলেকটিব মণিপুরী লৌবা টি.দি সি. ছাত্রশিং অমসুং মণিপুরী লৌদুনা এম.এ. তম্লিবা ছাত্রশিংদা লাইরিক অসিনা থোইদোক হেন্দোক্লা কান্নবা পীগনি খঞ্জে। মতুংদা অসিগুম্বা মচাক চেল্লবা লাইরিক পুথোকপীগনি হায়বা অচেৎপা থাজবা থমদুনা অইবা অইবী অনীমকপু থাগৎচরি।

পদ্মশ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

তাং ৩১/৫/৯৫ ইং উরিপোক, ইম্ফাল

## অখণ্ড অহৈশিংগী মত –

শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোত সিংহ অমদি শ্রীমতি সনবাম ইবেমহল দেবী অনীনা ইবা "থায়নগী মণিপুর অমসুং ময়াং থোরকপা" কৌবা লাইরিক অসি পাজরে। ইতিহাসকী ওইবা মীয়েংদগী মণিপুরী সংস্কৃতিগী মচলশিংবু ময়েক শেংনা অমদি মরী মখোঙ শেংনা খিদোক্লবা হোৎনবা ফজরবা সাধনা অমনি হায়না লৌবা তাই। নোংদা লাইরেন পাংখংবনা পানবা হৌখিবা নাক-য়েৎতগী হৌরগা ২০ শুবা চহীচা ফাওবগী মনুংদা লৈবা সংস্কৃতিগী মচলশিং প্রমান কয়াগী য়ুম্ফমদা লাম্হোক্লবা লাক্লরি। হৌজিক হৌজিক য়েংনবগী মচাক ওইরিবা 'মৈতৈ মীতৈ' অমদি 'ময়াং' গী ফোঙ ফোঙ শারিবা ব্রাফমদা থাজবা য়াবা মত কয়া ফোঙদোক্লি। পুম্নোইমক লোইরবা ওইনা লাইখাই তারবমক্লি হায়না লৌবমক্তি লুনা থোক্লদবা ব্রাফম কয়া অমসু লাম্হোক্লি। অইবশিংগী মীৎয়েংনি। অচুম্বা অশেংবা অমা খিদোক্তুনা লেপথোক্লবা পাম্নে ওইবা য়াবা য়াওরি।

মচাক মরাং কায়না খোমজিন্নগা নৈনদুনা লাম্হোকপা মওংগী পোত্থোক্লি। পুয়া, ইতিহাস অমদি সাহিত্যগী মচল কয়ানা নৈনবা অমদি মত পীবগী য়ুম্ফম ওইহন্নবা লাক্লে। মেথোদোলোজীগী মতাংদা অশোনবা মতাং থরদি অদুম মরে। অদুমকপু ইচঙ থৌনা পুথোক্তুনা তশেং তশেংবা ব্রাখল্লোন অমা উই। ফজবা মওংনি। মরী মখোঙ খঙনা

মতম চঙনা হৌবা লাইরিক্কি। ব্রাফম অমনা মৈত্রবাক্তা তৌরিবা মীওই পুম্নমক অসি খেন্নবা কয়া মায়োক্নজরবসু নকশিন্না লৈমিন্ননবা ব্রাখল পোকহন্নবা শাফু অমা লাইরিক ওইসিনা পীরি। অইবশিংগী কলমদগী হেন্না মওং তাবা মরীক শেম্না থিজিনবা অমদি নৈনবগী ওইবা লাইরিক থোক্লক-খিবা য়ারি।

শ্রীএলাংবম দীনমনি
প্রোফেসর
মণিপুরী মশঙ (বিভাগ)
মণিপুর তাইবঙ মহৈকোল

কাঞ্চিপুর
মে ৩০, ১৯৯৫ ইং

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক অসিদা পঞ্জরিবা পুম্নমক অখঙ-অহৈশিংনা তম্মী তাকপীরকপা অমদি মচাক চেল্লবা লাইরিকশিংদগী খোমজিঞ্জবা ওাক্তনি। ঐখোয়দি চুম্না মশক নাইবা লৈ পরেং অমা ওইনবা লেংজবা খক্তনি। লৈশেম্বা মতুং ওা-ঙে পেরেডতা লমদম অসিদা শলাই খুদিংগী নিংখৌ পানবা লৈবাক মচা তরেৎ থোক্নুনা তোঙাল তোঙালনা লৈরম্মী ঃ ১) মঙাং শলাই (নিংখৌজা না কংলাদা কোন্নুং ওইরগা খুরাই, ৱাংখৈ, খাই অমস্তং য়াইস্কুলনা কোনবা এলিয়া অসি খক্তদা পাল্লম্মী। (২) লুৱাংনা লমফেল পাৎ অমসুং লুৱাং-শংবমগী এরিয়াদা পাল্লম্মী। (৩) খুমন না পুমলেন অমদি ইকোপ্পা কোনবা লমদমদা পাল্লম্মী। (৪) অঙোম-না কোংবা পুরুক শৌবীনা কোনবা লমদমদা পাল্লম্মী। (৫) মোইরাংনা থাংহী ওাওোয় কেগে মোইরাং লমদমদা পাল্লম্মী (৬) খাবা ওানবা-না লৈতাংকোক্লা কোনবা লমদমদা পাল্লম্মী। (৭) শরাং-লৈশাংথেম-না ঈথাই অমসুং চকপীনা কোনবা লম-দমদা পাল্লম্মী। নিংথৌজা ফুরুপ্পা তোঙাল তোঙালবা মতমদা শলাই পুম্নমক্কী নিংথৌ পুম্নমকপু লান্দা মায়খিবা পীরগা লৈবাক পুম্নমক মঙাং লৈবাক্তা তিনশিনখি। লোয়-ননা চীংগী শরুক পুম্নমক লৌশিন্দুনা গ্রেটর (Greater) কংলৈপাক লৈশেমখি।

থায়নগী ইরমদম অসিগী ফজরবা শক্তম অদু উৎ-চবগা লোয়ননা মপান লৈবাক্কী প্রভাবনা হোংফল্লিবা না মমেন অদুসু উৎচরি। লোয়ননা পোক্লফম লমদম অসি

থাদোক্লগা চৎখ্রবা হৌজিক হৌজিক বর্ম্ম ( ম্যানমায় ) দা, কাছাড়দা হোজাই লঙ্কাদা, ত্রিপুরাদা অমদি বাংলাদেশ-তা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা ইরৈচাশিং অদুগী মীরৈ-কৈরৈ অমসুং হিংলিবা থাক অদুসু উৎচরি। ইনক নক্লা চান্দেল জিলাগী মনুংদা ক্কাথাদা লৈখ্রবা মৈতৈশিং অদুগী মরমদসু নৈনজরি। চীংমী তম-মী অনীগী মৈয়োল্লোলগী মরী উৎচবগা লোয়ননা মরুওইবা ট্রাইবশিংগী হৌরকফমসু পীজরি। মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌবা অমদি চীংমীনা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌবা মতমগী য়াওলনি। লাকখিবা চহী ৩৮৯ রোম থক্তা ভাইরিবা মুসলমানশিংগী খুল মশিং ৮০ রোম শুখিবা, মীশিংনা ১,৬০,০০০ ( ১৯৯১ ) ওইখিবা অঙকপা ওইদে। বিষ্ণুপ্রিয়াসু ওইসনু, বামোনসু ওইসনু মৈতৈ খুন্নাম্নদা ঈতিন-খ্রবা ভাক্তনি। নোংপোক হারমদগী লাকপসু ওইসনু, নোংচুপ হারমদগী চঙলকপসু ওইসনু খুন্নায়সিগী শাগৈ শনাইগী মনুং চনখ্রবা ভাক্তনি।

অরূবা ঈশিংনা মতাইদা চেনবা অমসুং অনৈবা ঈশিংনা ময়াইদা চেনবগুম খাইরাম্বন বাজার ময়োলদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা খাইনা ময়াং হায়রগা খঙনখিবা মাহৈ অসিগী অর্থ অমদি মখোয় লাকখিবগী মরমদসু মৈনজরি। ই, ডবলিউ দুন-না মাগী "Abridged Gazetteer of Manipur (1891)" অমদি শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ-না মাগী "The meaning of Mayang" দা পীরিবা মত

অনী অসি মান্নদে। ঐখোয়না মরুওইনা নৈনজরিবা অসি শ্রীইবুংঙোহল সিংহগী মত নি লৌখীগদবা ওই। ঐখোয়গীস্ অব্রাৎপা লৈরমদ্রে, থিজিনবা ঙমদবগী ব্রা ওইরম্লে হায়-নীংই। নম্বা লোইরবা কান্দা ফংবা মচাক কয়াগুনস্ লৈহৌরে। নৈনবগী অরোই-অথম মৌবপোৎ নত্তে। নোহৌনা ওজা খেলচন্দ্র সিংহনা তাকপীরকই মদুদি মৈত্রবাক্তা অহান-বদা মৈদিংঙু নোংইনফাবা (১৫১২-১৫২৪) গী সনাহাঁভক্তা লাকখিবা লংহিং থাংবা নিপা অমা মীগ্নাম্না নমদুনা মরেং-বান্দা য়াল্লিবা লংহিং অদু লৌখোকখি। অদুগা মহাক অদু অরাম্বম শাগৈদা লৈহনখি। মহাক্কী মমাঙ নত্রগা মনুং মতমদা ময়াং খোরকপা ওইবা তাই।

মণিপুর সরকারগী আর্টস এণ্ড কলচর বিভাগনা লাই-রিক অসি নম্নবা শেলগী মতেং পীবিরকপগীদমক বিভাগ অসিগী মরী লৈনবা অথোরিটিদা ভৌবিমল খণবা উৎচরি। লোয়ননা শ্রীএ, বাবুতোম্বী শর্মা, মেনেজর লক্ষ্মী প্রেস, খৌ-বাল-বুস্ লাইরিক অসি নম্নদা অব্রাবা থাংবিবপীদমক থাগৎচরি।

অরোইবদা হায়জনীংবদি ইজরিবা পরিংদা অশোইবা অরানবা য়াওরম্লোই হায়বা ঙমজদে। খণ্ডহৈরবা মাইচৌ শিংগী মমাঙদা কি-খণ্ডনা পুথোকচবা ভামনি। মতম চানা

প্রূফ য়েংহৌদবদগী বানান লানখিবা কোঙাইনি, ভাকপী গনি খঞ্জে। মথংগী খুংনমদা চুমথোকচগে। লোয়নননা হৗরম অসিগী নৈনরোলশিংদা তেংবাংবিনবা মরিক চুম্বা পাউতাক পীবিগনি আশা তৌজে।

তাং ৩১/৫/৯৫ ইং
ইঙাগী নিনি পানবা
খুমশংকৈশা নুমিৎ

শ্রীমোইরাংথেম ইরাবোত সিংহ
অমসুং
শ্রীমতি সনবাম ইবেমহল দেবী

# য়াওফম তাকপা

খীরম | লামায়

## অহানবা শরুক



## অনীশুবা শরুক

# অহানবা শরুক

# মণিপুরগী লৈশেম্বা

Study on pre-historic culture and proto history, origin of Meitei, formation of Meitei society, emargence of Meitei kingdom under Ningthouja dynasty and formation of the union of the country.

লৈশেমহৌদগী লৈবাক অসিদা (১) শরাং-লৈশাং (২) হাওরোক-কোন্থৌ (৩) উরোক-উশাই (৪) থাঙজা-কপোং (৫) খুনফন ঙাংজেং (৬) হৈরেম-খুনজাম অমস্তুং (৭) লোকখা-হাওখা হায়না খঙনবা কাঙলুপ তরেং মাগী মাগী লমদা নিংথৌ-পানবা লৈবাক মচা অমমম ওইনা লৈরম্নই। ইতিহাসকী মনাঙগী রানি। মতম অদুগী শংস্কৃতি থারবা লৈচিন-নোংফাই মরক্তা লৈখিবগুম খঙবা ঙমদ্রে। প্রমান ওইবা য়াবা মচাক ফংদবদগীনি।

ঐপোয়না খঙবা ঙম্গা হায়ববু অহানবদা চীংদা লোয়-নমক লৈরমই ; চীংদা লৈরগা তম্পাক্তা লোউশিংউবা চখোক-চশিন থাবদগী তম্পাক্তা থুন্দ লৈতাহুনা লৈখিবনি হায়বসিনি। অহানবদা লৈকু লৈরাইদা নত্রগা শুক্লংদা লৈরম্নদগী মি (spider) না লাং শারগা মকোল শাবা উবদগী মখোয়না য়ুম শাহুনা য়ুম

লিংবা হৌখি। প্রকৃতিগী শাইংগোন্দা উরু-তারুবা কয়াদগী লৌউবা, ফিরোল শাবা, চক্ষু শাবা অমদি হিংবদা দরকার ওইবা অতে পোৎ পুথোকখি ।

অরিবা যুগতা নোংমাই মনাও খুংহৈবা অমসুং লুরাং মনাও শিলহৈবা অনীমা মওং তাবা য়ুমশাবা অমসুং অতৈ শিন্দম হৌদোক্লমই । খৃষ্টগী চহী ৩০০/৪০০ গী মনাওদা খাবা শলাইগী নিংথৌমচা তরংখোইন্নুচাদা পাম্হৌইবীবু অওং-অউলগা লোয়ননা লুংহাংখিবা অতুগী মতৌ তমহুনা তুংদা অওং-অউল তমহুনা লূহোংবা চংনরকখি । খাবা নিংথৌনা নোংপোক অমসুং পাম্হৌইবীবু খুভম য়াহুনা লাই লাংপগী মতৌ তমহুনা উমংলাইগী খুভম য়াহুনা লাংপা চংনরকখি । লাইদা লুক কৎপগী চৎনবী মতম অতুদগী হৈরক্লবনি। চকপা সরাংবা, সরাং মেলোংবা অমসুং মেলোংবা হামেংমিৎ অহুম্না সলাইরেন শিদবনা ওনবা শক্তি তান্নরুবদগী কোরৌশক্তা সোরা-রেন্দা লাইয়াম্না হরাওরম্বা উরংবদগী মতুগী মতৌ তমহুনা উমংলাই হরাওবা চংনরকখি । সোরারেনগী তালোংই লাইরৈমা-না নোইরম্বা উরুবদগী সরাং মেলোংবনা ফিজং শন্দুনা মশা মতোমতা নোইবা তমজখি অমসুং তুংদা চকপা পুম্নমক্তা তম্বীহুনা অনোইরোল চংনরুকখি । থাংজিংগী মাহুবা মোরিবিচানা অনোইরোল তমহুনা মোইরাং হরাওবদা অনৈ ইরৈ ল হৌদোকখি । লৈশেম নোংশেম লোইরবদা লংমাইচীং (নোংমাইজিং) দা

লাইয়াম্মা মুংঙাইবা হরাও তয়াম্না ফোংদোক্লুনা লাইনুরা ৭ লাইবংথৌ ৯ না শাখিবা জগোয় অমস্নুং ঈশৈ শকপা উক্রু-তাক্লবদগী অমদি হারাববু নোংথাং লৈমনা শুদ্ধংনবা শাখিবা জগোয়গী মতৌ তমথুনা জগোয শাবা অমস্নুং ঈশৈ শকপা হৌদোকখি। মৈনা রায়না তানা শমথরকখি ।

লৈশেম নোংশেম্না মতমদা লাইবংথৌ মাপাল অমস্নুং লাই-নুরা তরেং (নিপা নুপীগী শক্লমদা) লৈবাক লৈতাইনবা শূবদা নিপা মখেনা "হে হাঁ" অমস্নুং নুপীশিংনা "হোই হোই" লাউবগী মতৌ তমথুনা থবক শূবগী রাররুবা কান্দা হোই লাউবগী চংনবী চংনরকখি। লাইবংথৌশিং অমস্নুং লাইনুরাশিংনা তরং মথক্তা লৈবাক হৈর হৈরগা লৈশেম্নদা রারথুনা পোত্থানবা য়ু থকখি। মাতুমদগী পুং ৮ গী মতম্ব য়ুথক অমা হায়না শঙনখি। মার্জিংগী মতমদা কাংজৈ কাংছু শীজিন্নরম্নদগী মৈত্রবাক্তা কাংজৈ কাংছু শীজিন্নরকখি। খুন্টগী মমাংদা পাম্হোক্‌বীনা ছুইত্রি শীজিন্নরম্নগী মতৌ তমথুনা মৈতৈ নুপীনা ছুইত্রি শীজিন্নখি।

লাইনিংথৌ পুথিবন য়েম্পাক শাবা হৌদোকপীরমই। লৈনুং মোরী য়োংশুংবনা য়োংপাক অমস্নুং শিংজং শাবা হৌ-দোকপীরমই। খম্নাংবা (ককচিংদা লৈবা উমংলাই) গী লাইরোন্দা য়োংপু চগেম শায়বগুম শায় হায়না পম্নরি। খুন্টগী আ-মমাংদা লৈনুং লোঙ্গা পাখংবনা তা শীজিন্নবা হৌগ্রবনি।

নুপী ওইবীশিংনা নাদা লৈ চিন্নরিবা অসি লৈমরেন-না হৌদোকপীরম্মনি। লাইরেম্মনা নাদা চিন্নবা 'চোমজাও' শা-রমই। মহে মরোং থাবা অমস্নুং পাম য়ানবা লাইহরাউবগী মৈহৌরোন্দগী লোয়নররক্লবনি। হরাউবদা লাইগা লাইগা, চোংগা চোংগা, থাঙগা থাঙগা থেংনরিবসিনা তাইবংপানবা অসি নামতা ওইবা য়ারে তাকই। লাই নুপী খিবা হায়বা অসিনা শারেপ ফারগা নুপী থিরগা য়ুমন য়লেন্দা খোংদাবা খঙহল্লি।

গুরু শিদবনা মপাবু খঙবর' য়েংগে হায়না ষণ অশিবা শাহুনা ঈশিংদা তাওথরকই। মাহু উবদা কুপত্রেংনা ষণ অহু অশিবনি, পুমলে, তুকচৈ হায়রমই। শেন্ত্রেংনা অশিবা ওই রমদবা য়াই; ষণ অসিবনবু মমৈ হুন্দরা হায়রমই। মাহু তাবদা গুরুনা মমৈ নীংথিজনা হুম্লক্লে। কুপত্রেং শেন্ত্রেং অনিনা গুরুনি খঙলহুনা ষণ অহু কংফালদা চিংখংলে। গুরুনা মুর্ত্তি লৌহুনা চোংথোরক্লে; "শেন্ত্রেং নঙদি নংপাবু গুরুবু মশক খঙই, নঙগী মমিং পাখংবা কৌরো; অহুগা কুপত্রেংনা সনা অহিংবা মচু লৌহুনা সনামহী কৌরো;" হায়না তাকপীরমই।

গুরুনা ওনবা ষণগী মশা অহু মতুপ তরেং থোক্লা কক্লে। য়েক খুদিংমক্লা মতুপ অমমম লৌখরে। মানা মানা ফংবা শরুক অহুগী মমিং লৌহুনা মাগী মাগী য়েক্কী মমিং থোরখরে। খোরীগী অঙোবা শরুক লৌবা কাঙবু-বু অঙোম, নীংথিজবা মিংকী শরুক লৌববু নিংথৌজা, লরাইলেম্ফু লৌববুলুরাং,

খুমাং লৌববু খুমন. মমৈনা কুপশিনবা মরিং-মরাংবা 'লৌববু মোইরাং, চেংলৌ মায়খোং লৌববু চেংলৈ অমস্নুং থম্মোয়গী অঙাঙবা শরুক লৌববু ঙানবা হায়না খঙনখ্রে।

গুরু শিদবনা সনামহী অমস্নুং পাখংবা অনীগী মরক্তা থরা হেন্না শিংবা অমদা নিংথৌ খুভম শীন্নগে থন্দুনা হায়রকই —"ঙসি কৌবা নোংদা নচিন-ননাও অনীনা লৈবাক মরোল অহুম কোয়রুরো ; হল্লকপা হানবা অহুদা ইপাগী খুভম শীন্নগে ; হল্লকপা কান্দা ইপাগীদমক খোক্লাইদবা লৈগা উ-মাইদবা শীঙগা পূরকউ"। সনামহীনা মাগী শাদোং কৈ তোংহুনা লৈবাক কোয়খরে। পাখংবদি মাহুমক ঙম্নি উদ্রহুনা নুংঙাইতনা লৈরে। মাগী মতৌ অহু উবদা লৈনরেল শিদবীনা তাকপীরমই—"নপাগী (গুরুগী) ফাঙখোং অহুম্নক কোয়বগা মালেম মরোল অহুম কোয়বগা চপ মান্নে ; লৈ খোক্লাইদবনা লৈশংনি ; শীঙ উ-নাইদবনা ষম্থিনি"।

সনামহী য়োরক্লিংগৈঙদ পাখংববু নিংথৌ হাপ্লে। মহাক্না মালেম কোয়রুবদগী হল্লকপদা থোদোক অহুদা শাউহুনা পাখংববু হাংকে তৌরে। সনামহী অস্নুকী মতিক শাউরমই —মালেম ফাওবা থক থক নীক্লমই। মাহুদগী মালেম অসি থা মায়কৈদা চেপখি। সনামহীবু থেম্লনবা লাইপাখং অমস্নুং লাইকুরাশিংনা খুৎ শয়হুনা ঔগ্রি হঙ্গেন চোংখি। মাহুদগী অশাউবা লাই থেমজিন্নবগীদমক ঔগ্র হঙ্গেন চোংবা চৎনরকই। লৈশেম্বা মাঙখিবা তারে হায়না গুরুনা চোংথোরকুনা হায়রমই —"সনা কোনসৌরেম্বা, নঙনা মালং নোংলম পূম্নমকী নিংথৌ ওইরো।

ইপাগী খুভম ফংজরো। মালেম য়ুম খুদিংমক্তা নঙগী খুভম য়াংবসনু। লৈমরেল শিদবীস্নু নঙগী থোগল্লোয় ওইজরো। লেংলি পান্নিবা পুয়মকপু শুংথিল কোংস্থোক নুমিদাং কোঞ্জিল পানজ্ঞহেংরো।" মাতুদগী মৈতৈগী য়ুম খুদিংদা সনামহীগী খুভম য়াবা চংনবকখি। লৈনুং লোঙ্গা পাখংবা ( আরবা পাখংবা ) গী মতমগী বানি।

লৈমুং লেংঙ্গা পাখংবগী তুংদা লাকখিবা পাখংবনু লিনহা পাখংবা কৌই। মহাক্কী কোনুং পাঙ্গনা ওইরমই। মহাক্কী মহারাণীগী মমিং উরুম খাউচোনবী কৌই। মহাক্কী মথংদা লোলাং পাখংবা লাকখি। ইকোন কোনবদা নোংদা লাইরেন পাখংবা-না কংলাদা নিংথৌ ওইতুনা লৈমা লাইস্না-না মহারাণী ওবতুনা পানখি। নোংমদোন্দগী লাইনা মীগী মশক লৌতুনা লাকপনি হায়তুনা মহাক্কী মমিং নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌখি।

ইতিহাসকী মায়কৈদা মণিপুরগী অহানবা নিংথৌ ওইনা শীংথানম্লিবা অসি নোংদা লাইরেন পাখংবনি। মহাক্কা খৃষ্টগী ৩৩ শুবা চহীদা ফম্বাল তোংতুনা চহী ১২১ নিংথৌজা কাঙলুপকী নিংথৌ ওইতুনা পাল্লম্মী। তুংদা লাকপা মৈতৈ নিংথৌ পুম্নমক পাখংবগী ধারা-নালানি; পুংরান চারোম্নি; পাখংবনা মখোয় খুদিংমক্তা লৈবাক ঙাক্লবা মতিক-ময়াই পীরবনি খল্লৈ। অতুনা মমাঙৈঙৈদদি মৈতৈ নিংথৌবু লাইনিংথৌ কৌতুনা লাইগুম্না খল্লরমই।

হৌজিক মণিপূর হায়না খঙনরিবা লমদম অসি তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকী লৈবাক মচা কয়ামরুম থোক্লুনা মাগী মাগী ঙমথৈ খায়দোক্লুনা মাগী মাগী নিংথৌ পান্দুনা লৈবাক রারেল চংখরমই। অরিবা মতমদা মরুওইনা লৈরম্না খুংকন পাঙ্গলবা ফুরুপশিংগী মনুংদা চেৎলৈ হায়রিব কাঙলুপ অসিমু অমনি। কাঙলুপ অসিগী মীওইশিংবু তুংদা শলাই মরি থোক্লা অমুক খায়দোকখি। শলাইশিং অসুদি খাবা, ঙানবা, শংাং অমস্মুং লৈশাং অসিনি; মথোয়না মাগী মাগী শাগৈগী য়ুম্নাক কয়ামুক শন্দোক্লুনা লৈবাক অসিগী অরাংথংবা শরুক্তা খুন্দা লৈতারম্নদগী মমাংথংদা লবাক অসিগী মফম মফম খুদিংদা মচোই মচোইনা খুন্দাখি। অতোপ্পা রায়া মতীক মথৌনা লৈবা কাঙলুপ মঙা অসুদি —অঙোম, লুরাং, খুমন মোইরাং অমস্মুং নিংথৌজা অসিনি। লৈশেমথৈগী কাঙলুপ তরেংকী সংস্কৃতিগা অকোনবা কাঙলুপ তরেংকী সংস্কৃতিগা তিম্নরগা মণিপূরী সংস্কৃতি ওইরক পান। লৈশেমথৈদগী লৈবাক অসি কাঙলুপ তরেংনা পানবা লৈবাক্নি। মাহুদগী তরেং তরেংকী চৎনবী অসি মৈতৈ সংস্কৃতিদা মমি তাখি, মাহুদি লাইনুরা তরেং, লাইরেম্মা তরেং, ফেল্লোয় তরেং, হৈরম তরেং, লৈরম তরেং, করোক নাচল তরেং, কাংজু-রোয় তরেং, মুক্নারোয় তরেং, লমজেল্লোয় তরেং, মপোক লাংজেন তরেং অসিনচিংবা অসি মীরমলেন অমস্মুং লাইরমলেন অনীমক্তা উবা ফংই।

মমাংথৈদা য়েক তরেংমকী তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতি লৈরম্মী। করি অমুক হায়গনি? মাগী মাগী কাঙলুপ মশক

ত'কপা মচু তোঙান তোঙান লৈরম্মী, মাহুদি নিংথৌজাগী অঙাঙবা অঙোমগী অঙৌবা. লুৱাংগী হীগোক, খুমনগী অমুব', মোইরাংগী অৱাংবা, ঙানবগী অথকপা' অমম্বুং শরাং-লৈশাংথেমগী ঙরাউবা অসিনি। মসিগী নত্তনা থাঙ ফাওবদা শলাই নশক তাকপা মমিং অমম্বুং মওং মতৌ য়েক খুদিংমক্কী তোঙাল্ল, মহুদি নিংথৌজাগী চকথাঙ, অঙোমগী পূকথাঙ, লুৱাংগী তোন্দুম্বা, খুমনগী তোনককপা, মোইরাংগী য়েন মশোক শাবা, ঙানবগী লাইথাঙ চিনাইবা অমম্বুং শরাং-লৈশাংথেমগী খুন্থোংবা অসিনি।

মতম অদুদা মৈতৈ হায়রগা নিংথৌজা কাঙলুপ খক্তবু খঙ নরম্মী। মৈতৈ নিংথৌবু মৈদিংগু, অঙোম নিংথৌবু অঙৌপানবা, মোইরাং নিংথৌবু পুরিকলাই কেগে লৈমাবা ঙাংঙোই পোং-লেনহনবা হায়না খঙনরম্মী। মোইরাংগী মী মথৈবু কেগে নত্রগা ঙাংঙোই নত্রগা ইরাং কৌনরম্মী। লুৱাং মথৈবুনা মুংবান, খুমনবুনা অদোন নত্রগা নোংয়াই হায়না খঙনরম্মী। য়েক মশেল চারো মোরৌনরমদে। তোঙানবা য়েক্কী মীওইগা চারো মোরৌনৈ।

হৌজিক কান্দা শীজিন্নরিবা য়ুমুক্কা মিংগা কোন্নবা অসি থাযনা য়ুম্নাক থাইদোক্লদ্রইঙদ। মাগী মাগী শলাইগী * মমিং হাপ্পরমই, মাহুদি খম্ন থোইবীগী মতাংদা রারৌনরিবা নোংবান অথা কোংয়ানবা হাযবসিগী নোংবান হ য়বা অসিনা অঙোম

* ১। শলাই ৯— লুৱাং অঙোম, মান্দিং, মোরা, চেংলৈ, খাবা, খুমন, ঙানবা, উরোক। "পাখংবা ফানথোং"

শলাইগী মীনি ত্তাকই; অহুগা অথা কোংয়ানবা হায়বা অসিনা মশাগী মমিংনি। মজা ইবেম্মা থোইবীবু ইরাংলোন থোইবী হায়না শৈথানরিবসিনা মোইরাং শলাইদা পোকপী মমিংনা থোইবী কৌই তাকই। রাঙনলোন পান্থোইবী অসি মঙাং শলাই চন্নুনি হায়বনি। মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী লৈমা লিম্থোইঙম্বীবু নোংবাল্লোয় লিম্থোইঙম্বী হায়নবা অসিন্থু লৈমরেম্বী অসি অঙোম চন্নুনি তাকই। মৈদঙু পাইখোম্বগী মমা ইবেম্মগী মমিং য়োইংক্রুমলোন পিথেংলৈমা লৈহৌ নিংথৌচন্নু কৌই হায়বসিনা লুয়াং শলাইগী চন্নুনি তাকই।

যুংাক্কী চংনবী লাকপাদগীদি হান্নগী মিঙ্গৌশিং অসি তোক্লক্রে। মাহুগী মঙ্ওা চন্নু হায়বা রাহৈ অসি নিঙোল ওইবীশিংগী খুম্মাক্কা মিংগা অংগীগী মরক্তা হাপ্লক্রে। কাইনথংদা নোংচুপকী ঈথিলদগী নুপী খঙনবা ওইনা "দেবী" নুপ খঙনবা "সিংহ" শীজিন্নবা হৌখি। গম্বীবনিরাজ সনা হাক্তক্তগী "শ্রী" হায়বা অমম্থু শীজিন্নরকখি।

**মঙাং লৈবাক** :— লোংজিং ফৌওই চীং অসিরাইদা মঙাং কাঙলুপকী লৈবাক ওইরমই। সোরারেন চন্নু লৌবা মঙাং কৌবা অমনা কাংবু অনিগী অহানবা নিংথৌ ওইরমই। মঙাং সোইরেন হাথবা, মঙাং সনা লৈনৌবা, মঙাং পুন্সিবা, মঙাং কোনথুচা অমম্থুং মঙাং শিংমিং য়োইরেনবা কাঙলুপ অসগী নিংথৌ ওক্কনি। মথোয়গী মরক্তা মঙাং নিংথৌ পুন্সিবা শকনাইবা নিংথৌনি। মহাক্কী মমিং অয়াম্বা লাইরিক কয়াদা

থেংলৈ। মহাক্কী মচানিপা কোনখুচাবু মৈদিংঙু ন'উথিংখোং (খৃঃ ৬৬৩—৭৬৩) না লাম্দা। মায়থিবা পীহুনা মঙাং লৈবাক মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা লৈখি।

**লুৱাং লৈবাকঃ—** লুৱাংশিংগী লম অসি কৌক্রু অমস্তুং লাঙ্গোল চীংনা কোনবা অসিরাইদনি। অহুনা হৌজিক ফাওবা লুৱাং য়েক ওইবা য়ুম্নাক্কী অপোকপা খুরুম্না মতমদা মখোয়গী মপা মপুগী পোকফম-শাংফমনি হায়হুনা লমখেলদগী ঈশিং শোকুরি। লুৱাংগী অহানবা নিংথৌদি পোইরৈতোননি। লৈ-নাউ তাবী মাগী মুপীনি। হায়নবা লৈ মাহুদি লুৱাংমখৈনা পোইরৈতোনবু মপান্দগী মখোয়গী নিংথৌ ওইবীনবা কৌবনি। মহাক্কী তুংদা শীদবুং, পামিং, নুংবান পোম্বী লুৱাউবা অমস্তুং লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা মথং মনাও ওইনা পাল্লম্বা লুৱাং নিংথৌ ঙাক্কনি। নুংবান পোম্বী লুৱাউবনা পোকপা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবা লৈমা মাপল পান্নহুনা চীংলেম্না পাল্লম্বা শক্লাইবা নিং-থৌনি। মহাক্না লৈরম্বা খুনদি পামং খুননি। খৃষ্টগী তরেৎশুবা শতাব্দীদা মহাক লৈব্রবদা খুংকন পাঙ্গনবা নিংথৌ পানখিদ্রে। অহুদগী মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবা (খৃ. ৫৬৮—৬৫৮) না লুৱাং লৈবাক মৈতৈ লৈবাক্তা হাপচিনখি।

**খুমন লৈবাকঃ—** মণিপুরগী খা মায়কৈদা য়াম্না খুংকন পাঙ্গম্না পাল্লম্বা কালুপমি। খৃষ্টগী ১৩ শুবা শতাব্দী কাওবদা মনীংতম্বা লৈবাক ওইরম্মী। খুমন নিংথৌ লময়াই কাইখিনবনা মরৈবাক থাদোক্কুনা ইম্ফালদা হোংগৎখিবদগী খুমন নিংথৌ

পাম্খিদবে। মৈদিংঙু কোংয়াম্বা ( খৃঃ ১৩২৪—১৩৩৫ ) না লৈবাক অসি মৈত্রবাক্তা হাপচিনখি।

খুমনগী কোন্নুং অহানবদা থৌবালদা ওইরমই। তু'দা খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেংবনা লৈকোয়পুংদা কোন্নুং হোংখি।

খুমন য়োইথোংঙাইনা পাল্লিংঙদা শলাইসিগী থোকখিবা থৌদো'ক অমা পন্নরিবদি —নিংথৌসিগী হাওরম নুঙ্গোই অহল, য়াইমা অমস্লুং হাওরমতোন কৌবা মচানিপা অহুম পোকই। অহুম্মক্না শা'দানবা চংপদা উতোন্দা লিক্লাং পরেং অমা পাল্লমহুনা পুরক্'খ। লিক্লাং অদু মমানা নোংমা নে'ংমা শিনৌ হায়খি। মনাওতোম্না শিগদবা নুমিঙ্তা লুরাং হরাউবগী বার্ত্তোন ফংহুনা চংপদা ময়াম্বুং অহল অমস্লুং য়া'ইমনা মমাদা হায়রম্লগা শিহুনা চংখি। মনাওতোম্না হজিল্লকপদা মমাদা ঐগী লিক শিরগে পীয়ু হায়বদা মমানা হয়েং নঙনা নয়াম্বগী নুমিৎ থোকপদা শিন, ঙসিদি নয'ম্বনা শিখরে হাযরমই লিক অসি লৈরিব-মথৌ ইচিন-ইনাও নুংশিনদবা তারে খন্দুনা মপাবু'গী থাঙলেন পুহুনা ময়াম্বুং অনীনা হল্লকপা য়াংগোই কারোংদা ঙাইহুনা লৈখি। হল্লকপদা উনরবদা মনাওতোম্না লিক অদু ককথংনবা থাঙ থাক্ত-বদা ময়াম্বু' অহলগী মঙকস্তু য়াওখরে। য়াইমনা —শানৌ নঙদি ইয়া'ম্বু হাংপা ঙম্নবনি, ঐবুস্তু হাংকে হায়রিবনি হায়না থাঙ অদু মুল্লগা নঙদি খুমন্দা নিংথৌ ওইহৌরো, ঐদি মোই-রাংদা শৈদাংলুরগে হায়হুনা থাঙলেন অদু পুহুনা চংখি। খুমন শলাইনা থৌদোক অসি নিংশিংহুনা ঈরাং পূজা কংনরি।

**অঙোম লৈবাক** ঃ— অঙোমশিংস্থু য়াম্না কুইনা শাংনা মনীংতম্না পাল্লম্মী। চরাইরোংবা ( খৃঃ ১৬৯৭—১৭০৮ ) নিংথৌনা কুমকেন হানচিংবগী মতেংনা অঙোম নিংথৌগী চোঙ মুনখি। মাহুদগী অঙোম নিংথৌবু তাম্নোক্লনা অঙোম মখে মৈতৈ নিংথৌগী মথা পোলহনখি। মসিদগী খঙবদি ১৮ শুবা শতাব্দী ফ ওবদা অঙোম মখে মনীংতম্না লৈরমই হায়বসিনি।

**খাবগী লৈবাক :**— খৃষ্ট পোক্লিবৈদা মণিপুরগী কোন্নুং খাবনা কংলাদা পাল্লম্বগী খুদম ফংই। "পাম্হোইবী খোঙ্গুল" দা পল্লিবা খাবা শোকচোনবনা পাল্লম্না অদু কংলাদনি। পাম্হোইবীবু অওং অঙৌনগা লোয়ননা লুহোংখিবা অদু খাবা শোকচোনবগী মচানিপা তরং খোইনুচাদনি।

শঞ্জেনথোং অসি খাবনা পানবা মতমদা অহানবা শারম্বনি। মাহুদগী খাবা শঞ্জেনথোং হায়না ইরম্বা থেংনৈ। খাবগী ইকোন কোনবা নিংথৌ খাবা নোংজেববনি। মহাক্না লান শোক্লবদা মায়থিরহুনা পাখংবনা মোইরাংদা চহী খরা লৈরুই।

পাখংবনা খাবা নোংজেববু মায়থিবা পীহুনা খাবগী শাপৈ নাতৈ পুম্নমক মরু ফংনা মাঙহন্দুনা খাবগী লৈবাক মৈতৈ নিংথৌগী মখাদা থমখি। মসি খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দী অমুরাইদনি।

খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দীদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা থাঙ্গা কম্বোংগী নিংথৌবুস্থু মায়থিবা পীখি। থাঙ্গা কম্বোং অসি হৌজিক চেংলৈ হায়না খঙনরিবা কাঙলুপ অসিনি হায়না

নিংথৌপোংজন শেলচন্দ্রনা ফোঙদোকপিরকই। মতম অদুদা থাঙ্গা নিঙোলবু কম্নোং নিংথৌ চনু হায়রগা খঙবরম্মী।

**ঙানবা অমস্তুং শরাং লৈশাংথেম :—** ঙানবা অমস্তুং শরাং লৈশাংথেম লৈবাক্তা অতৈ লৈবাক্কী হায়না কংলৈ লৈবাক্তা পুনশিনখি। লৈবাক অসিগী শাসন লৈরম্বসি অহানবা শতাব্দীগী ময়াঙদনি। অহানবা শতাব্দীদা নোংদা লাইরেন পাখংবন লৈবাক অসি মৈতৈ লৈবাক্তা হাপচিনখি।

**মোইরাং লৈবাক :—** "মোইরাং কংলৈরোল" কৌবা লাইরিক্কী খঙবা ঙমই, মদুদি মোইরাং হায়বসি নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী হৌনা মানিং তম্না লৈবাক মচা অমা ওইনা লৈবাক ঙাক্লোন চংথরমই। মথং মথং নিংথৌ ৫২ পাল্লম্না লৈবাক্লি। নিংথৌ পাল্লিডৈ মতমদা লৈকাই ৮ থোক্লা খায়-দোক্লমই, মখোয় অদুদি —ঙাংখা লৈকাই, খোয়োন লৈকাই, ঙাংলৌ লৈকাই, থাঙ্গী লৈকাই ঈগা লৈকাই, ওকচিন লৈকাই, চেংলৈ লৈকাই অমস্তুং য়াওঙ লৈকাই অসিনি। অদুগা কৈথেল ৯ লৈরমই, মদুদি —ঙাংখা কৈথেল, খোয়োন কৈথেল, ঙাংলৌ কৈথেল, (অকোংজাম্না দ্গাম), থাঙ্গী কৈথেল, ঈগা কৈথেল, পোরী কৈথেল, ওকচীন কৈথেল, চেংলৈ কৈথেল অমস্তুং য়াওঙ কৈথেল অসিনি। লৈকাই লৈকাইগী মমিং লৌদুনা লৈকাই ৮-গী লৈকাই লাকপা ৮ হাপ্তুনা নিংথৌনা লৈবাক ঙাকপদা তেংবাং-লমই। মখোয় নিপাল অসি নম্ভবা সেলুংবা ১৬ কমথৌ ৬৪ স্থু লৈরমই।

মতম অমদা ঈশিংনা ঈমাই চোম্না লৈরম্লা লম ওইবদগী চী-গী শরুক্তা শুন্দা লৈতারমই। মঈদা ঈশিং কংথরক্লনা লোক্তাক পাংকী ঈমায়দা উ-গী রা-গী থারা শারগা মথক্তা হুম শাহনা লৈরমই। লোক্তাক্কী ঈয়াইদা কুক কুক ইম্লনা য়ুম শাহনা তাবা খুল তরেং লৈরমই। খুলশিং অদুগী মমিংদি —থাংঙা, ঙাংলো, খুয়োন, হিথা য়াওস্নু, রুম্বা অমস্নুং থোই-নারোম অসিনি।

মতম অদুগী মোইরাং অপুনববু খুন্তক খুনথা হায়বা অমী থায়রমই। নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওবগী লমবু ঙাঙোই হায়না খঙনরমই। মোইরাংবু কেগে কৌরম্হই। অরাংলোমদা কাংঙমুংদা মোইরাং লৈবাক্কী ঙমখৈ ওইরমই। ক্ষৌগাকচাউনা খা সীমানা ওইরমই। কেগে অমস্নুং ঙাংঙোই কৌরম্লদগী কমদৌনা মোইরাং কৌখিবনো হায়বর্সগী মতাংদা মোইরাং কংলৈয়োন লম্লুবা অমস্নুং মোইরাং কংলৈ লমখোল কৌবা লিয়বা পুয়াদা পল্লিবদি —কেকেপুঙ অচৌবদা থিপি থিরেল চাওরেল, লৈকাকে, নোংকাচেং, নুংকপাক, নুংচোংবা মুকুলোন থোইমোম লাইরুপশিংনা মথং মনাও শিম্লনা পাল্লবদস্নু লমদম-সিদা অহোং-অচাও চাদ-নাওদা পুথোকপা ঙমদ্রবদা লাইরুপ খুনদিম্লহনা নোংপোক অপানবগা পাম্থোইবীগা অমীদা তাইবং চাদ-নাওদা পুথোকহনসি হায়না লেপ্লরে। থোইমুম মতে মনাও অমীনা চাওথ্রিপুঙ হায়বা কৌবা মফমদা মখোয়গী খুবম লৈফম শেম্লে। থাবুম ১০ ইফা মেল্লবা তুংদা মোইরাং কৌবা মপারী

অমা পোক্লে। অতুগা পোংলেমহনবা কৌহনা কেকেদা নিংথৌ চাপ্পুনা পালহনখি। মপাম্বী মোইরাংগী মমিং লৌহনা কেকে মোইরাং হায়বা মমিং অসি লাকখি। লৌউবা হৌদোক্তে হাযবগীদমক পাম্বা কৈনা অম শারেন নোংশানা তিতি থংহনা শম্পোং হৌদোকখি। লাই পাখং ৭ অমম্থং লাইনুরা ৭ মা লৈমেং লৈতাহনা ফৌ থাবা হৌদোকখি। অম্মুম্বা থাখিবা ফৌবু মপাম্বী মোইরাংগী মমিং লৌহনা মোইরাংফৌ হায়না মিংথোনখি।

মোইরাংদা মতিক-মগুণ লৈবা মায়গৈ ঙাকপা লাই ওইনা থুকম্নরিবা থাংজিং অসিবু মোইরাং শলাইগী থাইদগী পুংকোক ওইবা যীশক্লি। অহানবদা চীংথক্তা থুম্দাম্নম্নদগী থাংজিং, মাংজিং, রাংব্রেম অসিনচিংবা লাইগী খুবম অরাংবা চীং মথক্তা ওইরি। চীংঙ্, থাংজিংবু কেকে পোকপা সোরারেন মোইরাং পোকপা কসারেন হায়না শৈথানৈ। থাংজিং কোইরেল লৈমা হায়না খঙনরিবা অাস লৈমুং য়ুচাখা চমু ঙাংশবীবুমি। থাংজংমা লৈনুং য়ুচাখা চমু ঙাংশবী পামহনা ঙাংছম্পোক অমম্থং ঙাংনিংশিং কৌবা মপাম্বী অনী পোকই। ঙাংছম্পোক-কী চাদনাওদা মথেম্বা থোকচোম হাযবা য়ুম্লাক অসি ওইনি। অতুগা মনাওইবুংঙো ঙাংনিংশিংগী ধরা মথেনা নিংথৌ খুবম পায়খি। মোইরাংথেম (মোইরাং শলাই) গা থোকচোম শাগৈগা লৌনলৈনবা চারো মোরোনবা য়েক থোক্লে। মোইরাংগী অহানবা

নিংথৌ ঙাংনিংশিংগী মতমদা মোইরাং লৈবাক্কী কোন্নুং শাংদোন লৈনৌদা ওইরমই। মপারী হামশা-না ঙাংনিংশিংগী মথংদা নিংথৌ ওইখি। হামশা-গী মথংদা মচাইবুংঙো য়োইবা-না নিংথৌ ওইখি। য়োইবা-না নারোং পোকই, নিংথৌ ওই। নারোংগী মথং মপারী সুন্নুচা-না নিংথৌ ওই। ঙাংনিংশিং, হামশা, ফাংলীক্লাই, য়োইবা, নারোং ময়াম্না অমম্নুং স্নুল্নুচা মখোয় তরেং অসিদি লাইগী নিংথৌনি হায়না লৌই। অদুনা মখোয়বু ইতিহাসকী মমাঙ লাইনা পানবা মতম্নি হায়না লৌবা য়াই।

মোইরাংগী অহানবা মীগী নিংথৌ ফাং ফাং পোলেনহনবা-না পানখিবা মতমদগী মোইরাংগী ইতিহাস হৌরে। মহাক অসি লাইক্লুপকী অকোনবা নিংথৌ স্নুল্নুচা-না নোংবাল্লোন মৈরা পোনচেনবী পান্নদুনা পোকপনি। ফাং ফাং পোলেনহনবা-গী মতম অসি খৃঃ ২৮ শুবদনি কনাগুম্না খৃষ্টগী মমাঙ চহী ৫২ দনি হায়। মহাক্কী মতুংদা পানখিবা তেলহৈবা-গী মচা শোবোন শানৌবা-না খাবা নুংজেংবা-বু মায়থিবা পীদুনা পাখংবা-বু নিংথৌ ওইহনখি হায়না পল্লি। নোংদা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌ ওইবদি খৃষ্টগী চহী ৩৩ শুবনি। রাফম অসিগী মতুং ইল্লবদি ফাং ফাং পোলেনহনবনা পানখিবসি পাখংবদগী চহী খরা হাল্লি হায়বা তাকই। ফাং ফাং পোলেনহনগী মতমদগী থাংজিং হৱাউবা হৌখি। মহাক্কী মতমদা ফৌওইবী অমম্নুং অকোংজাম্না ( কৈরুংবা ) অনীগী চীংঙু লীলা শান্নখি। অদুগা মচাইবুংঙো তেলহৈবনা পানবা মতমদনা হেজ্নুনহা লাইরোলেম্বী

# মণিপুর লৈশেম্বা

অনীগী লাংওন লীলা থোকখি। পুরিক্লাই তেলহৈরবনা লাইফাচেং পোকই। লাইফাচেংনা উরা ঙাংঙোইবা পোকই। উরা ঙাংঙোইবনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা মোইরাং ঙানবা অমম্ভুং নোংয়াই সংলোৱেম্বীগী রারী থৌদোক থোকখি। মহাক্না মচানুপা স্নালখনা পানবা মতমদা খোয়োন হাওবা অমম্ভুং য়াইথিং কোনু অনীগী লাংওন থৌদোক রারী থোকখি। স্নালখগী মচানুপা লাইয়ু পুন্সিবগী মথংদা মচা ইবুংঙো তুশোম্বনা নিংথৌ ওই। তুশোম্বগী মথংদা মজাইবুংঙো থরাই কোদিংহনবনা নিংথৌ ওই। মহাক্না তুংদা থিংক্রি নাচাওবনা নিংথৌ ওই। মহাক্না মতমদা হাওশি নামোইনু কোবী নুপীমচা অমনা হরি মোংনাং ওন্দুনা পাইখিবগী রারী থৌদোক থোকখি। নিংথৌসিগী মথংদা মচাইবুংঙো নুংনাং নিংথৌ তোম্বনা নিংথৌ ওই। নিংথৌসিগী ফাক্কা শাম্বা লমগানবা অমম্ভুং থমম্ভুং য়াইথিং কোনু অনীগী রারী থৌদোক থোকখি। কোম্বিরৈ কোবী লৈরাংবু শৈথারকপা মতমদা শাবী শানৌ অনীগী পুন্সিদা থোকখিবা নুংশি নুংওন রারীবু মোহোনা নীংশিংহল্লি। মহাক্না মথংদা মপারী থোংথৈ লাম্বাবনা নিংথৌ ওই। উরা কোংয়াম্বনা মপাবুংগী মতুং শিনদুনা নিংথৌ ওই। মহাক্না মতমদা রাংলেন পুংদিংবা অমম্ভুং চকপ্রম চনু ফিশাবী অনী কায়নখিবগী নুংশি রারী থৌদোক থোকখি উরা কোংয়াম্বগী তুংদা মথং মনাও নিংথৌ মাপাল পান্নবা তুংদা ইথাই কাইরেম্বনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা কুমজরেন্বী অমম্ভুং য়াংহনবা শাবী শানৌ

অনীগী মুংশি রীরী থৌদোক থোকখি। মতম অতুদগী ইথাই পুনিম চাং হায়না খুউনবিবা অদু হৌজিক যাওবদা খুউনখ্রে। ইথাই কাইরৈনগী মচাইবুংডো শাংতোন লৈনাওতানা মপাবুংগী মপাবুংগী খুবম ফংহৌই। মহাক্কী মচা মপা লোইজা ওয়না চাংথু তেলহৈবা পোকই। খক্কী অমসুং থোইবীগী রীরী থৌদোক থোকখি। মৈইরাং নিংথৌ ইরাং পুন্সিবাই চাং ডু তেলহৈবনা পানবা মঙমদা কংলৈদা মৈদিংগু থংবী লংথাবা (খৃঃ ১৩০২-১৩২৪) নিংথৌ পুন্সিবা অনীগী লাংদাই মতমদা থোকখিবনি। ১৪ শুবা শতাব্দীগী থৌদোক্নি।

চাংথু তেলহৈবগী মথংদা মপাক্কী ওাংডাই পুন্সিবনা নিংথৌ ওই। মহাক্কী মতমদনি কদেং থাংজহনবা অমসুং তোন্নু লাইজিংলক্লী অনীগী থৌদোক রীরী থোকখি। মথংদা মপারী উবা নহা খোংজোমনা নিংথৌ ওই। মশাবী উরা নহা লিখোমকুগা পুন্সি লৈপুম ওইবা কংদনা থাম্ডু থক্কা কেমখিবা রাক্কী অদু মতমসিদা থোক্নখি। উরা নহা খোংজোম্নগী মথংদা মপারী হোইরেম্বনা নিংথৌ ওই। খোইরেম্বগী তুংদা মথং মথং শিন্নবা মবাংতম্বা পাল্লম্বা নিংথৌ মশীং ১৭ জোম ওই। রাক্কী লীথুন অমসা হায়রদি খৃঃ-১৪৩২ দা মোইরাংনা মৈতৈ নিংথৌ পুন্সিবা-বু হাংথি। মৈদিংগুগী মচাক্কিপা নিংথৌখোম্বা (খৃঃ ১৪৩২-১৪৬৭) না নিংথৌ হেক ওইবগা মোইরাং নিংথৌ সনাহোংববু হাত্তুনা মপাবুংগী লমম খুমথি। মোইরাংনা

লোল হৌরকপা ঈমৈশিংনা ওমখি। ১৫ শুবা শতাব্দীগী ওঙাহৈদগী মোইরাংগী থৌংতম্বা মাঙখি। মতুং থনা কুইনা মোইরাংগী চিংথৌ খৈতে নিংথৌনা হাপ্তুনা কংলৈগী থৌংথেং মথাংদা মোইরাংগী লৈবাক ওইকোম ওইরমক। কেংথুংদা খৃঃ ১৭৬৭ তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইরমদা হৌথিল্লকপাদগী খেলৈলুংমাং হেনহৈবা শিখিবগা মোইরাং খেংতু লৈবাক্লা হাপ্তুম্না খুদুম চনখি। মোইরাংনা ইকোম কোন্না কংলৈদা তিরখিবা লৈবাক্নি।

মোইরাংগী সংস্কৃতি তোপতোপ্পা ওইরমইথা থাংজিং হরাউবা, উংক্রোং হোংবা, উকায় কাপ্পা অনিনচিংবনা মরু ওইবা কুইশ্মনি। হৈজিং পরাই পুরগা লুহোংবগী চৎনবী লৈরমং। চামা চামা হু যবদি ওাঙম চামা, শারম চামা, হৈরম চামা, লৈরম চামা পূরগা মুপীগী য়ুমদা চাক চানবা অমদি হৈজানবা চৎনরমই। মোইরাংগীদ মক্তে, য়েক অৎতেগীস্তু লোল অমস্তুং সংস্কৃতি খেন্নবা লৈরমই। খুংমগী মশাক ওইনা লুরাং মরোম্বা চাং অরাংববু "লা" কৌই। মহু লোহুমা মৈতৈরোন অরিবদা চাংবু লা হায়মা খঙনরমই। খুমন মরোম্বা পাংপু 'কোন' কংফালবু 'য়া' কৌই। মতুংদগী হৌজিক শিজিন্নরিবা পাংয়া কোনয়া হায়বা শব্দ অসি লাকখিবনি। মোইরাং মরোম্বা কংপবু 'লানবা' কৌই। মতুংদগী পোং লানবা হায়বা রাহৈ অসি লাকখি। অমুক্তা মোইরাং লোন্দা লাইবু 'চৌংডু' খিবু

'চরৈ' হুইবু 'তাউবা' হায়না খঙনরম্মী। খরা চঙ্খরগা হায়রিবা রাহৈশিং অসি মৈতৈরোন্দা লাকখি। মসিদগী খঙবা ঙমই মতুদি শলাই খুদিংমক্কী তোঙাল তোঙালবা লোল অমসুং সংস্কৃতি লৈজরম্মী। শলাইশিংগী লোলনা শিখিবা, হৌজিক মৈতৈরোন কৌরিবা অসিনা হিংহোবা, মসিদা মাংখ্রবা লোলশিংগী রাহৈ খরা চংহৌবা মশামা তাজবনি। অস্থুম্না হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী লোনগী শকুম লৈশেমখিবনি। মসিদা নত্তনা শলাই খুদিংমক্কী মৈহৌরোল তাকপা লাইরিকসু লৈরমই। খুদম ওইনা অঙোমলোন, খুমনলোন, লুৱাংলোন, মোইরাং কংলৈ-রোন মখিং পনবা য়াই।

খুণ্টগী মতুং অঙনবা মতমদা নিংথৌজা শাগৈনা কংলৈ-পুংদা খুরাই, রাংখৈ, খ্বাই অমসুং য়াইস্কুল খুঙ্গং ৪ সিনা কোনবা কংলৈদা পাল্লমই। মোইরাংনা লোক্তাকী অকোয়বদা, খাবা ঙানবনা লৈতাং পাত্তা, খুমন্না পুমলেনগী অকোয়বদা, লুৱাংনা লম্ফেল পাৎকী অকোয়বদা, চেংলৈনা তাকনা খাদা লৈরমই। কোংবা ফাওবা তকথোক্কুনা পাল্লমই। অঙোম্না কোংবা মৈরোংবা অমসুং অকোইবা লমদা খুন্দারমই। লোংমাইজিং চীঙ অঙোমগী লম ওইরমই। নিংথৌ শাগৈনা মপাল করক্কুনা পুম্নমকপু নমথক্কুনা অপুনবা মৈতৈ লৈবাক ওইরকখি। কোন্নচক্কী মতমদা পুম্না খুঙ্গং ২৮৪ লৈরমই। মতম অমদা ইম্ফালগী লম মখৈ কংলৈ কৌরমই। অতুগা কংলৈগী অরাং মখৈবু —খঙরাই,

নাংপোকমখৈবু —রাইরাং, নোংমাইজিং রাংমবু —শেলোই, লিলোংদগী থৌবাল ফাওবনা —লাংলোই, হিয়াংথাংদগী ফোংাকচাউ সেগা লম্বী সোরোক্কী নোংপোক্লা —লানলোই, অরোংদগী গুপ্ল ফাওবনা —থারৈ, শুম্ল মখানা —লেমলৈ, লাইরেন শজিক্তগী ইরেংবা ফাওবা তোংজৈ মরিল শোরোক্কী মনিংনা —লোনলোই, ওইনামদগী নিংথৌখোং ফাওবনা —খুয়োই, নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওবনা —ঙাংঙোই, মোইরাং মনিংনা —কেগে অস্মুম্না শরুক ১২ থোক্লা খায়দোক্লমই। লৈঙাকলোনগী রানি। লাইগী মতমদস্মু মখোয় মখোয়না পাল্লস্বা মফম উংতুনা শৈথানরমই। পুরৈরোম্বা শৈথাবদা —লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বা অমস্মুং মার্জিংবু শৈথাবদা —থংরাই মারহনবা হায়নরমই।

মতম অমদা পাথংবা অমদি মাগী শাগৈতবু মৈতৈ হায়না খণ্ডনরম্বা অমস্মুং কংলাগী অকোয়বদা ভাবা লৈবাক পীশক অত্তুখক্কবু মৈতৈ লৈবাক হায়নরম্বদগী মথং মথং লৌশিল্লক্কুনা তম্পাক্কী লম পুম্নমক মৈতৈ লৈবাক ওইখি। মসিগা কোম্নিনা চীঙগী লম পুম্নমকপু মথং মথং লৌশিল্লক্কুনা হৌজিক ওইরিবা মণিপুরগী শরুম অসি ওইরকখি।

অমিগুবা শরুক

# মৈতৈ হৌরককফমগী লিখুন

মৈতৈ হৌরককফমগী মতাংদা য়ায়া মরু ওইবা মত অনী খোক্নি —অমনা অহৌ তাইবং মী শেম্না হৌখিবা য়ায়া অহুদা মুমকম ওই। মৈতৈগী তমখেং ওইবা লাই লাইনিংথৌ সনালেন সিদবনা মপায়া সনামহীদা তাইবং মী শেম্মা তাকপীখ্রবদা সনামহীনা অহানবদা হওোই, য়োং, ওামু শোইন-খল্লনা শাম্না মপাবুংদা কংখিবা অতু পল্লি। নমু মীতম—ঙা অহুবু পায়ী নঙনা শাগদবা তাইবং অহুনা চাইদবা চাক্রহুনা মশাদা অরাবা তারবদা ঙা অম্লিনা তাইবং মীহুগী মহুং শিন্নুনা লাইক ঈশিংদা থাদোক্লগা মীহুগী অরাবা কোকপা ওকরসম্নু; মীহুগী মহুং শিনবা ওমই হায়বরীদমক নমু মীতম ঙাহুবু ঙামু হায়না মিং-খোল্লুনা লাইক ঈরোমলুংদা থাদোক্লে। ইকোন কোনরুদা অক্লিবা সিদবগী মিং নহাদা তারীবা সিদবগী মিরেলবু মায়া মিদগী মিতম লৌহুনা, শাখিরবু 'মী' কৌহুনা পুখোক্লে। লুহোং, খোংদোংবদা দশা লাংফম ফঙবদা ঙামুনা উশিন ওইনা শিন্নরিবা অসোমদা য়েংলবদি মৈতৈদি লমদমসিদা শেম্বা মীনি. অতৈ মফমদগী লাকপা নত্তে হায়বসিগা মৈতৈ সংস্কৃতিগা য়ায়া মরী লৈবে। মৈতৈগী পুকোকশিংগী খুনবাল-লৈপাল কৌক্র চীংদা

ওইরমই। লাইনিংথৌ (সোরারেন) না নিংথৌ ওইদুনা কৌব্রু চীংথক্তা পানখিবা মতম অদুনি। মপুগী চুম্বিক চুপোংদগী পুখোকখিবা সরোই মখেনা লাইয়ামগী খুন্ডম মুন্নবা লান্দারকপদা মপুমা "লাইনিংথৌ নোংসাবা" হাইজদুনা সরোই পুম্নমক হাংখি। মসিদগী খণ্ডবদি মৈতৈগী হৌরকপনা কৌব্রুদগীনি, চাউরকপনা কংলাদনি হায়বসিনি।

মী-গী খুন্নায় লাক্রিদৈঙদা লাই-গী খুন্নায় হায়না লৈরমই হায়বসি খ্বাইনা য়ানরবা রাফম্নি। নোংদা লাইরেন পাখংবনু লাই মনৈ মী-গী পূকোক্নি হায়না পুখাশিংদা ইম্মি। মহাক্কী মমাংদা লৈরম্বা হয়িচক, হয়াচক, খুনুঙচক যুগ ও ফৌগ্রবনি। যুগ ও মক লাই-গী মতম্নি। মীয়মলেন্দা চংনরক্লিবা য়েক সলাই খারবনচিংবা নাং (Tradition) অমস্থং সংস্কৃতি লাই-গী মতম-দগী শমথরকখি। লাইনিংথৌ নোংসাবনা শরোই পুম্নক হাত্তুনা শান্তিপূর্ণ ওইবা লাইগী খুন্নায় লৈশেম্নকপা অদু নিংশিংদুনা ঐখোয়গী নৈদিংঙ্শিংনা লাইনিংথৌ নোংসাবগী শক্তমদা নোংশা শাদুনা কংলাদা থম্নমই। মদুগী ভুমিকাদা "কংলা শা" শাই। কংলা শা-না খঙহন্নবদি—

*Kangla Sha is a Symbol of the existence of Sovereign State and honour to the Precious Soul of the land.*

তম-মীনা মথং মথং কাঙলুপ নাইনা শন্দোকপগুম চীঙদস্থু চীঙমী কাঙলূপশিং শন্দোকখি। অহানবা চীঙমীদা সরম অমস্থুং মারাম-বুস্থু শীংথানৈ (উমং লাই খুন্দা, জুন ১৯৮৪)। সরম্না পাস্থোইবীগী মপামনি। সরমগুম্না মারামস্থু তোপ তোপ্না মওং ওইনা অতৈ চীংমী কাঙলূপতা পুশিনবা য়াদে। চাদা নাওদা পাকশন্না লৈবস্থু উদে।

অতোপ্পা মত অমনা —খৃঃ ১৮৬৫ অহূরাইদা মণিপুরগী পোলিটিকেল ওফিসার ওইরম্বা মেক্লোক (Meculloch) অমস্থুং এসিস্টেন্ট পোলিটিকেল ওফিসার ওইরম্বা টি, সি, হদসন (T. C. Honson) অনীমক্না মৈতৈবু কুকিগী মশানি হায়। নাগা, কুকি অমস্থুং মৈতৈ মখোয়না য়াংশিক্যাং অমস্থুং হোয়াংহো তুরেলনা কোনবা লমদমদগী বর্মা ফাওদুনা মণিপুরদা চঙলক্লুনা খুন্দাখিবনি। চীংদা ঙাক্না লৈরম্বদগী তম্পাক্না লৌ উরগা চীংদা হন্দোক-হজিন চংপা রারহুনা তম্পাক্তা খুন্দাখিবনি * হীরমসিদা য়েংউরবদি মৈতৈ, নাগা, কুকি, বর্মীজ, চাইনীজ, অমস্থুং লুশৈ মরী লৈনকম থোকই। ইম্ফালদগী মোইরাং, মোই-রাংদগী অমুক চীঙগী অকা অকুমদা লুসাই চংনরমই। মণিপুরদগী খা পাংনা চংগ্রগা লুসাই অমস্থুং চীন চীংদা খুন্দাদুনা হৌজিক ওইরিবা মিজোরাম রাজ্য অসি লৈশেম্লকপনি। চীনাগা মণিপুরগস্থু লম্বী ফাওনরমই। চীনাগা পারস্যগা লম্লোনপোং শিন্নকম মণিপুরদা ওইরমই। মণিপুরদগী উং তোংলগা

আফগানিস্তান য়োবদা থা অহুম চংই। মফমফুদা চীনাগী সিঙ্কগা ইউরোপকা সনাগা ওন্নরমই। খৃঃ ১২৫০ দা মণিপুরনা চীনা জয় তৌখি। মান্দগী ফায়কপশিং অহু মণিপুরদা কমেংদা লৈহল্লম্মী। মখোয়না মণিপুরদা চেক শাবা, মুগা তিল য়োকপা অমসুং মুগা শুংবগী থবক ভৌরমই।

* "রোংপোক লৈহো চিঙ" —অইবা খুমন্নম বাইমা।

# মনিপুরগী চাৎমী

## Hill tribes of Manipur and their culture.

হৌরকফম য়ে উরবদি নাগা, কুকি অমস্মুং মৈতৈ কৌবা মণিপুরগী আদিবাসী ফুরুপ অহুম্মকী হৌরকফম অমত্তনি। লৈশেমলোনলোমদা য়েংলবস্মু চীংদা লৈরগা তম্পাক্তা লৌউ-শিংউবগী চথোক-চশিন ৱারহুনা তম্পাক্ত লৈখিবা কাঙবু-বুতম-মী, চীংদা লৈবা কাঙবুবুনা হাও (চীংমী) কৌখি (নোংপোক লৈহৌ চিঙ)। মোইরাংনা কুকিদগী, খুমন্না মরিংদগী, লুৱাংনা কবুইদগী শন্দোরকপনি হায়বা মতম্মু ডাঃ কুঞ্জবিহারী সিংহগী প্রবন্ধ অমদা ইরি। মানস-সরোবরদগী হৌরকপা ঙাক্তা ওইরবস্মু অমনা গঙ্গা, অমনা ব্রহ্মপুত্র কৌখিবগুম মৈতৈগা চীংমীগা হৌরকফম মান্নজরবস্মু অনীমক তোঙান তোঙাল্লবা জাতিনি হায়বা মমিংশিংনা তাকচৈ। মতমগী মতুং ইন্না মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবা, চীংমীনা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখিবা মতমগী অহোংবনি। শান্তিদাস গোষাইগী থৌইনশিন্দগী মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবা, পেটিগ্রু সাহেবকী থৌইনশিন্দগী চীংমীনা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখিবা নোচুপলোমদা মায় ওনশিনবা খোঙথাংনি। অকোন অহান, অথাপ্পা অনকপগী ৱানি। অমনা হিন্দুস্তানগী

অমনা অমেরিকাগী ঈথক ঈপোমনি। নিখিল মণিপুরী হিন্দু মহাসভানা হৌং কুমজা ১৯৩৭ দা তাখিবা রারেপ মতুংইন্না গোভর্নমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়া এক্ট ১৯৩৫ না মণিপুরীশিংবু হিন্দু কাষ্টনি হায়না অয়াবা পীখি। অদুগা ১৯৫৬ কী Tribe Modification order মতুংইন্না মণিপুরগী চীংমী জাতি ২৯ সরকারনা শকখংখি ( Recognised )। মখোয় অদুদি—

| ট্রাইব মমিং | মীশিং (১৯৮১) | মকা ওইবা লৈফম জিলা |
|---|---|---|
| ১। আইমোল | ৮৩৬ | চন্দেল |
| ২। অনাল | ৬৬৭০ | চন্দেল |
| ৩। অঙ্গামী | ৭০ | সেনাপতি, তমেংলোং |
| ৪। চিরু | ২৭৪৫ | সেনাপতি, চন্দেল, উখ্রুল, চুরাচান্দপুর |
| ৫। চোথে | ১৯০৫ | সেনাপতি, চন্দেল, চুরাচান্দপুর, উখ্রুল |
| ৬। গাংতে | ৬৩০৭ | সেনাপতি, চুরাচান্দপুর, ইম্ফাল |
| ৭। মার | ২৩৩১২ | চুরাচান্দপুর, তমেংলোং, ইম্ফাল |
| ৮। রোংমৈ (কবুই) | ৪০২৫৭ | তমেংলোং |
| ৯। লেংমৈ (Liangmei) ( কাচা নাগা ) | ১৩০২৬ | তমেংলোং |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১০। | কোইরাও | ১৬২০ | সেনাপতি |
| ১১। | কোইরেং | ৪৫৮ | সেনাপতি, ইম্ফাল |
| ১২। | কোম | ৬৫৫০ | সেনাপতি, চন্দেল, চুরাচান্দপুর |
| ১৩। | লমকাং | ২৬২২ | " |
| ১৪। | মিজো (লুসাই) | ৭৪৮৩ | চুরাচান্দপুর, ইম্ফাল |
| ১৫। | মরাম | ৪৫৩৯ | সেনাপতি, তমেংলোং ইম্ফাল |
| ১৬। | মরিং | ৯৮২৫ | চন্দেল, সেনাপতি, উখ্রুল ইম্ফাল |
| ১৭। | মাও | ৩৩৩৭৯ | সেনাপতি, তমেংলোং, ইম্ফাল |
| ১৮। | মোনশাং | ৯৩০ | চন্দেল, ইম্ফাল |
| ১৯। | মোয়োল | ১৩৬০ | " |
| ২০। | পাইতে | ২৪৭৫৫ | চুরাচান্দপুর, তমেংলোং, সেনাপতি, ইম্ফাল |
| ২১। | পুরুম | — | চন্দেল |
| ২২। | রালতে | ১৫৪ | চুরাচান্দপুর |
| ২৩। | সেমা | — | চুরাচান্দপুর, সেনাপতি |
| ২৪। | সিমতে | ৪১৭৭ | চুরাচান্দপুর, তমেংলোং, সেনাপতি |
| ২৫। | সুহ্তে (Suhte) | — | চুরাচান্দপুর, ইম্ফাল |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৬। | তাংখুল | ৫৭৮৫১ | উখ্রুল |
| ২৭। | থাদৌ কুকি | ৫৯৯১৫ | চুরাচান্দপুর তমেংলোং, ইম্ফাল, সেনাপতি, উখ্রুল |
| ২৮। | বাইফৈ (Vaiphei) | ১২৩৪৭ | " |
| ২৯। | জো (Zou) | ১০০৬০ | চুরাচান্দপুর, সেনাপতি, ইম্ফাল |

( Collection from the Education Department )

থাদৌ, তাংখুল কবুই, মাও, পাইতে অমস্থুং মার-না মথং-মনাও মশাগী য়াম্না ট্রাইব ওইরি। ১৯৫১ হং কাওবদা নাগা, লুসাই অমস্থুং কুকি অহুম অসিথক্তা সরকারনা শকথঙ-লমই। শ্রীমতি লিংজানেং গাংতেগী প্রবন্ধ অমদা পল্লিবনা মতম অহুরাই কাওবদা তাংখুল,, রোংমৈ, মাও, কাচা নাগা, লমকাং, মরিং, অনাল, মোংশাং, মোয়োন, জেমৈ, থঙ্গাল, অঙ্গামী, অমস্থুং সেমা ১৩ অসি নাগা কুরুপকী মমুং চল্লমই; অহুপা আইমোল, চোথে, চিরু, কোম, পুরুম, গাংতে, পাইতে, সিমতে, থাদৌ, বাইফৈ, মার, জৌ, রালতে, মিজো-লুসাই অসিনা কুকি কুরুপকী ওইরমই হায়রবসিনি। Govt. of India গী Tribe Modification order 1956 কী মতুংইন্না মথক্তা পীরিবা ট্রাইব ২৯ অসি তোঙান তোঙানবা জাতি ওইনা শকথঙখিবনি। থাইনা জেলেলোং হায়বা থঙনরিবা

অসিনা লোংমৈ: ঙোংমৈ, খোংমৈ কৌবা তমেংলোং জিলাগী মরু ওইবা ট্রাইব অমুমগী অপুনবা মমিংনি।

মার-না ৪৪.৮২% ওইদুনা লাইরিক হৈবদা মাংজিন থারি। জিলা জিলাগী লাইরিক হৈবগী চাংদি (১৯৮১)—

| জিলা | নিপা | নুপী | অপুনবগী চাং (Total Percentage |
|---|---|---|---|
| ১। চুরাচান্দপুর | ৭২.১২ | ৪৯.৭১ | ৬১.৫০ |
| ২। উখ্রুল | ৫১.১২ | ৩৩.২৭ | ৪২.৫৪ |
| ৩। সেনাপতি | ৩৪.৫৩ | ১৭.১১ | ২৬.০৮ |
| ৪। তমেংলোং | ৪৭.২৪ | ২৭.৯৯ | ৩৭.৭৬ |
| ৫। চন্দেল | ৩৯.৮৪ | ২৪.২২ | ৩২.২৪ |
| ৬। তম্পাক (ইম্ফাল, থৌবাল, বিষ্ণুপুর) | ৫৪.৭৫ | ৩০.৫০ | ৪২.৬১ |
| ৭। মণিপুর অপুনবা | ৫২.৯৭ | ৩০.৬৯ | ৪১.৯৯ |

(১৯৮১ সেন্সস)

**য়েংগদবা :—** ১৯৯১ ইং য়ৌরকপা কান্দদি মণিপুরগী Percentage of li erccy অসি ৬০.৯৬ য়ৌরে; অদুগা ভারতকী ওইনদি ৫২.১১ খক্তা মথৌরি।

ভারত সরকারগী লিঙ্গুইস্টিক মাইনোরিটি কমিশনার শ্রীবিষ্ণু প্রসাদনা জুলাই ১৮, ১৯৯০ দা কোংদোকখিবা মরু

ওইবা লোল খরগী মণিপুরগী অপুনবা মীশিংগী চাদা ওইবা ভাগনরিবা থাক—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মণিপুরী (মৈতৈলোন) | — | ৬১·৮৫% |
| ২। | তাংখুল | — | ৫·০৪% |
| ৩। | থাদো | — | ৪·০৬% |
| ৪ | কবুই | — | ৩·৫১% |
| ৫। | পাইতে | — | ২·১৮% |
| ৬। | মাও | — | ২·০০% |

ট্রাইবেল সব ট্রাইব প্লাম্না চৌংমীশিংদা মোদর্নাইজেসন পুরকপাদা অচোৌবা তেংবাং ওইরে। চৌংমী তম-মী পুম্না চাউ-খংমিন্নবগী শান্দম লৈরে। চৌংমীশিংনা চাউখৎ খোঙথাংদা খুমাং থাখিবগী মরু ওইবা মরমদি—

১। চৌংমী তম-মী চান্নচিন্ননা লৈমিন্নবা, চারৌ-মৌরৌ তোইশিন্নকপা,
২। চৌংমী লাইব্রিক হৈবা মশীং হেনগংলকপা,
৩। চৌংমীশিংগী পুন্সিগী ফিবম ফগংলকপা,
৪। লশীথোং ফগংলকপা।



# চীং অমসুং তমগী মহৌশাগী মরী

মেরা হাওচোংবা ( হৌচোংবা ) হায়বসি লৈবাক অসিগী চহীগী ওইনা চীং তম শকথং মায়থঙনবা পাঙথোকপা থৌরম্নি। নিংথৌশিংনা য়াম্না মওং তানা পাঙথোকপা থৌরম্নি। থৌরম-সিদা চীংমী লূচিংবশিং, তমগী কম্নাইবশিং লাকই। চীংমীশিংবু তম্মীনা তরাম্না ওকই অমসুং মখোয়দা লৈরুম পোন্দেম্নচিংবা থুদোল তৌই। চীংমীশিংনসু পৈয়া পুজেংনা শাবা অথম্নবা পোং কয়া নিংথৌদা কংলি। নিংথৌনা চানবা পি। চাবা থকপা লোয়ম্নগা হৈনবা ভগোই শাই। নিংথৌনা চীংমী তম্মীশিংদা সনা থুজি খামেন চংপা কৈজোম্নচিংবা য়েম্নোকই। মুমিংসিনা চীংমী তম্মী হেম্না মম্না চেংপা নুংশিনবা থোকহল্লি। হাও অমসুং মৈতৈগী ইতিহাস অমথক্তনি। মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবদগী, অমদি চীংমীনা খৃষ্টান্নিতি চংখিবদগী চীংমী তম্মীগী মহৌশাগী নুংশিনবা মরী থাপতোক্লরকখি।



# মরু ওইবা ট্রাইব খরা শন্নগনা মশক তাকপা

## ১। থাদো :—

মণিপুরগী চীংমী ট্রাইব মখক্তা থাদো কুকিনা খ্বাইদগী মীশিং য়াম্বা অমস্তুং চাউবা জাতিনি। ১৯৮১ ইংগী মীকোক মতুংইন্না থাদো মীশিং ৭৮,৮৮ শুই। থাদো মন্নুংদা ফুরুপ ৭ থোকই, মহুদি— (১) ডোগেন (ডোঙ্গেল) (২) শিটলৌ (৩) সিংসন (৪) কিপজেন (কিপগেন) (৫) হাওকিপ (৬) চোংলোই অমস্তুং (৭) হাংসিং।

**হৌরকফম (origin) :—** বিলিয়ম শোগী মতম্তা থাদো = থা (হাংপা) দো (থিংবা) অসিদগী থোরকপা বাহৈনি। লান থেংনবা পুম্নমকপু হাংপা হায়বনি। অত্তোপ্পবু নমথনবা পাঙ্গল লৈ তাকপনি। চীনা মরোল্দা থাদোগী অর্থ শুরোন চারোন হায়বনি। মসিনা মথোয় অসি চীন মঙ্গোলিয়াদগী তাকচৈ। বিলিয়ম শো-না মথোয়গী হৌফম লৈপাক মনুংদগীনি হায়না ইরমই। ইহান হানবদা ট্রাইব অসি লুসাই অমস্তুং চীন চীংদা লৈরমই। মফম অদুগী বাংখোল অমস্তুং বেটে কৌবা ট্রাইবশিংনা তানথারবকপদগী ট্রাইব অসি বর্মা

য়োৱকখি। খৃষ্টগী চহী ৫০৪ মমাঙদা ময়ায়থংবা বর্ম্মাদা টাগুয়ং ( Taguang ) কৌবা থাদো লৈবাক অমা শেমহনা মশাগী নিংথৌ পাল্লমই হায়না The Burma Research Society গী প্রবন্ধ অমদা ইরি। কোম্বংদা কাঙবু অমা মণিপূর যৌৱকখিবনি ; অচোবা ফুরুপ্তি বর্ম্মাদা লেহৌরি। অনৌবা কুকি লক্তা চল্লিবসি থাদো থক্রনি। আরাকান্দা ট্রাইব অসবু 'লোংশাই' (Klongshai) হায়না খঙনৈ। ইং শোক ১৭৮৭ অহরাইদা মৈতৈনা থাদোবু খোংজাই হায়না খঙনরমই। হৌ-জিক্কী মতমদা ভারত অমস্যুং বর্ম্মাদা লৈবা থাদো মীশিং লাখ অনীগী মথক্লি। ডাঃ গীয়াসন্না পীরস্বা ইংশোক ১৯০৪ গী থাদো মীশিং মণিপুরদা ২০,০০০, নাগা হিলসতা ৫,৫০০, কাছাড়দা ৫,৪০৩ অমস্যুং শিলেটতা ৫৩৪ নি।

থাদো য়ুমশা-খুংশাদি কবোগী মওংনি। উপাক নত্রগা রা-মা ফম্পাক শারগা মথক্তা ইমুং ওই। খুলগী অকোয়বা অহু ফজনা খাজিল্লি। খুঙ্গ ঙাকথোক্লবা মমাঙচৈগী চংনবীনি। য়ুম অয়াম্বদা মঙ্গোল নাই।

পাখংবু স্বাম ( Sawm ) কৌই। পাখং পুম্নমক্কী য়ুম্নিদাং পুনফম লৈশাবীগী ইমুং অমদা ওই। ইমুং অহু পাখংশিংগী ট্রেনিং সেন্টরগুম্বই। হৈবা-শিংবা হকচাং ফবা তাম্নবা, পোং চৈ খুংলাই শাবা ইমুং অহুদা তৌই। পাখং পুম্নমক ইমুংস্নিদা তুমই। লমহেন্দুনা তুমদবা য়াদে। ইমুংগী

লৈশাবীহুনা সেবা তৌই পাখংগী ফুরিং খোঙ্গ্যাও শেগাইবা ফাওবা লৈশাবীহুনা ফোংলি। অসুম্না শিন্মী (Labcur) শিংগী তিনফম মফম থমই। মহুদা চাগে থক্কে হায়বদা অথিংবা লৈতে। য়ু থক্লি ৩০ মুক মুমিং ভুর্মনি চপ্না থকুরমই। শেল লৈত্রগা খুঙ্গংদগী শেল শাইরগা থকনৈ। বেম্বু ডান্স ( Bamboo Dance ) হায়বাস থাদোগী Typical Dance নি।

লুহোংববা লম্বী ৫ লৈ— (১) মরী-মতাম্না মুপী থেম্বা (২) মশা মশা য়ানহুনা চেনবা (৩) অহল-লমন্না হায়বা (৪) মকুপ-মপাংশিংনা শিনবা (৫) মীরোন্দুনা তঙ্গাইফদনা লৌন-লৈনবা অসিনি। লুহোংবা মুনিঙা মৈখু পুহন্নবা মোরোক মৈ থাবা হায়বা চৎনবী অমা লৈ। লুহোংবা লোইরগা নিপা কাঙবুগা নুপী কাঙবুগা পাম্বোম ভানবা (Wrestling) চৎলৈ। নুপীগী অসুম্না লেপই :-

(১) ডোগেল শিটলৌ, কিপজেন অমম্পুং হাওকিপ — শন্দং ১০
— কাংশি ২ (Gong)
— নাইন ২ (Ear bear)
— লিক ২

(২) সিংসন — শন্দং ১৫

(ঙ) চোংলোয় অমসুং হাংশিং — শব্দং ৭
— কাংশি ১
— নাইন ১
— লিক ১

নিপা নুপী খায়নবগী মমল ( Divorce Price ) সু থুলবা লেপই। নিপানা পামদতনা খায়নবদা শব্দং অমা কোংই। নুপীনা পামদতনা খায়নবগা লুহোংবা কান্দা নিপাদগী লৌখিবা মরল পুন্নমক হনবা তাই। মীগী মমদা নিপা নুপী লোন্না উনয়ন্নবদি কমুং মাংথোকপগী দমক শব্দং অমা কোংই। অস্নগ্না মাংথোকলুবা নুপী অদু লৌদবা তারগনা শব্দং অমা অমুক্কা কোংবা তাই।

"চবাংকুৎ" হায়বসি কুকি-চিন মিতো কাঙবুগী কুইন্ম-নি। চহিগী নভেম্বর তাং ১ দা পাঙথোকই। উংসব অসিগী দমক লাংবা শব্দং অদু হাংক্রিইঙদা শা মথক্কা চোংবা ঙম্বা তাগ্নে। শব্দং অমোমগী মথক্তদি চোংনদে। "চোন" হায়বা উংসব অমসু চৌংলেম্বা পাঙথোকই। মসি পাঙথোকখিবগী মরম ওইনা হায়রিবদি — থাদো অমসুং ডোগেল মচিন্নানাওনি। ডোগেলনা অহল্লনি, থাদোনা মনাও। ডোগেলগী উনা শাবা তা ( Wooden Javelin ) অমা লৈরমই। ময়াম্বা লৈতবা কান্দা থাদোনা তা অদু লৌবা চংলুবদা মতেমমা পীরক্লবদগী

শাউনহুন্না মচিন্নুনাও ত্রোঙাল, তোঙালে তাম্নিবগী রাবীদ-গীনি। থায়নদি হকচাং যজ্ঞ তৌনরমই হায়। তুংদা মচা মরী-মতা অমদি মীয়াম বাপ্রোন তৌদুনা শব্দং নত্রগা এক পীজ-পীথক তৌবা উংসবনি। থোবুদা য়ু ভুংনবা ফোগাই পীনৈ। চাবা-থকপা লোয়রগা নহারোল মশেল মশান্ন কয়া শানৈ, থোইবা তানৈ।

রাঙাঙনা জাতি মশক তাহই। তপ্পা তপ্পা রা ডাও়্রই। লমন খুম্বা, লাল পাম্বা জাতিনি। মৈহৌরোলগী মকোক চাবা পাম্বা ট্রাইবনি। য়েক্রুবগী মকোক করুগা পুরকপা মীহু য়াম্বা ইকাই খুম্নরমই। মনীংতম্বা পামই। বর্মাদা কুকিবু চিন, মিজোরামদা মিজো, মণিপুর, কাছাড়, শিলেট, ত্রিপুরাদা কুকি হায়না খহৈ। য়ুমহোং তোইবা পাম্বা জাতিনি

খুলগী চংনবীনা অরোইবা রায় ওই। মহু ইন্দবা য়াদে। মপুরোইব নৈনা নৈনা ওক্তবা লমচং চংলবদি মংকং হনগদবনি, শব্দং অমম্তু কোংগদবনি। অতোপ্পগীদা শিরবদি হুম্বুদা এক ১ পা য়ু থকং ১ গা পীগনি। মপুরোইবা শিখিবদগী মরাওনিপাদা য়ুম পালবদি মংকং অমুক পীরোই। লুহোংবা কান্দা নিপাবা নুপী মমা-মপাগী কি তমই। শেল ওইনা থরা পীরগা তোকপম্তু য়াওই। নুপীগী মমাতলী অমদি মথুরাদগু ভমজবা তমই। শিখিবা মপুরোইবগী য়ুমদা অতোপ্পা নিপা পুশিল্লরুবদি শব্দং অমা কোংবা তাই। খত মচানিপানা ফংই, মচানুপীনা কম্নিম্তু ফংদে।

শিকারদা ফারকপা শাগী মমাঙগী মখোঙ নিংথৌগী তমই। লোয়নবা মরাম্বশিংগী শরুক তমই। খংনবদগী ঈ তান্নরবদি ওক ১ গা য় শরুং ১ গা নিংথৌ অমস্তং খুল্লাকপগী তমই। শোইবদগী শিবা থোক্লবদি শন্দং ১ গা অমুবা ফি ১ গা মরী-মতাদা পীগনি। লৌশাল মণশাল ফৌশাল তংথাইদগী হেন্না লৌরোই। খুঙ্গংদগী হোংহুনা চংখিবা থোক্লবদি মাগী সম্পত্তি নিংথৌগী ওইহোগনি। লম পুন্নমক নিংথৌগী লমনি, মখোয়না চাজবনি খন্নে। অহুনা লৌরোকপা খুদিংগী নিংথৌগী ফৌ তমই। থুম্মোক, তা, লাংনচিংবা হুরানবগী দণ্ড শন্দং অমা কোংই।

## ২। তাংখুল :—

করিগীদমক তাকখুল কৌথিবনো? উখ্রুল অমস্তং সেন্ত্রা (বর্মা) গী মরক্তা লৈবা লমবু নোংপোক থোং হায়না কৌনরমই। লম অহুদা তাঙখু কৌবা আর্টিষ্ট অমা লৈরমই। মহাক্না মখিংদগী লমদম অমদি জাতি অসিবু তাংখুল কৌখি (রাই, কে, শিমরে)। খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখ্রিঙদা অল্লাহ হায়না খঙনবা লাই লাংলমই। তাংখুলনা অল্লাহবু লৈশেম্বা মপুনি লৌই। যুমলাই ওইবা সনামহী লাংনে।

হৌজিক কান্দা তাংখুল ১০ গী ময়ুঙদা ৯ দি খৃষ্টান ওইরে। য়াজা অসিদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী মরা তাফন উখ্রুল জিল্লানি।

অদুবু জাতি মশক তাকপা ফি শেং-ইনবদি তোক্রি। অদুম্না সংস্কৃতি মশক তাকপা কি মখল অনী পনবা য়াই— (১) উখ্রুলগী নোংচুপ্তা ফাদাং, সোমদল, তুইনেম, তোল্লোইগী এরিয়াদা কারাওফি (চাং-খোম) কৌবা ফি শিজিন্নে। শিংকাপ, তাংখুল, হুন্দুং, নোংদম চাদোং অসিনচিংবা খা থংবা উখ্রুলদা হাওরা হাযবা অঙাঙবা অঙৌবা মচুগী ইনফি শীজিন্নে। হৌজিক মফম অয়াম্বদা নুপীনা চাংখোম, নুপানা হাওরা শীজিন্নরে।

অঙম-অথৌ, ইনাকখুনবা অমম্থং লাইরবগী য়ুমশা-কৈশাগী মওং থাক ৩ উবা ফংই। য়ুমকোক হায়না খঙনবা ফুট ২০ শাংবা ফুট ৯ পাকপা মী ২০ মুক তুম্বা য়াবা ফমুং-মখল অমা শীজিন্নে। তাংখুল হুই হায়না খঙনবা হুই মখল অমা ফংই।

ইমুংগী থাক মতুংইন্না লুহোংবগী থৌরাং ৩ থোকই, মাহুদি — চাউনা লুহোংবা, ময়াম ওইনা লুহোংবা, পাংনশানবা লুহোংবা। লুহোংবগীদমক ময়ামবু পীজবা অসিমদি পুম্নমক্কী তৌই। খৃষ্টান ধর্ম লৌখিবদগী মীয়াম মম্লাঙদা য়ু থকপা তোকখ্রে। খৃষ্টান ধর্মগী প্রভাবনা নম্নহংপা ঙমদবা থায়নগী সংস্কৃতি মঙাদি চংনরি, মাহুদি —

১। হুইরা New Year feast অনৌবা চহীগী উৎসবনি। চীংলেম্না পাংথোক্লে। থায়নদি লৈশাবীশিংনা কুমিং নত্রগা কি থোংদনা জগোয় শাম্নরমই, হৈশে শক্করমই।

২। য়ারা ( Yarra ) লেঙা মায়বা পাথম লৈপাকী কাঙ্গু কাঙ্গু চামিন থরুম্বিয়বা উৎসবনি। খুলগী ম্যাইবগী মশক ফজবা লৈশাবীগী যুমদা তৌনৈ। এপ্রিল থাদা তৌনৈ।

৩। মংকাপ্ হাযবদি অরোইবা খুংথক হায়বনি। লৌ লিংবা লোইবগী উৎসবনি। মংখপ হাযনস্থু খঙনৈ মসিগী খয়চ ওইনবা লৌ খুংলং চস্নুনা শেল তাগৈ।

৪। চুমফা— লৌ লোকপা লোইবগী উৎসবনি। চহী ১০দগী হেল্লবা নিপা মথৈ নুমিৎ ১০ নি লৌশঙদা লেকই। ১১নি শুবা নুমিত্তা লৌপুগী নুপীনা থুমোক অমা ফৌ চোয়া হাপ্পগা মাঙ থাদা যুমদা হল্লকই। লৌবুক খক্তা নওনা যুমদস্থু মীয়ামযু পীজৈ পীথকই।

৫। থিশম— চহী অতুগী অরোইবদা শিথিবা মীতুগীদমক ময়াম পুল্লগা পাঙ্খোকপা উসবনি। মৈতৈগী ফিরোইশুবনি।

থাযনদি নুংতিগী ওইবা বাজার লৈরমদে। চহীগী মনুংদা লৈবা ম্নোনবগী মেলা অমীরক তৌই; অমনা লৌ লিংবা লোইবা কান্দা, অমনা লৌকপা লোয়বা কাঁন্দ। হৌজিকস্থু চংলরি।

উহোংবা হায়বা অঙম-অখৌনা পাংথোকপা উসব অমা লৈ। যুমগী মমাঙদা উ মকক মঙা যুংলপা বাংলবা উশা খয়া

থেংলগা পাঙথোকই। মসিগীদমক ইরোই ১২ শল ১ ওক ১০ হুই ৫ য়েন থরা দয়কায় ওই। মসিগীদি পান্দমদি পুম্নমক চামিন্নবা, জাতি অসি উমংগা লোয়নয়কই হায়বা উংলি।

সমাজগী য়াইফ থৌরাং পায়খৎনবা কাঙলুপ মঙা থোকই —

১। ময়ুম পাল্লবা নহারোলনা পুন্না লৌ শুই। শোঙবা অনাবা মীগী লৌস্নু শুবির্গনি।

২। শাগৈ ফুরুপকী ওইবা একতা-না শাগৈগী ঙাক্লৌ ওই।

৩। ভলুন্টরিয়ার ফোর্স খুঙ্গং খুদিংগী লৈ। ফুরুপসিদা পীজ পৌথক তৌবিরবদি য়ুমকৈ শাবদা লৈবর নেক্রবা য়াই হায়বদি মখোয়না লোইনা তৌবী।

৪। লু.হাংলবা নুপী ঙাকগী ফুরুপ, খুলগী থৌদাং মখোয়না পুই।

৫। লেংনাও — য়ুম্পানবা নৌরিবা কাঙবুগী ফুরুপনি। লুহোংবা চহি অমা ফাগ্রিবমখৈ নিপা নুপী তুমমিন্নদনবা মখোয়না প্লান তৌই।

মচানিপা অহলনা মমা মপাগী য়ুম ফংই। মচা অহলনা মপুং মরৈ ফাররুবদি মপা মমা অহু অনৌবা য়ুম শারগা হোংদোকখিবা ঙাই। শিন্নবদি হিংলিঙৈদা মেক্রমঙা মী অহুনা

লাক্লগা লৈরোন চল্ল্রিৈঙদা চমখোক্লবা চৎনৈ নত্রবদি মচা মশুনা থক্লম থমগল্লি। শেল তোন্দুনা শিন্নবদি শেলপুনা লৈরোন চল্ল্রিৈঙদা মচা মশুদা ফোংদোকপা তাই নত্রবদি শেল মাংই। Head Hunting হায়নুনা অতোপ্পা খুল্লগী মকোক ওইবা মীগী মকোক কক্লুনা পুরকপা ঙম্বা শকই। নিংথৌগী য়ুম চংফমদা মী মকোকশিং য়াংফম শেমনুনা য়াল্লি। খমসোনদা উনা শাবা পুখম ফংই। রোদেনটেনদ্রম কৌবা উনা শাবনি। নুংবীদা মুস্থক মুবা চফু অমদি গ্যাস লৈরং শারে। চিংঙাই সব-ডিভিসন্দা চাল্লৌ, মোইরাংফুং অমস্নুং খারাসোমদা থুম থোকই।

## ৩। কবুই :—

মীশিং য়াম্বদা ট্রাইব মরক্তা কবুইনা অহুংশুবা থাক্তা লৈ। ১৯৮১ ইংদা কবুই ট্রাইবগী মীশিং ৫৯৬৬ শুরে। কবুই লোন্দা ইমাবু "অপুই" কৌই। মহুদগী কবুই লাকখবনি হায়। লৈশেম্বী লাইরেম্বী নত্রগা লৈমরেল শিদবী ইমা অহুবু অপুই কৌই। শকওঙ-শাদা অমদি ফিজেৎ চাকচা (মক্লওইনা নুপীগী) দা মৈতৈগা মান্নে অমস্নুং নক্লে। মসিগী মতাংদা মংথোই থাইমৈনা মাগী প্রবন্ধ অমদা ইরি— থায়ন খুম্থোরেম্বা কৌবা নিপা অমগী মচানিপা অনী লৈরমই। মপা শিপ্রবা মতুংদা মচা অনীমক্তী লৈফম মফম খণ্ডনদ্রে। ময় স্বনা চীংমী ওইদ্রে; মনাওনিপানা মৈতৈ। নোংমা মনাওনিপাগী মংদা স্বর্গীয় মপা লাক্লনা মহাক্তী মচা ফংজনবা পুজা তৌ, পুজাগী

মওংদি ময়াম্বগীদা লৈবা শা মউলদা ইবা পুয়াদা য়াওরবনি হায়রমই। মহাক্না ময়াম্বগীদা পুয়া লৌবা চংলে। পুজা লোয়বগা পুয়া পীরক্কনি হায়রমই। মমাওনিপানা পুয়া অহু পাম্বদগী উগী মনাদা লোইনমক শিন্দোক্লমই। অহুগা অশেংবা পুয়া অহুবুনা মৈ থাদোক্লমই। অহুগা ময়াম্বদনা পুয়া অহু শউল ওইবদগী হুইনা চাথোকপ্রে হায়না খুম্মই। মসিদগী হৌজিক ফাওবদা কবুইশিংনা পুয়া থিজিনবা তোকপ্রি হায়রি।

কবুইশিংনে মখোয়বু শুরুংগী মীনি হায়না থাজনৈ। হায়বদি অহানবদা মখোয় শুরুংদা লৈরমই। হৌজিকী মাও এারয়া মনুংদা মাখন ( মাখেন ) কোব খুঙ্গং মনাক্তা শুরুং অসি লেরমই। রেংমৈ ( Riengmei ) অমস্তুং রোংমৈ ( Ruongmei ) হায়বাসনা মথংশিংনা অরাংগী মী ( Northerner ) অমস্তুং খাগী মী ( Southerner ) হায়বা খঙহল্লে। হৌজিক কাব্দাদ রোংমৈ হায়রগা কবুইশিংবু খঙনৈ। অমুক লেংমৈ, রোংমৈ, জেমৈ অহুমসিবু জেলেংলোং হায়না খঙনরে।

সামাজিক পুন্সি (Social life) ফুরপ মরি থোকই— কামৈ, গোনমৈ, গাংমে, লোংমে। নিপা ফুরপ অমস্তুং নুপী ফুরুপ হায়বস্তু লৈরি। মহা কাঙবুগী ফুরুপ, অহল্লোন ফুরপ থায়রি। মশানা মশাগী শাসন তৌজবা, বিচার তৌজবা ট্রাইবনি। খুঙ্গংগী থাক্তা বিচারপতিস্ত লৈ।

**ধর্মিক চৎনবী (Religious belief)**— মৈতেগুম্না কবুইস্সু মপা মপু ংোকপা অপোকপা খুরুমই। মসিবু কাইরাও হায়না খঙবৈ। মৈতৈগী উমংলাই লাৎপগুম্না মখোয়স্সু খুল চাহোং-ঙাহোংনবা মহৈ মরোং চুমনবা "ভমবু" (Bhamboo) কৌবা খুল-লাই ঈরাংলি। লাইশঙদি শাদে, খুভমদি লৈ। মাহুদা য়েন কক্লুনা কোলেরা চংদনবা, শা-ষন নাদনবা খুরুমই। চামপৈ হায়বসিনা শা উচেক্কা লাহন্নি। শিকার নত্রগা ঙা ফাবা চংপা মতমদা চামপৈ খুরুমই। লম লাম্থোক্লুনা চংপা কান্দনা কয়মপো-করমপৈ কৌবা উমংলাই লাৎলি।

**হরাও কুম্মৈ** — কবুইগী হরাও কুম্মৈ ওখাক য়ামই। "গানঙাই" না থ্বাইদগী চাউবা কুম্মৈনি। কবুই মরোন্দা পোইন্নু থাবু 'গান' কৌই। লৌকারকপগী মহৈ মরোং পৈশিল্লবা তুংদা লুংঙাইবা ফোঙদোক্লবা মুমিং মঙানি চুপ্পা গানঙাই পাংথোকই। কবুই মরোন্দা রাকচিং থাবু 'চগা' কৌই। থা অসিদা "চগা ঙাই রিঙাই" কুম্মৈ তৌই। শা লান থেংনবা কুম্মৈনি। মীয়াম পুন্না সভা যাত্রা চংলি। পাখং নৈশাবী পুম্নমক লান তম্না লোইরে ; হরাউ হরাউ লৈমিন্নরসি হায়হুনা ফাহরেন থাদা "কতোইঙাই" কুম্মৈ তৌই। য়েনশাং অমত্তা ওইরগা মাহুদা থোংইদিং অঙোবা থাদরগা চামিন্নৈ। লমত্তা থাদনা শিখিবা মীশিংগীদমক সমৎসর (ফিরোই) গী মওংদা "চকাকঙাই" পাঙ-থোকই। মৈতৈগী ষষ্ঠী পুজাগুম্না কবুইস্সু অঙাং পোকপা মঙানি গুবা মুমিত্তা "কজুমগাইমৈ" পুজা তৌই।

**কবুই লোল—** হৌজিক্কী মতমদা মণিপুর, নাগালেন্দ অমস্তুং আসাম মনুংদা লৈবা কবুই মীশিং লাখ অমা তম্মাই ওইরগনি। পুম্নমক লোল অমথক্তা ওই। তমেংলোংগী অরাং-থংবা শরুক্তা য়েংমী অমস্তুং জেমী কাওবুনা লোন্নরিবা লোলগা থাথংবা শরুক্তা লৈবা য়োংমৈ কাওবুনা লোন্নরিবা লোলগা থন্না শরা খেন্নে। মীয়াম্না ষ্টেন্দর্ড ওই হায়না থম্নরিবা লোন্দি তমেংলোং অমস্তুং নুংঙাংদা হৌজিক ঙাঙনরিবা লোল অসিনি। য়াহৈ অমথক্তবু অনেম অরাং মাইনা হায়বদা অর্থ খেন্নে। মাহুদি "গানমৈ" থন্না য়াংলপ হায়রগা তিন্নবা, ঙাকশেনবা থঙৈ; মাহুদগী থন্না হন্তনা খোন্থোক্লগা নিপা থঙই; মেন্না খোন্থোক্লগা থাউমৈ থানবা থঙৈ। Tonal language নি।

ট্রাইব পুম্নমক্কী জগোয় লৈজরবস্তু কবুই জগোয়না থাই-দগী মমিং চংপা হেল্লি। ওজা গুরু মাইনা তমলুপ্ৰবস্তু কবুই নিপা নুপী খুদিংমক জগোয় শাবা হৈ। মসি জাতি অসিগী তোপতোপ্পা গুণনি। তমদা লৈবা (মরু ওইনা ইম্ফাল সহরদা) কবুই মশীংনা ট্রাইব অতৈদগী মশীং হেল্লি। মৈতৈগা চুংশিনবদা কবুইনা অতৈদগী হেন্না লাইনা থোকই। এম, গাইঙমলুংগী প্ৰবন্ধ অমদা পাল্লি, মাহুদি কবুই জগোই অয়াম্বা গ্ৰুপ জগোইনি। তীন-কাং, উচেক-য়ানা, শা-ঙাগী মত্তৌ লমহুনা শাথিবা জগোইনি। হৌজিক্তি ড্যান্স একাডেমীদা ওজা হাপ্ৰুনা নিয়ম নাইমা তহীরে। নুপা অহলনা জগোই শাবদা

"লোংলন" অদুগা অদুংশিংনা "শোংনাই" কৌবা ফি শেংনৈ। মুপীগী মীয়াম্না খঙনরিবা কবুই ফনেক হায়রা অদু শেংনৈ।

কবুইগী চংনবীদ খুম্মোকপা (খুল লিংবা) তারবদি মাইরা মাইবী, খুংলৌ চাংয়েং হৈবা অহল্শিং য়াওনা খুন্দা-দোন্নিবা মীওইশিংনা য়েনরা অচৌবা ১ ওক ১ যু খরুং ১ শিঙ মপুন ১ লা খরা থাঙ, তা, য়োংনচিংবা পুরগা মফম অদুদা য়ারেক্কুনা অফ-ফত্ত য়েংগনি। খুনবু (নিংথৌ) খুননবগী ওইনদি খুম্মোকদোরিবা অহল খুন্দিংগী য়েনবা অমমম পুরগা মফমদুদা য়ারেকপদা কনাগী য়েনবানা হান্দনা খোংবগে য়েংগনি, য়েন মপু অদুনা নিংথৌ ওইগনি। খুম্মোকুবা য়েংবা চৎপদা পুম্নবা য়েনবা অদু মথংগী নুমিত্তা শোরারেল শিদবা মপুদা কংলগা থৌনিগনি। ওক অদুবুনা হাংলগা মপৈ মপৈ য়েংগনি। খঙ-হৈবশিংনা তুংদা লাক্কদবা অফ-ফত্ত খঙই। য়েংলবা তুংদা ওক্তী মথিবোং মরিল ফুমজিললগা নুংজাও অমনা ননশিনগনি। মদুবু কবুইনা "তাওবৈ" কৌই। তাওবৈ লৈফম অদু মীতোপ্পা খঙখিবা তারবদি হিকাপ য়াইকাপ তৌবদা খুদোং চাই হায়না মফম অদু মীত্তোন্দা খঙহন্নদে। লেমহৌবা ওকপা অদু মীয়াম্না থোংলগা চাই। খুলদুগী খুন্নক খুলখা তাকুবা পম্মোং লাই অনীস্থু নুমিৎসিদগী লাংশন্থ্রু হোই। খুল অমদা য়েক শলাই তম্রবস্থু লুপ ৫ দগীদি তাবা য়াদে। লুপগী মপুনা খুনবু (নিংথৌ) না ওই; লোয়নবা লৈবাকী থৌরম পুম্নমকস্থু পুই। খুল্লাকপা, লুপলাকপা, মৈতে

লমবু মশিনচিংবগা লোয়ননা Religion, defence, Worker, (পাখোংলোয়), Senior/Head of bachelor, Senior Girl /Girls Director, Girls dormitory (লৈশাফাল), Maid, Womens dormitory, Head of Women, old Womens dormetory অসিনচিংবা কমথোয় মশীং লাকওয়দনা লৈ।

## ৪। মাও :–

সেনাপতি জিলাগী মনুংদা মণিপুরগী অরাং ওমথৈথংদা নাগাল্যান্দগা লোয়নবদা লৈ। ইংশোক ১৯৮১ গী মীকোক থিবা রিপোর্ট মতুংইন্না মাও মীশিং ৪৩৯২৭ নি। মীশিং য়াম্বদা মরিশুবা থাক্লা লৈ। মৈতৈনা মতম অমদা মাওবু ওাইমে, মরাংবুনা মাওমৈ হায়না শঙ্ঘনই।

মাও লেমদা খুল্লাকপবু মোবু কৌই। উৎসব-মেলাদা মহাক্কা য়ায়গী মকোক্কা কমই। চহি খুদিংগী ডিসেম্বর অমসুং মার্চ-এপ্রিলদা মীয়ামগী মীতম তোকপা চৎনরোল, লৈলাক-লোন লৌশোনা থই। পাখংফাল লৈশাফাল কৌবা পাখং লৈশাবীগী তোঙাল তোঙালবা সমাজিক সংস্থাম লৈ। মহাক্না পাখং লৈশাকী উটৈনৈ, কটৈশে শকই।

মাওগী চৎনবীদা মী.য়ামবী মুপীদা চেকশিন থোয়াং তৌই। থেংনা লৌ শুহন্দে, লিল হাংহন্দে, অহোবা, মখুল

মেমবা তৌহন্দে। মাহুদগী অঙাং মনা শংবা, লিলগী মরৈগুম তৌবা থোকই হায়না থাজনৈ। ইমুংগী মীনা মগুদা শা লাবা উরগা নিপা, শা অমোম উরগা সুপী পোকই হায়না থাজনৈ। কম্মাগুদা অঙাং পোক্লে। নাউফম, অমোং-অকায় মীবু কাল-হন্দে, কান্নবদি মীহুগা অঙাং অহুগা তুংদা য়েক্লবা ওই হায়না থাজনৈ। অঙাং অতৈগা পোয়রি কুমফম তিন্নহন্দে। পুন্নবদি পুন্না শিমিন্নৈ হায়। পোকপা ছমনি শুবা মুমিত্তা অঙাং মমিং থোল্লি। নুমিং অহুদা অঙাং অহু য়ুমগী থোঙনাওদা পুখোক্লনি। নিপা ওইরগা মমা মপানা চুক্লোই, তা, খাউমৈ পায়। সুপীদগী নিপা পোকপনা হেন্না পায়ে।

মাও থুমায়দা লুহোংবগী অথন্নবা চহী লৈতে। খুং অমত্তগী মনুংদা চারো-মোরোনবা তৌনদে। নিপানা সুপী থিনদে। অহল লমন্না সুপী হায়বা চংনৈ। মাহুস্থু ফোঙনা হায়মদে। লোম্না মরী-মত্তাগী মতেংনা সুপী হায়নৈ। সুপীদদি য়াকম অসি থঙহন্নৈ। নিপাদদি রা লোইরবা কান্দা তাক্লে। য়ান্নহুনা রা লেপ্পরবদি কায়বা য়াদে। লুপ্রাবী লুহোংবস্থু চংনৈ। সুপী চেনবা চংনদে। চেন্নবদি চংনবী থুগাইবা মীনি হায়মম। কন্থুনা য়েংনৈ। লুহোংগদবা মুমিত্তা হন্নুবী অমা নত্রগা লৈশাবী অনী থারগা সুপী অহু বয়ণী য়ুমদা পুরক্লনি। নিপা বর অহুনা তা অমা পায়রগা ওক্লনি। লুহোংবদি খুলগী পুরোহিতনা হৌনবী তৌই। মহৌশানা অমুয়ানী থাদা লুহোংনৈ। হৌ-জিক্তি সেপ্টেম্বর ওক্টোবর থাদস্থু লুহোংনরে।

মাঙ্গোলদা অশিংবা ফুইম্ন। অচৌং ওইরগা যেংনখাদা মই। অহল ওইরবদি মুংখিলদা ফুইম্ন, অচৌং ওইরগা অযুক্তা মই। অরাকপশিংদা যণ নত্রগা ওক পীজে। নিপাগী মোংনদা চুঙ্গে হ, তা, লিগী থুমোক মচা ১ হাপ্লে; মৈস্থ থাল্লি। পী ওইরগা মোংফনদা ছাটিন মথল অমা হাপই। ফুগা নায়রগা য়েন্নাও অমা হাংল। রায়স্থ মৈ থায়। য়োংপাক মস্থ থমগন। হাংলিবা যেন্নও অহু চৈরোং অমা য়ুংলগা ওনা থনই। অথাবা লাপি মনা থরস্থ কক্থং-শাইদংলি। হুনা শিখিব মী অহু থুনা কাউংল্লি হায়না থাজনৈ।

চক্ষী অমগী মন্নুংদা নামুংবা সুমিং ১৭ লৈ। সুমিংশিং অহুদা লনা নংবা লৈবাক লৈহাও চেন্নবা নীজবা চংনৈ। অরাখনা হাকথে কুবা ফত্তবা লাই থুক্কমই। সুত্তজাও, উজাও, চীজাও পুম্নমক অফবা লাইগী থুংশেমনি লৌই। পুক্কি জলগীদমক অফবা লাই নংই।

হয়াও-কুম্ন মরি শুই :— (১) জন্মুয়ারি থাদা লৌনাও কুম্ন (২) জুন থাদা ইশিং নংনবা কুম্ন (৩) লৌউবা লাইরগা সুমিং ৫ নি চপ্পা মলোনি কোয়া কুম্ন তৌই। (৪) সেপ্টেম্বর থাদা ওমুনি কোবা পোথোক ফনবা কুম্ন তৌই।

মাও নাগা হায়বা কাওলূপসিগী জগোই মখল ১৫ শুই মুঙ চিংবা, উ চিংবা, শাবাউ-লানপাউগা মরী লৈদবা লৈশাপাখং পুম্না শামিন্নবা চংলৈ; লাইগী থৌরমদদি পুম্না শামিন্নে। কেতো ওদো অমদি ওক্রুদো হায়বা জগোই অনৌসিদি মুপাত্তন শাই, মুপী য়াওবা য়াদে মতম নাইনা শাই হায়বদি পংশাবা য়াদে। নিংথৌ অমদি অহল-লম্মন থুরুমজরগা কোন্না জগোই শান্নে।

## ৫। পাইতে ঃ—

মীশিংরোমদা য়েংবদা মরিশুবদা লৈজরবস্তু অরাংবা থাকী সরকারগী গেজেটেদ ওফিসার মশীং য়াম্নদি পাইতেনা চীংমী ট্রাইব মরক্তা মাংজিন থারি। ১৯৮১ ইংগী মীশিং ৩২,৫৭০ ওই। বর্ম্মাদা অচৌবা শরুক অমা লৈ। মখোয় অহুবু "টেদিম চিন" (Tedim Chin) হায়রগা খঙলে। সংস্কৃতি অমসুং লোল অমতনি। বর্ম্মদা লৈবা ট্রাইব ৪৪ গী মনুঙদা মখোয়না ইতোপ তোপই। ১৭৯০ ইং অহুরাইদগী মণিপুরদা মখোয় অসি মশক খংলবা জাতি (Recognised Tribe) ওইরক্লবনি। মখোয়গী লোলস্তু ভারত সরকারনা মশক খঙগ্রবসি ক্লাস টেন ফাওবা পাইতে লোলগী টেক্স বুক লৈখরে।

গুইতে. ভুইতে অমসুং সুকতে (Sukte) অহুম অসিসু টেদিম চিনগী ফুরুপনি। মণিপুরদা মখোয়বু পাইতেগী মশা

(Branch) অমনি হায়না লৌই। বর্ম্মাদা লৈবা টেদিম চিনগা পাইতেগা মন্না ভংনখিবসি ইং কুমজা ১৮৯২ অহুরাইদগীনি। মিজোরাম মপুংদা ভৈখাং, মিমবুং, খোকান, হলান, তাংনম অমসুং দাইদে কৌবা খুলশিং অহুদা পাইতেনা মেজোরিতি ওইরি। শম্না ভারত ভুমিগী মপুংদা পাইতে লিশিং ৪০ ময়োম লৈ। মসিগী শরুক মরি বর্ম্মাদা লৈরি।

পাইতে লোন্দা "R" গী খোন্থোক লৈতে। উখ্রুলদা লৈবা তাংখুল মশেল লোল মান্নদবগুম পাইতে মপুংদগী টেদিম, লকজাং, লৌসাউ, বুকপী, দাপজাল, সিজাং, ফাইলেং অমসুং তেজাংদা ভাংনরিবা পাইতে লোল অমগা অমগা মান্নদে। ১৯০৪ ইংদগী পাইতে লোন্দা ইবা লাইরিক পুথোকপ্রে। ভিয়ল-ফুং কৌবা নহা অমনা রোমান লিপিদা পুথোকপা লাইরিক্নি। খৃষ্টান মিশনারীশিংগী মতেংদা ফোঙবনি। ১৯৭২ ইংদা "Paite Kristian Labu" কৌবা লাইশোল লাইরিক পুথোকখি। ১৯৫১ ইংদা New Testament অমসুং ১৯৭১ ইংদা বাইবল পাইতে লোন্দা ফোঙই। বাইবল সোসাইটি ওফ ইণ্ডিয়ানা ফোঙবনি। পাইতে অয়াম্বনা খৃষ্টান ওইখিবা ১৯১০ ইং অহুরাইদনি অমসুং মতম অহুদগী লাইরিক তম্বা হৌরকখিবনি। বর্ম্মাদা লৈবা টেদিম কাঙবুদি ১৯২৫ ইং অহুরাইদগী লাইরিক তম্বা হৌখি। ট্রাইবগী চংনবী ভাকপদি বর্ম্মাদা লৈবা কাঙবুনা হেন্নি। মণিপুরদদি খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখিবদগী ট্রাইবগী মহৌশাগী চংনবী লিচৎ অয়াম্বনা মাংথরক্লে।

সমাজ — হৌরকফম্না মীথোই মীহেনখিবা নত্তে। বুদ্ধি মরৌশিংনা মী ওইখিবা ঙাক্তনি। নহা ওইবা কাঙবুনা খুংকী থবক তুই, অহল ওইবা কাঙবুনা লীডর শাদুনা লৈ। য়াইদোংবা পাখংশিংনা থুঙ্গংগী লাম্মী ওই। চহীগী অরোইবদা কাঙবু অনীমক চামিম্নে। খৃষ্টান ধর্ম্ম লাকপাদগী য়ু থক্লখিদ্রে। চহীগী খৃষ্টমাস অমসুং নিউ ইয়ার ডে ফজনা পাঙথোকই। য়ুমগী থবক-থানা অমদি চায়োকপী ওইবা নত্তনা সামাজিক থাক্তা নুপীগী থৌ অহুক লৈতে। অহল্লোনগী অপুনবা শক্তমবু সারন (Sawn) অমসুং নহারোলগী অপুংবা শক্তমবুনা লারন (Lawn) কৌই।

লুহোং-খোংদোংবা — হায়রগনা লুহোংনৈ। নুপী চেনবা চংনদে। নুপীগী মমল শন্দং অমোম অমগা শন্দং মচা অমগা নত্রগা ৬০ পীনৈ। হৌজিক্তি মংকৎ লুপা ৩০০ য়োরে। থায়নদি মংকৎ অসি মচেৎ মচেৎ পীনরমই। হৌজিক্তি পুন্না পীনরে। লুহোংবগী থৌরম চমই। য়ানরবদি য়ু থন্না থক-মিন্নরগা অথন্নবা নুমিত্তা নিপান্না নুপী পুখি। য়াওং ইন্দে। অউনপোৎ দরকার ওইদে। অহুম ওইনমক থুমোক অমগা শীংজং অমগদি মচানুপীগীদমক মপা মমানা তমই। অঙাং মমিং থোনবদন্সু অঙাং অহুনা নুপী ওইরগা মমাগী মরী মত্তা অহল অমগী মিং লৌই; নুপা ওইরগনা মপাগী কাঙবুগী অহল অমগী মিং লৌরগা থোল্লি। মীশী-মীনা য়াওরবদি অশিবা

হুকচাং অহু কংগ্নবা নুমিং কয়ানিমুক মৈ মমাক্তা থমই। ঈশৈ শকপা জগোয় শাবনা শিবগী মপূং ওই। অশি-অনাগী মনুঙদা পাইতে নহারোল ময়াম য়াবেকনৈ।

মপাগী সম্পত্তি মচা অতোপ্পনা ফংনরমই। হৌজিক্তি মচা অহলনা ফংনরে। পাইতে ইমুং খুদিংমক Typical tribal family ওই। ইমুংগী থবক থানা তোঙাল তোঙালনা পুনবা family council লৈ। মেম্বর পুম্নমক্না মথৌ ফজনা তৌনৈ : অহল ওইরবা ওইরবী নুপা নুপীশিংনা হিদাক থকপা পামনৈ। য়ুম অয়াম্বা গেট পাম্নে। শৈরেং খিবা জগোয় শাবা পাম্বা জাতনি। লাইদা তঙাইফদনা মথরায় পানবা ওক, য়েন কংপদা মুর্তি শারগা কংপস্থু চংনৈ। খুনগী নিংথৌনা খুননুঙগী অথো-য়িটি ওই। খংনা-চৈনবা রাথোক-লাম্থোকী বিচার মহাক্না তৌই।

## ৬। মার :—

চীংমী পুম্নমক্কী মরক্তা মারগী লাইয়িক হৈবগী চাং ৪৪.৮৫% ওইদুনা মাংজিন থারি। ভারতকী চীংমী মরকস্থু শীংথাররি। হাররিবা জাতি অসি চুরাচান্দপুর জিলাদা লৈ, জিলা অসিদা নত্তুনা অতৈ জিলাশিংদা মার অমতা খুন্দাবা উদে। ট্রাইব অসি কুকি চিনগী ফুরুপ মনুঙচল্লি। মীশিং য়াম্বদা মঙাণ্ডবা পোজিসন্দা লৈ।

ট্রাইব অসি ময়ায়থংবা চীনগী শিংলুঙ কোবা মফমদা খুন্দাহুনা লৈরম্বা কাঙবুনি। মারগী ইতিহাসকার Hranglien Songate না মখোয় অসি খৃষ্টগী মমাঙ চহী ২২১-২০৭ দা চীন শাগৈনা পামবা মতমদা মখোয় খরা মফম অতুদগী থোরকখি বর্মাগী শান রাজ্যদা মতম খরা লৈরমই। মাতুদগী খা নোংচুপ্পা লাক্লুনা বৃটিশকা নক্লবা মরি লৈনখি। অপিকপা Administrative unit ৫ থোকখি, মাদুদি— মিজো ডিষ্ট্রিক, কাছাড, অরাং কাছাড়, ত্রিপুরা অমস্থুং মণিপুর। মণিপুরগী মনুংদা টিপাইমুখ, জিরিবাম খুগাগী লমশিংদা পাক শন্না তাই। ইতিহাসকার অসিগী মত-তা ট্রাইব অসি খৃঃ ১৮৭২ অতুরাইদগী লৈবাক অসিদা খুন্দাহুনা লৈরক্লবনি হায়রি।

চহী ৫০ মুক্তী মমাঙদা মার লোন্দা লালচিক হায়না খঙনবা খুল্লাকপা অমগী মখাদা নীংতম্না লৈরমই। খুল্লাকপনা খুলগী পুক্সি, লন-থুম ঙাকই। Customary law না মখোয়বু ঙাকশেল্লি; লমন শিংনদে। খুঙংনা খনবা মন্ত্রি সভানা মহাকপু তেংবাংই। খুল্লাকপগী ঙমথংদা Khondol Upa (প্রধান মন্ত্রি) লৈ।

মারগী ইমুং ইকাইখুম্নিঙাই ওই। মাল্লি। নিপানা ইমুংগী লুচিংবনি। মপা মপুগী লন মচা অতোনবনা ফংই। নিপা পোক্লগা নক্লবা মরী মতানা ফংই। নিঙোলগী অধিকার

লতে। মযুম পান্দ্রিবা লৈশাবী পুম্নমক ঙাম্বানা য়াহৌই। শিংখোংদগী ঈশিং শোকপা লোঙবা মুমিদাংবাইদনা কোয়কপা মীগী মায় চুরট কোনবা লৈশাবীশিংগী মথৌনি।

মীহাৎপা মী ওইজরবস্থু খুল্লাকপদা চঙজফম কংলবদি কিবা লৈতে, দাঁগু কোকপা য়াওই। শিখিবা ইমুংদা শন্দং না জারমনা পীগনি। মীয়ামবু চাক থাঙগনি। শিরিবা ীংগী লৈরোন চনবদা চঙবা শেল পুথোক্লনি।

মারগী সমাজদা নুপী ভাঙনবা হন্থবা থাক্লা য়েংলৈ। নহেনবী নুপী মপুরোইবনা হাংপা য়াই। নিপা অহুগী নাতোন ফাওবা ককই। নুপী নিপা অনীমক্লা পামদ্রবদি যনবা য়াই। নিপানা রাহোৈরগা লায়না থায়লৈ। নুপীনা াহৌরগা লুহোংবদা চংখিবা শেল নিপাদা হনবা তাই। লৈশাীনা মীরোল্লবদ নিপা অহুনা লোৱা তাই মক্তবদি শন্দং অমা মক্তগা নুপা ৪০ পীগনি। হৌজিক্তি নুপা ১০০ ওইরে। অঙাং অহু পোক্লগা নিপানা য়েংশিনবা তাই।

চাক ইনশাং ঈশিং নক্তনা অতৈ পোৎ চাগন্দে। লম কোয়কবা, শা তাল্লুবা, হয়াও-কুম্মৈগী মতমদা চাক-তগী ভংবা য়াইকাবা যু শীজলৈ। খৃষ্টানগী ইমুংদাদ যুগী মতুঙা চানা মতুং শিল্লে।

মার ফুরপ্তা নুপীগী মমল (মংকং) শন্দং ১৪ দগী ১৫ াওবা পীলৈ। মচেং মচেং ( Instalment ) ওইনা পীরম্থু

য়াই। লোয়ননা নুপীগী শীংজং অমগা ইনফী অমগা খুদোল তমনৈ। ৱারোইপোং হায়বহুনি। মপা লৈতবা নুপী ওইরবদি মপাগা নকুবা মরী-মতানা মংকং অসি লোই। শরুক খরনা নুপীগী মামনা, শরুক খরনা মপাগা পোকমিন্নবা মনেনা, শরুক খরনা নুপীগী মমান্নবীনা লোই। মংকং ফংবা মীওই খ্যাদং-মক্তা নুপী অহুগী তুংগী অফ-ফত্তগী দায়ত্ব লোই। লুহোংবা য়ায়া চমদ। অখন্নবা নুমিৎ অমদা নিপা কাওবুনা নুমিদাংৱাইদ চংলগা মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা নুপী পুরকই। নিপাগী মরুপ মপাংনা নিপাগী ফমুং শেমই। নিপা অমস্তুং নুপীগী য়ুম অনী-মক্তা মীয়ামবু পীজ-পীথক তৌই। থায়নদি নুপীগী মপানা নুমিৎ অসিদা ওক অমা হাংনরমই; মহুগী তখাই অমা নিপাগী ময়ুমদা থিন্নরমই। হৌজিক্তি চংনবী অসি লৈত্রে।

## ৭। অনাল :—

ট্রাইব অসিনা হৌজিক মপুং ওইনা লৈরিবসি চন্দেল জিলাদনি। খুন্দা অহানবদা য়াওরকপা কাওবুনি হায়না দাবী তৌরি। ১৯৮১ ইংদা অনাল মশীং ৮,৭৭০ থুরে। লাইরিক হৈবগী চাদা ৩৫.২৯ ওই। নাগা ট্রাইবনি। চকপীকারোং অমস্তুং চন্দেল মফম অনী অসি অনালগী মরু ওইবা সেন্টরনি। অনাল খুল মশীং ৪৫ রোম লৈ। পীরক তৌবা খুল ৩ নত্তনা অতৈদি মতিক চানা চাওবা ডাক্তনি। বর্মা মনুংদস্তু ৬া কালা, নপলুম অমস্তুং হাইকা কৌবা অনাল খুল ৩ লৈ।

অনাল হায়বা রাহৈ অসি "খোল" দগী লাকপনি হায়। খোলগী অর্থ অনী গুই— (ক) লৈপাক মনুংগী অরুবা অহোবা (খ) কোয়েন লৈবাক (Foreign Country)। অথঙ-আহৈগী ৪। অহানবগী অর্থ অসি লোনরি অতোপ্পা মত অমনা— অনাল খুল্লেন লৈউশংলম্বা আর, দি অংনাল কোৱা নিপা অমগী মংদগী ল্যাকখিবা রাহৈনা হায়ার। টিব্বত অমসুং অরুনাচলদা লবা চাইনিজ পাকান (Pakan) মঙ্গোলিয়া কাঙবুগী মীনি। মককুলোকী (Mcculloch) মত-তা অনালবু খোংজাইগী যারা-নাপানি। হায়না হয়মই। মহাক্কী মত অসি অনালগী মশা-কৈশা, য়ুমলৈ কৈরৈ য়েংবদা খোংজাইগা য়াম্না মান্নবা মওং অঢ়ুদগীনি। অনাল অয়াম্বা মশা কৈ। মৈদিংগু চলাম্বনা (১৫৪৫-১১৬২) লমফো পুন্দা লান চংপদা মায় পাকখিদে। মৈদিংগু মুংয়াম্বসু খৃঃ ১৫৭০ দা অনাল খুল্লেনদা মারখিরা কংশি। মৈদিংগু পাইখোম্বগী মতমদা (খৃঃ ১৬৬৬-১৬৯৭) লমফো জয় তৌরুনা মৈত্রবাক্তা হাপচিলখি হায়বা য়ারী লৈ।

অনালগী য়ুম— য়ুম শাগে হায়রবদি ধর্মগী পুরোহিতনা য়ুম অহু য়েংগনি। ফত্তবা লাই (Evil spirits) তান্থোক্লবা মখোঙ মরি পানবা ওক নত্রগা হুই অমা যজ্ঞ (Sacrifice) তৌগনি। য়ুম্বুরেলনা যাক্তা (Main Pillar) হৌরৈ। মহাকপু মোচান অমসুং মুন্থুম ফুরুপকী মী ২ না তেংবাংই। য়ুমগী অতৈ শরুক্তি খুলনা শাই। মোচান ফুরপ্তা য়ুম্নাক ২০ অমসুং মুন্থুম ফুরপ্তা য়ুম্নাক ১৫ লৈ।

**লুহোং-খোংদোংবা—** শাগৈ মনুঙ লৌন লৈনবা য়াদে। হায়বদি মোচান মশেল মুস্নুম মশেল লৌমদে। লুহোংনবা লম্বী ২ লৈ— (১) নিপা কাঙবুনা নুপী য়ুমদা য়ু পুরগা নুপী হায়বা চংলি। (২) নিপানা নুপীময়ুমদা য়ু পুঠুনা চংলগা চামিন্নে-থকমিন্নে; য়ানরবদি নুমিৎ অসিদগী লোবা হৌই। য়াওং ইনবা চংনৈ। য়াওং ইনবা লোইরগা পুরো-হিতনা য়েনবা অমগা য়েনবী অমগা মথয়াং শেগাইগনি। নুপী ময়ামনা ঙমজবা ফি কোল্লিক অমদি অতৈ পোৎ থবগা নুপী অদু নিপা ময়ুমদা থিল্লকই।

**শিবগী চৎনবী—** অশিবা ফুমবা কোম অশাংবা অমা থোন্নাংই। কোম শংনবা মী নেক্লে। অশিবা মশা অদু ফজনা ঈরুজবী অমস্তুং ফজবা ফি শেং-ইনবী। চহী ফারগা ফি অদু অমুক শিন্দোকই। অশিবগী মকোক মখা ওন্নি। মতুনা মখোয় অসি মখায়োমদগী লাকপা কাঙবুনি খঙনৈ। মীশি ফজদবা মীদি খুলগী য়াংমদা ফুমই।

**ধর্ম্মগী থাজনবা ( Rilegious belief )** — থায়না ট্রাইব অসিনা রাংব্রেন লাংনরমই। অনাল খুল্লেন্দগী রাংব্রেন্না নিংঙোল অমা লৌখি * মহুগীদমক শুগ্র দা লৈবা রাংব্রেন হরাউবা মতমদা অনাল কাওবুনা অনাল ফনেক অমা অমস্তুং খোইদিং থরা তমনৈ' হৌজিক্কি চাদা ৭৩.৪ খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখরে। অহুবু মহৌশাগী চংনবী মতুংইন্না য়ুম শঙ্গাবা, শা-লান অমদি মরু মরাং চুম্লব তৌনরম্মা উংসব পাংথোক্লরি। উংসব মনুঙদা খুন্দগী মী থোকহন্দে। মপানগী মীস্লু চঙহন্দে। থায়নগী ফিশেত্তুনা লাইগী থোরম তৌই।

---

*চহী ২০০ গী মমাঙগী থোদোক্কি। রাংব্রেন্না অনাল খুল্লেন্দগী শংস্তু কৌবা লৈশাবী অমা লৌখি। মী ওন্দুনা পাখং ওইনা অনাল পাখং মরক্তা কোইহুনা লৌখি। শংলুগী মমা লৈতবা কান্দা চেনরমি। শুগ্র, তুরেলদা লুপখিবনি। মহুগী-দমক অনাল খুল্লেনগী মীনা ফনেক, লশিং, খোইদিং, হরাই (Soyabean), মোরোক কক্সিবা কাওবা রাংব্রেন হরাউরা লোইশিনবা রাদে। খুল অসিদা চাওরবা মুঙ মঙা লৈ, মসি রাংব্রেন্না পাখং মরক্তা তুনবা শানবা তাররম্মা মুঙ অহুনি। খুল চঙকমদহু কুং অনী লৈ-অমনা রাংব্রেন অমনা শংলুরি হায়। চহীগী যু. য়েক্রম য়েন কংবৈ।

খুলগী অথোরিটি— অনাল লোম্না শিংথৌবু খুরুং (Khurwung) নত্রগা খুল্লাকপা কৌই। ১৯৫৬ ইংগী ভিলেজ অথোরিটি এক্টকী মতুংইন্না মহাক্না ভিলেজ কাউন্সিলগী চেয়ার-মেন ওই। মপা শিরবস্তু মচানা নিংথৌ ওই। নিংথৌগী থবক্তা তেংবাংনবা মী কয়ামুক লৈ-- (ক) খুঙ্গং ঙাকুবা মীবু মীরুং কৌই! (খ) দৌরুংনা শা-ষন পান্নে অমস্তুং মসিগী মরমদা খংনবা বিচার তৌই। (গ) লম্বুনা নিংথৌগী এজেন্ট ওই। খুঙ্গংবাসী মশেল খংনরবদি মীরুংনা বিচার তৌই। অরানবা তৌবা মীদা (Wıong doer) য়ু খরুং অমগা ওক অমগা কোংহল্লি। মহ্ খুঙ্গংনা চাই।

হরাউ-কুম্মৈ উৎসব-মেলা— খ্বাইদগী চাওবা সামা-জিক উৎসব অহ্নবু অকাম (Akam) কৌই। চয়োল অমা খুঙ্গং পুম্ববু লেম্না পীজ-পীথক তৌবা উৎসবনি। ইনাকখুনবা মী নত্তনা তৌবা ঙম্মদে। ঈশ্বরগী থোজাল ফংনবগীদমক্তা তৌনবা উৎসবনি। মথংদা ফমকা (Phamka) হায়বা উৎসব পনবা য়াই। মসিস্তু মীচম প্রজামা ঙম্বা উৎসব নত্তে। ভিলেজ অথোরিটিশিংনা পাংথোকই। নৌনা ভোটতা কাবকপা ভিলেজ অথোরিটি মেম্বরনা মাগী চার্জ লৌবা কান্দা পাংথোকই। খুঙ্গং-বাসীবু বার্ত্তোন তৌরগা চাক পীজে। পুকয় পীথকই। নিপা মুপীশিংনা জগোয় শাই, চৈশে শকই। লুংপাথা হায়বা উৎসব অমা লৈ; মসিদি মচা পোক্তবা মীখক্তনা পুন্যদান ওইনা

তৌই। খুঙ্গংগী গেটতা নুঙ থমদুনা মাতুগী অকোয়বা অদু ফজনা থাজিল্লি। মফম অদুদা অহিংচুপ্পা ঈশৈ শকই, জগোই শাই। পালি নাইনা থৌবুগী য়ুম চঙলগা চাই, থকই। লৌয়োকপা লোয়বদা মীয়ামগী ওইবা হনেসর্কা ( Hanesarka ) কৌবা উৎসব তৌই। উৎসব খুদিংদা চাবা থকপা ঈশৈ শকপা জগোয় শাবনা মপুং ওই। অনালগী ফিজেৎ-লৈতেং, জগোয়-খুৎশং, যন্ত্র, ঈশৈ তোপতোপই।

লমদম অসিদা খৃষ্টান মিশন্নারীগী স্কুল লীঙ্খৎখিবসি ইংশোক ১৯২২ দনি। অহানবা ওজা য়াংপোক কোম কৌবা অমনা ওইরমই। এল, পী স্কুলনি। মণিপুর সরকারগী স্কুল হৌদোকখিবনা খৃঃ ১৯৫৬ অদুরাইদনি।

## ৮। গাংতে ঃ—

চুরাচান্দপুর, তমেংলোং অমসুং চন্দেল জিলা অদুমদা চোইনা চোইনা লৈবা ট্রাইবনি। ১৯৮১ ইংগী মীশিংদা মণিপুরদা লৈবা গাংতে মশীং ৮,২৯৮ শুথরে। লাইরিক হৈবগী চাং চাদা ৩৩.৯৮ ওইবা জাতিনি।

গাংতে কাংলুপ্তা অন্ডাং পোক্লবদি মামদা (Material Uncle) পাউ পীগনি। অন্ডাং অদুগী য়াইফ মঙ্গলগীদমক মামনা য়েন অমগা চক্কু অমগা পীরকনি। অন্ডাং হেক পোকপগা মমিং থোলহোদবা তারবদি "থিধা" কৌবা ফত্তবা লাই (Evil Spirit) না অন্ডাং অদুগী মিং থোক্নুনা মশা কংহন্দে, পুক্তি তেলহল্লি

হায়না থাজনৈ। পোকপগা থোনখিবা মিং অহু খরা চাউরক্লগা হোংদোক্লুনা অতোপ্পা মিং অমা অমুক থোনবস্থু চংনৈ। নিপা ওইরবদি মপুরোবকী মিংগী অরোইবা খোংহ্নাক্লা অচৌং অতুগী অহৌবা ওইহনা মিং থোনবা চংনৈ। নুপী ওইরগা মমা পোকপা মপুরোবকী মিংগী অরোইবা খোংহোক লোই। করিগুম্বদা মচা অহল নাওনবদি চংবদী অসিগী রাংমদা থোন্নীংবা মিং অমা থোনবা য়াই। ষষ্ঠীগী মতুংদা পোকপা ৫ নি শুবা নুমিৎতা ওক অমা হাংলি, যু থকই। অচৌং মপানা হান্না থক্কনি। মথংদা খুল্লাকপা অমস্তুং মথং মংগী ভিলেজ অথো-রিটি পীথক্কনি।

নুপী হায়বা অমস্তুং লুহোং-খোংদোংবদা যু থকপা চংনবীনি। নুপাগী মমা মপানা যুবেল (Jubel) হায়না খঙনবা যু পুহনা নুপী মচুমদা চংলি। নুপীগী কাঙবুন যু থক্লং অমা পীরক্লবদি য়াদ্রে খঙনে। পীরক্রবাদি য়ারে খঙনে। য়ানরবদি অথম্বা নুমিৎ অমদা নুপাগী কাঙবু চংলি। নুপা মশাদি য়াংদে। অতুগা অমুক নুপাগী মপা নত্রগা মমানা পাথং লৈশাবীশিং পুহনা নুপী লৌবা চংলি। নুপী মযুমনা মখোয়বু পীজ পীথক্কনি। চানবা হাংলিবা শা অগী তঙ্খাই অমদি নিপা মযুমগী থাক্কনি। অস্তুগা নুপী অহু পুরক্লগা নুপী মযুমদা খুলগী পাষ্টরনা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকই।

## ৯। গোয়োন মোন্সাং :—

চন্দেল জিলাদা মরু ওইনা লৈ। মতম অমদা জাতি অমনী অসি ট্রাইব অমখক্তনি হায়না লৌনমদগী সব-ট্রাইব খুন্দগী তোঙাল্লকখি। ১৯৭১ ইংগী মীকোক পিবদগী তোঙাল্লকপা অসি মরেক লৈখে। ১৯৮১ ইংগী সেন্সস (Census) মতুংইন্না মোয়োনগী মীশিং ১২৮২ অমসুং মোন্সাংগী মীশিং ১২২৭ ওই। নাইহিরিক হৈবগী থাক চাদা মোয়োনগী ৯৮ ৩১ মোন্সাংগী ৫৩ ৭৬ ওই।

মন্নায়থংবা চিনাদগী লাকপা কাঙলুপনি হায়না থাজরে। অঙানবদা শুরুংদা লৈরম্না কাঙথুনি। মোয়োন মোন্সা দা ব্রান্নীনরিগা রারীদি— শুরংদা লৈরিঙদা শুরুংগী থোরকক্ষমদা কৈ অমনা শংহুনা থোরকপা মী হাত্তনা চারমই। থোককপা কিবদগী শুনংদগী থোঙনা লৈনরমই। কনানোনা কৈ অদু হাংকদগে হায়রবসি সমস্যা ওইরমই। মিরং কৌবা নিপা অমনা তেন অনা শারে। কৈ অদু লৈরিবরা খঙনবা য়েন অনা থা-দোক্রমই য়েন অদু থোঙলক্রে, কৈ লৈত্রমালে খন্দুনা নিরংনা তেন পাযহুনা শুরুংদগী মপান থোরক্রমই। উচেক খংনা মচা মশু কৈনা চাথোকখিবদগী কৈদুগী মথক্তা কোইপাই পাইহুনা থোংলিঙৈ তাঙ্গাহুদা নিরংবা তেন কাপ্পুনা কৈ অদু হাংখি। শুরুংদা লৈরম্না পুমমক থোরকখি। মসিদগী মীওইবগা উচেক্কা থানব য়াদবা মরী লৈনখিবনি হায়না জাতিসিনা থাজনরি।

থোমপুংপা কৌবা মখোনা লৈবা আদি পুরুষ অমনা কৈনা চাখিবা মী মশিং খণ্ডনবা নখোয় মখোয়গী মচা-মচু ময়ী-মতা মশীং শুদবমগৈগী মুড অমমম পুরকউ হায়না পাউ-যেন্নহনা মুড মশীংদা শিখিবা মী মশীং খণ্ডবা ঙমলে। মাহু নীংশিংনবা মোয়োন মোন্সাংগী খুলগী গেটতা মুড অমমম য়ুংহনা থমলি। লোয়নন শুরুংগী মী ওইরূপদগী খুন্নায়দা খুন্দা লৈতা-খিবগী ঈশৈ শৈশক কয়া শক্লি।

হৌজিক্কী মতমদা জাতি অনী থোক্লবস্থ পাবী-পুরীগী চংনবী অমখক্তনি হায়বা তাই। য়ায়া নক শন্নবা লৈমিন্নরি। লুহোং-পোংদোংবগী চংনবীদি অপার বর্ম্মাদা লৈরিবা কাচিন কাঙবুগা চপ মান্নৈ। খুনমুংগী রায়ীনা কুকি-চিন-মিজোগী চংনবী রায়ী শীংবুনগা অমত্তা ওই। চন্দেল জিলাগী মমুংদা লৈরিবা কোমলাথাবী (লিরাচংনিং) না মোয়োন মোন্সাংগী সেন্টরনি।

## ১০। মারাম :-

সেনাপতি জিলাগী মমুংচনবা মারাম খুন্দা মরু ওইনা তাই। ১৯৮১ ইংদা মারামগী মীশিং ৫৯৭২ অই। চাদা ১০.১১ লাইরিক হৈ। খুন্দা অহানবদগী লৈরক্লবা ট্রাইব (Primitive Tribe) নি হায়রি। মখোয়গী অহানবা নিপা অহু পৌ মাংহুংকাসি অমমুং মুপীনা পৈ টিরামপুই কৌই। মচানিপা অহুম পোকই— অহল মারাম য়োকুংনা মারাম

খুল্লেনদা খুন্দাহনা গুরোন চারোন শন্দোকখি। খরা গুল্লিহৈদা মারাম ফুরুপ খরা উখ্রুল জিলাগী সোমদল, লৈশন অমসুং উখ্রুল প্রোপরদা খুন্দাহনা তাংখুল ওনখিবদগী মখোয়গী মীশিং হস্থুরিবনি হায়রি। মহুগী ৱারীশু লৈরি; মহৃদি — মতম অমদা পৌ পোংকাপা কৌবা মছিক মথৌনা লৈবা নিপা অমমা মারাম খুল্লেনদা নিংথৌ ওইরমই। ইমুং মনুংগী শাউনবা অমদগী মহাক্না মনাওনিপা রং ( Rang ) বু হাংনবা য়াথং পীরমই। কিরহনা রংনা অংকাইপং কৌবা খুন্দা য়ুম কোংহনা লৈখ্রে। অহুগা খরা লৈরগা মহাক্না খুলহুগী নিংথৌ ওইখি। মহাক্না অমুক মথৌনা লৈবা মহাক্কী মী মখৈ খোয়রগা ময়াম্বুংগী মথক্কা লান্দানবা মারাম খুল্লেন চংনবা য়াথং পীরমই। মহু তাবদা মতৈমনা মনাওনিপা অহু চাউখংপা ফংদবা ওইসমু হায়না শাপ (curse) তৌখি। শাপ অহুদগী অংকাইপং খুল-হুগী মী য়ায়া শিরমই। লৈবা কিবদগী মহৈ মহৈ খুল অহু থাদোক্লনা খরনা উখ্রুলদা অতোপ্পা খরা অমনা খা পাংনা খা-বুং (টিবাংমৈ)দা খুন্দা লৈতাখিবনি হায়রি।

মারামগী মীশিং অহু ইহেন হেল্লকবদা প্রতিকার ওইনা মী অমা শিবদা যথ নক্লগা ইরোই অমমম হাংলগা য়ুমথোং খুদিংদা য়েল্লমই। মহুনা মতৌ তমহুনা মারাম মী হেক শিবদা যথ নক্লগা ইরোইগী শছুপ য়েনবা চংনরি। প্রতিকার অসিদগী অমুক মী গুকশি শিদবা থোক্লবদা উ মকক খরা মথং মথং লোয়রহনা মী শিবগী মওংদা লৈনুংদা ক্লমলে। অহুগা যথ অমা

হাক্তুনা যুমথোং খুদিংগী য়েন্নরুবদগী মুংতিগী মী মশীং লাকচমদনা শিবা থোক্লে। খুঙ্গং অহৃদা লৈবা কিনবদগী মহৈ মহৈ চেন্নখ্রে। অংকাংলোংদি কৌবা খুল অম' লৈশেমহৃনা লৈখি।

সরম অমস্কুং মারাম অরিবা চীংনীন সরমনা পান্নে'ইবীগী মপা'মনি, মারামনা শলাই ৭ কী খুনকুমলোন্দা মখোয়না হয়ি চক্তা লৈরম্বা "হয়ি চক্তা চকপন লেপলম্মে" হায়বা চকপা অহ্ মারামনি (মৈস্নৌরোল মোইরাংথেম নরেন্দ্র)। সরম অমস্কুং মারাম চেংলৈনি। তোপতোপ্পা মওং নৈ. অং়ত চীংমী কাঙলুপতা পুনশিনবা য়াদে। মখোয়গী চাদা লাংদোয় পাকশন্না লৈবা উদে।

## ১১। কোম :—

কোম ট্রাইবকী মরমদা তেব কারেংনা মাগী প্রবন্ধ অমদা অস্মুন্না ইরি, মহৃদি আদিকান্দা কোম হায়বা ট্রাইব অসি লৈকু লৈরাইদা নত্রগা অহোবা মখুলশিংদা লৈরমই। মখোয়না মখুল (Hole) অহৃদগী থোরকপগা কৈ থেংনবা তোইনা থোকলমই। খুদোংচাবা য়েংহৃনা কৈস্মু মখোয় থোরকপা ঙাইহৃনা লৈরমই। আদিপুরুষ করোংপা কৌবা কোম অমনা কৈ মচুগী ফি মচেং অমা শেংইন্দুনা থোরকপনদি কৈ মশেল ওইরবোই খন্দুনা' মহাক্তা কৈগা মরুপ শান্নরমই। খুদোংচাবা লোহৃনা সালচেপা কৌবা অতোপ্পা কোম নিপা অমনা কৈ অহ্ কাপ্পুনা হাংলমই। মীওইবনা কৈবু ঙম্বগী মুংঙাইবা কোঙদোক্লুনা

কোম মখৈ পুম্না যু থক্লে, চাবে, নুংঙাইবে। মসিদগী হৌহুনা করোংপাগী ঙারোন চারোন পুম্নমক হৌজিক কাওবদা কৈনা শোক্তে হায়না থাজবৈ। আদিপুরুষ করোংপা, সাইচাপা, তোলেনপা অসিনচিংবদগী কারোং সাইচে, তোলোন, লৈভোন, সর্তো (Serto), লুংফং, মঙতে অসিনচিংবা যুরুপ শন্দোকখি। জাতি অসি চৌংদা হৈনবা ময়া বাংলি। অমনা তম্পাক্তা মকুবা চৌংদা নত্রগা তম্পাক্তা তাই। চৌংদা লৈবা কাংবুদা খোংজাইনা, তম্পাক্তা লৈবা কাংবুদা কনুইনা লাকথুবী হায়না তেব কারোংনা পল্লি। ইম্ফাল অমসুং মসিগী অকোয়বদা হৌজিক খুন্না লৈত্তা-দুনা লৈরিবা কোম যুম মশীং ২০০০ মীশিংনা ১৫,০০০ হায়রক্লে। কাংপোক্পী মকমদা পাকচাউনা খুন্না লৈত্তাবা হায়বহ্ ওইদে। হাইরূপ চাউবা খুল হায়ববু চন্দেল জিলাগী মনুংদা তম্পাক্তা পলেল মনাক্ত লৈবা আইমোল খুল শীংথাবা য়াই। ঈশৈ শকপা অমসুং শাদানব পান্না জাতিনি। শা ফারবদি মকোক অহু শাদানবা মশাগীনি, মকুবোক্তা ( Father-in-law ) মওকশম পীগনি, খুনাংগী মচেগী শরুক ওহগনি, মনাতোনগী শরুক শাপেগী মকুবা খাইদগী অহলদা পীগনি, মথবাক্তা সুংশিনবা মরুপকীদমক তমগনি, অতেনা খুঙং বাসীশিংনা চাগনি। মী অমতনা শা ১০০ হাংপা ওম্নবদি মহাক্কী স্মৃতি নুং (Memorial stone) য়ুংগনি। খৃঃ ১৯১১-১২ দা কোম কাঙবুনা বৃটিশকী তেংবাং ওইনা অবোরগী লানফম (Abor rebellion) দা অচৌবা শরুক য়াখি। পৃথীবগী অহানবা লাঞ্জাও (১৯১৪-১৯১৮) মনুংদা চুরাচান্দপুরদগী

ছুলহাও খোমদশ কৌবা কোম অমনা লমজ্ঞীংহুনা ক্লান্স লৈবাক্ত লেবয় কোপ্সদ ওইনা কাঙলুপ অমা চংলমই। কোম পুম্নমক য়াম্না বাংদে, মঙ্গোলোইড (Mangoloid) কাঙবুনি। মঙ্গা-ত্তিগী কস্টমদা হেনঙ্গিম্না থাজগনবা জাতিনি।

খৃষ্টান ওইদ্রিবগেদা পাইখোন গোড (Python-god) লাংনরমই। মখোয়না পাইথোন লাংবখিবগী য়ারী য়াখোঙ অম্মম্না হায়বৈ, মতুংদা থায়না কোমশিংনা য়েক্রুবদা লান্দাবা চংপুদা লম্নীদা ঈশিং ঈচাউনা তুরেল লানবা ওমত্রবদা পাই-খোন অমনা উতুপ ওল্লগা মীয়াম লাস্পোকপীদি। মখোয়নী লীভর অতুনী মগদা য়েক্রুবা জয় তোগে হায়রবদি মহাকপু লাংলু হায়না পাইথোন্না তাকপীরম্বদগী লাংখিবনি হায়।

কোলেরাগুম্বা লৌনগনবা লাইনা পাকশন্না শঙ্গোয়ক্রবদি খুঙ্গংদগী মী চথোকহল্লে। লমলাম্বা মীম্বু খুল অতুদা চঙহল্লে। চুম্না শিবনা খুঙ্গংদা কুমই নত্রবদি খুলতুগী য়াংমদা কুমই। শি-খিবা চহী কারগা কুমকুম কোমদগী কোংথোক্লগা মকোক অতু য়ুনা ঈরুজবী, অতুগা কি অহনবা অমনা য়েংশিল্লি। শিখিবা মীশিংগী মকোক থমকমদা থমই। মসিনা পুথাংকোক পথাংকোক্তী লৈফমদা লৈমিমবগী ভাব পুই।

মচিনমম্নাও মুংশিনবগী মওং দলিন ইনবগুম তংনথানবা য়াদবগুম তৌই। মৈতৈগুম্না ময়াম্না নত্রগা মনাও শিয়বদি লৈহৌবনা মাগী শম্পত্তি ফংহৌই। মচা পোক্রুবদি লুপ্রাবী অতু মপামদা হনগনি। মপাগী চাকথুং মচা অতোম্বনা ফংই।

তাংখুল জাতিদদি মপাগী য়ুম অহু মচানিপা অহলনা হেক'ময়ুম পানবগা লৌই ।

কোমগী চংমবী মতুংইন্না মমাগা পোকমিন্নবা মামগী মচানুপী লৌকম থোকই নত্রবদি রাকোংবা তাই । নুপী মপামদা চঙী ৩ দগী তাদ্রনা য়াওং ইমগদবনি । জাতি অসিদা নুপীগী মমল শন্দং ৫পা য়ু খরুং কয়ামুক্তা পীবা তাই । য়াওং ইনবা লোয়রবগা নুপী মপানা মচা মমাক্তাদমক মংকংতা লৌখিবা অসি খরা হন্নবা য়াওই । খায়নবা মতমদা নুপীনা কায়নবা পাম্বা ওইরবদি মংকং পুরা ইনগদবনি । নুপানা খায়মবা পাম্বা ওই-রগা শন্দং অমা নুপী মপাদা পী । শাগৈ ফুরুপ মনুংদা চারৌ-মেরৌনবা য়াদে, লমহেন্দুনা লৌরবদি খুন্দগী তাঙ্খোকই । মুপাগা নুপীগা য়ানদুনা চেনবা চংবৈ । অঙাং পোকপা নুমিং ৬নি শুবদা অঙাং অহু মপান্দা পুথোকই । নুমিং অসিদা অঙাং মমিংস্থু থোমগদবনি । নুপী ওইরগা মমা পোকপা মপুবোক্তী মিং নুপা ওইরগা মপা পোকপা মপুবোক্তী মিং লৌরগা থোন্নি ।

## ১২ । বাইফৈ ঃ-

চুরচান্দপুর জিলাদা লৈবা ট্রাইবনি । K. B. Singh গী The vaipheis of Manipur * কৌবা article দা পীরিবদি

* An Introduction to Tribal Language 2 Culture ( 7 Tribes )

ট্রাইব অসি-স্বায়া থেংনা ইংলোক ১৮৯১ অতুবাইদা মণিপুরদা লাকখিবা ফুরূপনি হায়। লাকপা কুইদ্রিবা ওইখ্রবস্নু, পীরুবা এরিয়াগী মপুংদা লৈরবস্নু ১৯৮১ ইংগী মীশিং ১২৩৪৭ গুরে। ট্রাইবসিদা ফুরূপ ১৪ থোকই, শাগৈ ২৭ লৈ।

হৌরকফম — অচানবদা চিন চীংদা শুরুন্দো লৈরমই। মথংদা মন্দলেদা, তুংদা নিংথি তোর্বান্দা, সাইজাংদা, চিংনোয়-দা, খোসাকভা, কাইজাদা, কামহৌদা মথং মথং থুল হোংল হোংলদুনা খুন্দা লৈভায়ষ্বদগী মরৈথংদা মণিপুর হৌরকখিবনি।

সমাজ — রাইফৈ সমাজদা নিংথৌবু হাওসা কৌই। অহল সভা অমনা নিংথৌবু তেংবাংই। শাগৈ মশেল লৌন-লৈনদে। রাইফৈ লোন্দা মরী-মত্তা গ্রুপ খণ্ডনবা রাহৈ লৈ, মতুদি তুনু হায়বা রাহৈ অসিথকুনা মচেগী মচানুপী, মনেগী মচানুপী, মচানুপাগী মচানুপী লোয়ংমক খণ্ডহল্লি।

অঙাং পোক্লিবৈ পোকদবা থা ৭/৮ লৈরিবৈদগী অঙাংগী মঙ্গল ওইনবা পুকয় খাংবা হৌই। পোকপা কান্দস্নু অঙাং পোক্রে খণ্ডনবা য়ুমগী থোঙ্গালদা উশা য়াম্নুবা থন্নই। মতৈ ট্রাইবকী মশোগুন অঙাং মিং থোনবগী উসব তৌনদে। নাজুং-নারেংদি হৌই। শকু কৌবা শাগী মশয়া না হুংলি। মসিনা জু চংদে খরে। হান্নদি নুপামচা মখেগী পুনকম তুম্কম লৈরমই, মতুদা তুমরমই। অরীগুবা লাঙ্গাও মতুংদগীদি মসি হোক্লরে। নুপী ক্বারগা চেনবা নরগা হায়রগা লুহোংই। লুহোংবদা নুপা

য়াওনদে। নুপা ময়ুমদা লুহোংই। নুপীগী মমাগ্নবীমা নুপী অহনু নুপা মখুমদা পুরকই। মোংমা নুপাপীদা লৈরগা মমাগ্নবীশিংগা অমুক মপামদা হল্লি মতুং নোংমা লৈরগা নুপা ময়ুমদা চৎলি। খায়নবা কান্না শন্দং কোংবৈ নুপী লোয়বগু চংবৈ। অতাং ওইমা লুহোংবগু চৎবৈ। অহনু মশিং য়ামদে। হৌজিক তৌনরিবদি নুপানা চহী ২১-৩৫ নুপীনা ২০-২৫ দা লুহোংনৈ। লুপ্পাবীগু লুহোংনৈ। হায়রী মপুরোইবগী ফুরুপ্তা ওইরগা মংকৎ থরদং চংই, অতোপ্পদা ওইরগ মতিকচানা পী। মপুরোইবা শিংজা মপানদা লৈবগীদি লুহোংবদা মংকৎ তিংবদে।

শিবা কান্দা অশিবগী ম চন্না চীশিং নত্রগা য় থুলগী মাইবা (Thampu) না পীথকই। অশিবগুন্দ ঈয়ত্তবী. তৌ-রীবা ৩ লক পুনশিল্লি। হুমগী মমাঙদা ইংখোলদা ফুমই। মকোক নোংপোক ওল্লি। অথোংবা শঙুম থরগু ফুমদা য়াওই। মহ অশিবগী চিজ্ঞাক তমনি। মাহবনা শেংদোক্লুমথৈ ফুমদা য়াওরগা মী মথৈ মাংই থকৈ। শিথিবা মতুং থা ৬ নত্রগা চহী অমগী মমুংদা নুপা অমনা শাদামবদা শা কাদবা য়াদে। মহুদা হাংপা শাহুগা অশিবহুগা চংমিন্ননবনি। অমুক পোক্লকপরা থঙ-ননবা মৈতাম্না অশিবহুদা দাক থগই।

হায়দি পাখিয়ান কৌবা লাইদা উচেক, ওক নত্রগা হমেংদা কঙ্বা থুকয়ে। হিংজিত্তদা শাদানব চঙ্বা শা চাং-হোত্রবদি শিরগা মরাবা তাই থরে। খৃঃ ১৯০৭ অহবাঙ্গপী

খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌনরবসু মজাতিগী সংস্কৃতি খরদি চৎনরি। লম-পাকথিংপাক কৌবা সামাজিক উৎসব অমা চাউনা ত্তৌই। ইনাকখুনবা অমনা মুপামচা মুপীমচা ১০০ জঙ্গলদা শীঙউ থি-হনবা উৎসবনি। হন্নক্রগা ময়াম পুন্না চাবা থকপা কুম্মৈনা মপুং ওই।

## ১৩। মরিং :—

লৈশেম খুনশেম্না মতমদগী লৈরক্লবা জাতিনি। ১৯৮১ ইংদা মরিংগী মীশিং ১২,৯২৭ থক্লা ওই। চন্দেল জিলাদা মে-জোর ট্রাইব ওইরবসু সেনাপতি জিলাদা মাইনর ট্রাইব ওই। লাইরিক হৈবগী চাং ১৪,৬৩% থক্লা ওইরি। অরাংবা শিক্ষা ফংবা মী মশীং য়াম্না য়াংলি। নাগা ট্রাইবগী মনুং চল্লি। মহৌ-শানা অরাংবা চীংদা লৈগল্লি। জাতিসিগী শক্লাংবা কুম্মৈ লৈতে হায়বা য়াই। খুলগী মকুওইবা খবক-থাবা পুবগা লোয়ননা খুনবু খুল্লাকপা অনীনা জাতিসিগী কলচরদসু সুপ্রিম ওই।

Maring is the cleanness tribe amongst the tiibal হায়মবা শেংনা ইন্নরিবা ফিন্না তাকই। অচৌবনা মপুং ওইবা ফি শেংনৈ, ইরৈ। সুপাগী শেংনবা ফি মপাম য়াওই, ইন্নবা ফিদি মপান য়াওদে। ফিবান না সুপা নুপীগী ফি মশক তাকই।

মরিং খুল খুদিংগী নোংপোক পম্মোং অনীমক্তা হৈমাংগী উ-না মউ খোক্লুনা মচিন তুমহন্দুনা যুংই; লাই-ভিল ঙাকথোক-নবনি। অথমবা মুমিত্ত' চহিগী ওইবা শেমদোক শেমজিন

তৌই। খুল ময়াইদা 'লাইমাল' কৌবা লাইকম লীংতুনা ঈরাং-নৈ অাশি-অনা ঙাকথোকুবনি। লাইমালদা কংপা পোংতা চঙীগী অফ-ফত্র খঙ্নৈ। য়েক থোকুবা নুপী লৈবা নুপা মথৈ লাইমালগী সেবা চংহন্দে। পাঙ্কংগী সেবাদসু মীতু-মীচাদা কারল তাবা, নুপী লোনবা মী য়াওহন্দে।

মখিং ফুকপা নিপানা মুপী ময়ুমদা চঙী ৩ য়াওং ইনবা চংনৈ। খৃষ্টানিতিগী প্রভাবতগী থাগ়নগী শানৈ-য়ুনৈবা চংন-মক্রে। শা চাবদি চংনরি। লুহোং-খোংদোংবদা য়ুগী মঙ্গো চা অমসুং কেক-না মঙ্গং শিন্নরে। চর্চ-তা বাইবল পায়হনা বাশক-বাতেম্নহনা লুহোংনরে।

# চাংদা মৈশ্লবা মৈতৈ (ক্লাথা)

তম্পাক্কা লৈরিবা চাংমীশিং অসি মশা মশাগী কারবার, থবক থানা অমদি রাজনীতিগী খুদোংচাবা তম্পাক্তা খুন্দা লৈ-তাখিবনি হায়না লৌনরবস্লু হৌজিক ফাওবদা মৈতৈ কাংলুপ অমা চাংদা লৈরি। খুল লিংহুনা থায়নদগী লৈরক্লবা মুক্লপ্ল। মোরে য়োগদবা কিলোমিটর ১১ রাংলিউদা ইম্ফাল-মোরে লম্বীদগী কিঃ মিঃ ৫ য়োম চাংগী অকা অকুমদা চণ্ডশিল্লগা লৈ। মৈদিংগু কিয়াম্বা পোং নিংথৌ চোকা খেথোম্বগা চামরিউদা খৃঃ ১৪৭০ দা পোং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌদা কবো তম্পাক কংলকপা অহুগী ভমথৈ ভাকুবা কা থাহন্দুনা খুন্দাহনখি হায়ব-গীদমক ক্লাথা কৌই।

থায়মা মোংচুপ্লোমগী মীনা ব্রহ্মদেশ অমদি চীন হায়বদি মোংপোক লমশিংদা চংপা তাববদি মনিপুর তম্পাক ফাওহুনা চাংগী অকা অকুমদা খোঙলম্বীদা ক্লাথা ফাওহুনা মংশা তারমই। খোঙলম্বী অনীনি — অমনা রাংজিংদগী হৈয়োক, নোংতাক (খোংজাই খুল), শামুকোম (খোংজাই খুল), শাদাং (খোংজাই খুল, কম্বোং খুলেন (মরিং খুল), চনমথেন (মরিং খুল), লৈবী (মরিং খুল) ফাওরগা ক্লাথা তাই। অতোপ্পা খোঙলম্বী অমনা পলেলদগী আইমোন লানশী (সাইদেন চাংখোঙ ফাওবা তম্পাকী শরুক্কি), সাইবোন, লাইমতোন, য়েংখোয়পন, তেংনৌপল, চামোল, খোংগাং, লোকচাও, সেবোঙ ফাওরগা ক্লাথা য়োই। ক্লাথাদগী থরা চংলগা কবোগী মংসা তাই।

চীংলোন কয়াগী পল্লোন্নুং অসিদা চীংমীগী খুলগুম মৈতৈ খুল লৈবসি অঙকপনি। খৃঃ ১৭৭০ অতুরাইদগী লৈরক্লবা খুলনি। খুল অসিদগী কিঃ মিঃ ৩/৪ রোম চংলগা পানা লোক নত্রগা পানা ইংখোল কৌবা লোক অমদা পানামনা মরাং কাইনা হোই। হীরম অসিদা লমদম অসিগী মমিং কা খাহন্দুনা লৈহনখি হায়বসিগা য়াম্না চানরি।

শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা মাগী Introduction to Manipur (Page 17/18) দা অস্তুম্না ইরি — চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাকক্লা ( খৃঃ ১৮৫০-১৮৮৬ ) বাংলা লৈবাকগী মচিনমনাও অমীথক তুংইনবা খরগা মতুমচা পুথুনা মনিপুরদা লাক্লমই। ময়াম্নুং অহল অতুবু কা থাবা হৈ হায়বদগী মৈতৈ নিংথৌনা কাথাদা লৈহনখি। মহাকী শুরোম চারোনশিং অহু হৌজিক ফাওবদা খুল অসিদা লৈরি।

কাথা মৈতৈগী খুল তারিবা চীংদোল অতুগী মমিং "নোংথুকপী চীং" কৌই। খা-অরাং শাংশাংনা লৈ। ফনা শাংনা তাবা খুলনি। খুলগী পম্বেংদগী খুলগী হয়াউবুং লাইকোন কাওবসি ফালং অমা মখাইরোম শাই। চাউরাক্লা য়ুম মশীং ৩৫ য়ুমলেং অমীথোক্লা অকা অকুমদা পম্বেং শানা তাই। য়ুমথোং খুদিংগী য়ুমগী য়েংলোন ওইরোমদা কা পাম্বী হোই। খুল অসিগী অরাংদা শাদাং খুল, চীংখৈদা শাদাং চীং, মোংপোক্লা মাঙোতুবী, মৈয়মদা মোয়ে, খাদা খুদেংতোবী, মোইরাংলাইজিদা

খোংগাং, মোচুপ্পা লৈবী খুল লৈ। খুল অসিদা লৈবা য়ুম্মাক-শিংদি— নিংথৌজম, লাইশ্রম অঙোম খেত্রিময়ুম, সোরোক-খাইবম, তখেল্লম্বম অসিনচিংবনি। নিংথৌজম্মা মশীং য়ামই। মপংদা ক্ষেত্রিময়ুমনি। য়ুমশাদি তম্পাক্কী য়ুমশাগা মানৈ। কা মখাগী য়ুম থোইনা লৈতে, কা অহুমগী য়ুম্মা নমই। সনামহী লৈমরেন কাইদনা লাংলি। ফক্লাং য়াই তৈদে, ফোপতেক্কা ফক্লাং ওই। ফোপতেক্কা য়ুমথক কুপ্পস্থ য়াওই। কাংখোম হিদান থাহুনা তুমই। মমাঙথোঙলোমদা কোক ওনহুনা তুমই। য়ুম অয়াম্বা লাইথম তাই।

খুলসিদা য়োকপা শাশিংদি— ষণ, ইরোই হুই, হৌ-দোং, ওক, য়েন অসিনচিংবনি। লমলক্কী শা মরাং কাইনা লৈবদগী য়ুমগী শা কল্পবা (ভাকথোক্লবা) খুংলাই থৈয়ু। ফিজেং-চাকচাস্থ মৈতৈ তম্পাক্কা মান্নৈ। মুপীনা ফনেক, ইন্নফি শেং ইল্লি লৈশারিবৈঙেদনা খোইখা, মৌ ওইরগনা মথক শেংলি। খাঙশেং লাকপা চপমান্নৈ। মুপাগী ফিজেংনা খুদ, ফুরিং, ভবোং, মহারোলশিংনা খোংগ্রাও তম্পাক্কা মান্নৈ।

য়ুমথোং অয়াম্বদা ওক লোই, য়ু থংই। শা চাই। লুখুপ থাংদে। মেলেরিয়া কনবা জগানি। মী অয়াম্বা কুচু শেংদে। মায়কপদা লাইশোল তিনশোল, খয়োম লাকপা, চবান থাবা অসিনা লায়েংই। অহল্লোন অয়াম্বা মন্ত্র যন্ত্র খাম্বা হৈ। মখোয় মশানা "কাথা সনা লৈবাক" হায়জনীংই। চীংখুংদা লৈবনা মণিপুরদা থোকপিরা ধর্মগী শাকু জয়দম অসিদা য়োঁফিদমগুম

তৌই। মুপী হায়রবা মতমদা নিপাগী মীওই খরনা মুপী য়ুমদা য়ু লিক্লি অমা পুরগা চংলি। য়ু খরা মুপী অহুদা কংলি। য়ু অহু থক্লবদি য়াবে, থক্তুবদি য়াদে খল্লে। অহুনা পীথক্লবা কল্লা হোংলে। হায়নবা নত্রবা মুপীগা মুপাগা মুংশিনরগা চেন্দুনা লোন-লৈনবা চংলৈ। লুহোংবস্থ অনকপাদা লৈবা কোম চোথে অমস্থুং কবোগী লুহোংবগা মান্নে। মখোয়গা চারৌ-মৌরৌনৈ। য়ু থক্লগা শা চাবনা লুহোংবগী মপুং ওই। খুলগী অহল-লম্নবা য়ু থকই। মৌশি়না চানথক্লবা লাংই। লৈশাবীশিংনা অতোপ্পা য়ুম অমদা য়ু থকই। কাথা মশেল ওইরবদি মুপা ময়ুমদা তৌই। নুমিদাংবাইরমদা মুপী ময়ুমগী অহল খরনা মুপী অহু মুপা ময়ুমদা থিল্লি। মমাঙৈন্দদি চহী অহুম য়াওং ইনবা চংনরমই। হৌ-জিক্কি তৌনদ্রে। অঙাং পোক্লবদি মুপানা মঙানিদা মুপী ওই-রগনা তঙক্লিদা ইপাল শোল্লি। পোকপা ছুখিগুবদা মিহুল্লি, চহী অহুম ওবদা মনা হুংলি।

নৈতৈগুম্না শিররদি কু শাহুদা নৈ থানে। অরাপ্পদা চংখিবা য়াওরবদি খুলগী মী ওাইনবা অশিবা হকচাং অহু থাজেল-কমদা হুমিং কয়াবিমুক থমই। অহুবু ঊদপী তাহুম্বা শিবা, শাজা চাহুবা শিবা থাঙ তেম্না পাজুনা শিবা, অঙাং পোকপদা শিবা, পোমথঙুনা শিবগীদি নৈ থাদে, ফুমই। মংশায়রুকপদা ইরুজ্জা চংবৈ। শোয়াংতি শোগ্নিংবা কান্দা শোল্লি। শা চাবা য়ু থকপনা শোয়াংকী মপুং ওই। শিবা হুমনি ওবদা মং য়েংবা চহৈ। থাশি হুমিঙা চাক থাবা চংবৈ। মা থায়গা চাকলুক অশী

( লোয়নবগা-অশিবগা ) থাই। মহু চাঙ্গোই, হুন্দোকই।

ক্কাথাদা হরাও কুম্মৈ মশীং য়ামদে। য়াওশঙ, চৈরাউবা, তর্পণ অমস্মুং লাইহরাউবনা মপুং ওই। ইকুদনা তর্পণ শোল্লগা ইকুজবগা কারকই। শঙ শারগা য়াওশঙ মৈ থাই। মুপাশিংগা মুপীশিংগা অবের তৈনব কন্না চংনৈ। অবের তৈরগা শেল নীবা নাক থেংবা চংনৈ। চাকথুম থোকপা কান্দস্সু ইকুজদনা চাক থোংনৈ। ভাপ্রুমদি ইমুংদা পুশিনবা য়াদে। সনামহী লৈমরেন লাংপা মরয়া অহলশিংদি ভাপ্রুম চাদে। লম অসিদা হরাউমরিবা নোংপোক নিংথৌগী তালোই তুখন অনীনি। অমনা পাস্থোইবীনি, অতোপ্পা অমনা সন্দ্রিক চংনিংখোম্বীনি। সন্দ্রিক চংনিংখোম্বীবু পাস্থোইবীগী মচানুপীনি হায়না ক্কাথাশিংনা থাজে। পাস্থোইবীগী হান্নগী মপুরোইবা তরংখোইনুচাগী মপাবুং খাবা শোচেংম্বনা নোংপোক নিংথৌ অমস্থং পাস্থোইবীবু হাংকে তান্নরকপদা ককচিংগী ইকুম নিংথৌগী মশাইকোন্দা চঙজহনা পাস্থোইবীনা পোক্লম্বী মমোমনি। কোরি চকুদা হান্নগা লৈবাক্কা কুম্নমবহু তুম্মুরাকপনা থেংনহনা য়োকখিখনি। মহুদগী মহাক্কী মচানুপীনি হায়রুবা মোইরাং থোইবীনা কবোদা লোই লাকপা মতমদা মতা শান্নখিবনি। খুল অসিদা লাই অমী অসিগী লাইশঙ ওই য়েং থাত্রাংনা লৈ। সন্দ্রিক চংনিংখোম্বীগী লাইশঙনা পীকই। হরাওরিভৈদা তুম্মুরাকপগী মকমদা লোইপোং কাই। য়াচং মতমদগী লাইবুং কাই। লাইবুংদা খুল্লাকপা, লুপলাকপা, য়ুপানবা, পাখংলাকপা,

লৌমীশাকপা', লৌমীহিদং অসিমচিংবা ফম্বাইবশিং মকোক মথং মাইনা ফমই। হায়নবা লৈ মহুদি লুপ্রাবী অমনা অয়ুক অহুন-বদা মখোয়গী ফমফমশিং থাদুনা থমই। হরাওবা মতমদা কোমাই শীজন্নৈ। মাইবা, মাইবী, পেনা খোংবা পুন্নমক লোইনা য়াওই। লাইরোইনা খ্বাইদগী চাওবা কুম্মনি। মাইবীনা অয়ুক্তা লাইপাও চেল্লি। য়ুম্বুরেনশিংনা য়েন অমমম লাওদা কহু্না উশিন শিল্লি। বা অশাংবগী তোংজৈ অমনা বাইমু থক্লে। নুপীশিংনা শরেন চনবগী শা অথোংবা অহু শিংজু শুরগা য়েল্লি। লাইরোই মুমিত্তা "লাই তানবা" হায়বা থৌরম অমা নুমিদাংদা পাঙথোকই। মাসনা তাক্লিবদি হরাওব্রিভৈদা লাক্লম্বা তিনমু-লাইমু ফওবশিং খুল অসিদগী তাম্বোকথিবগী থৌরম্নি। নিপাশিংনা মখুত্তা চৈ অমমম পায়রগা তাল্লি। তাল্লকপা মতমদা য়ুম খুদিংমক থোঙ লোনশিল্লি। মজোল মচিদা, দারিদা, ফক্লাংদা চৈনা পোপ পোপ য়ৈরগা "তাল্লো তাল্লো" হায়রা লাওই। মীওই খরনা "তাল্লে তাল্লে" হায়না খুমই। অস্নুয়া লাউর-লাউয়রহুনা খুলগী পম্বোং য়ৌনবা চেল্লি। মসিদা হরাওবা লোইশিল্লি। হরাউব্রিভৈদা করো মচাশিংনা থাঙ হায়বা, চৈ হায়বা অমদি অতৈ আর্টশিং উত্তুনা কুম্মে মুংঙাইহল্লি।

য়ুম ৩০ খক্লা য়ুম্লেং অনীথক থোকপা খুল্লি। অনা-অয়েক থোয়কপদা ডাক্তরগী খুদোংচাবা ফংনবদগী মাইবীগী মতেংনা লায়েংনরি। খৃষ্টান চংবশিংনা মিশনারী ডাক্তরশিংগী

মতেং কংই। মহুগী খুনগী নিংথৌ ( Village Chieftain ) কাওবা খৃষ্টান চংখ্রে। মৈতৈগী নাং, লাইনিং লমীদা মৈথৌ-খিবসি খুদা ১০ মুক্তা মচাইহৌরে। মসমম অসিদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী মমি তাবা কুইদ্রি। ১৯৬০ ইং অহৌবাইদগীনি। ওজা অমু অমদি ওজা কেরানি কৌবা অনীমা কাথাদা খৃষ্টান ধর্ম্ম পুশিনবা হৌখিবনি। খৃঃ ১৯৭০ দা কছারদগী লাকপা মৈতৈ-মচা তোঙাওবা কৌবা ওজা অমবা কাথাদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী গীর্জা লীংখৎপিরম্বনি। প্রভাব অসিদগী মৈতৈ অমম্ভং খৃষ্টান ধর্ম্ম অমী খোমী চিংমবগী মওঙদা মুক্রবা লাকখরে। কাথাদা খৃষ্টান ধর্ম্মনা লোইচমখিবগী মরমদি—তম্পাকী মৈতৈশিংদগী লাম্বনা শানম-মীনম কাওনবা বাংপা, খৃষ্টান ধর্ম্ম চংপা নকুবা খুলগী চীংমী-শিংগা চায়ো-মোরোনবা, খৃষ্টান ধর্ম্মগী প্রচার মরাং কাইবা অনিমাচংবনি।

কাথাশিংগী হৌরককমগী মতাংদা অন্দ্রোগী অহল লম্বন-শিংমা হায়বদি মখোয় অসি থায়না অন্দ্রোদগী চংখিবা মখোয়গী খাম্বা-আলানি হায়। কাথাদা চাউনখিবা লোলমু অন্দ্রোদা চাং-নবা লোলগা মাপৈ। লৈকমদগী নত্রগা মকম অহৌবাইদগী ঈশিং দুংশিংতগী কাথানা অন্দ্রোগী চংনবীদগী থরা তোঙালখিবা মশানা তাবনি। তশেংবমক মখোয় অসি মৈতৈ মরক হাও থরক হায়বা অহৌনি।

# মীতৈ, মৈতৈ, মৈদিংঙু অমসুং মণিপুর কৌখিবগী বারী-বাখোঙ

"মণিপুর পুরাবৃত্ত" কৌবা লাইরিক্তা পল্লিবনা আদি-পুরুষ পাখংবগী শাদোং তাউরোইনাই হায়বা লিন অহুনা চংপা মতমদা চাওখেক থেকই; অহুগা মখোয় অহু মতম পুম্নদা চপ চপ তিংনা লৈ, মসিদগী "মৈতিং" হায়বা রাহে অসি লাকখি হায়। লোয়নকা মৈতিং-দগী "মৈতৈ" হায়বা শব্দ অসি লাকখিবনি হায়নস্থ পল্লি। মৈতিংগী মবুংঙোনি হায়দুনা মৈতৈ নিংথৌশিংবু "মৈদিংঙু (মৈতিংঙু)" কৌখি হায়নস্থ পীরি। লাইনিংথৌ লাওরিয়া ফুলো-গী মঙ-তা পীরিবনা অতোপ্পা মী (মী + অতৈ) হায়বদগী "মীতৈ" হায়বা রাহে অসি লাকখিবনি হায়। পুম্না পায়বা থরনা তাকপীরবনা খেলহৌতৈদগী মৈ গা তংন-থানরকপা জাতিনি হায়রন। "মৈতৈ" কৌখিবনি হায়।

খেলহৌতৈ লাইগী মতমদগী তাইবং মীনা পুন্না লৈতা-রকপদগী অসি কাওবা অসিবু মতম তাংকক (চক) মরি খোক্লা লৈরে, মদুদি— (১) হরি চক (২) দ্বাপর চক (৩) খুনুং লাংবা চক অমসুং (৪) কোন্থ চক। লৈবাক অসিগী মমিং চক খুদিং-মক্তা তোঙান তে চালনা খোলম্বগী বা পুরাদা পীরি:—

(ক) "শকোক লমলেন" দা পীরিবা মমিং — (১) হয়ি চক্তা:- তিলি কোকতোম অহানবা. (২) হয়া চক্তা:- মিরা পোংথোকলম, (৩) লাংবা চক্তা:- হান্না শেপা কোন্না লোইবা (৪) কোন্না চক্তা:- মুরাপালি ।

(খ) "লৈশেম্নোন অরিবা" দা পীরিবনা— (১) হয়ি চক্তা:- তিলি কোকতোম লৈকোইরেন (২) হয়া চক্তা:- মিরা পোং-থোক্লম (৩) লাংবা চক্তা:- পোইরৈ (৪) কোন্নাচক্তা: ময়াই শুমতোংপাম সনা য়োই কোনন্নুং ।

(গ) "খুনুং লোন শিংকক" তা পীরিবনা — (১) হয়ি-চক্তা:- মোংপীক (২) হয়া চক্তা:- থাংজুংবা ৩) লাংবা চক্তা:- শুমপীপোকসুং (৪) কোন্ন চক্তা:- ময়াই শুমতোংপাল ।

(ঘ) "খুনুং লৈকোইরোন" অমদি "খুনুংলোন শিংখাই" দা পীরিবনা— (১) হয়িচক্তা:- মোংপীক (২) হয়াচক্তা: থাংজুংবা (৩) লাংবা চক্তা:- শুমপিপোকসুং (৪) কোন্নাচক্তা:- কংলৈপুং/ময়াইশুমতোংপাম ।

ঙ) "লাংদাই লাংহৈ" দা পীরিবনা—(১) হয়িচক্তা:- মোংপীক (২) হয়া চক্তা: থাংজুংবা (৩) লাংবা চক্তা:- সুংমুতুমতা মাং-ভপা/য়ুম্ভাওচেং (৪) কোন্নচক্তা:- মুরাপালি মথংদা মণিপুর ।

নিংশিংবা থোক্লবা য়েলহৌগৈগী য়ুগ অহুমগী রাকম থম-প্রবদা কোন্নচক (কলি য়ুগ) কী অহুমবা মতমদা লৈবাক অসিগী

মমিং মুরাপালি কৌরমই হায়বসি পুয়া অয়াম্বগী মত-নি। কংলৈপুং/কংলৈপাক হায়বা রাহৈ অসিদি পুয়া ইবা খরনা মখোয়গী পুয়াশিংদা শিজন্নরম্বদগী লৈবাক অসিগী মমিং কংলৈপুং/কংলৈপাক কৌরম্ব খন্নিংঙাই ওইহল্লে খুদমগী মশক ওইনা "পান্থোইবী খোঙ্গুল" দা খাবা লৈরেনখৈবু কংলৈপাক মপা হায়না শৈথারি। "নোংদা লাইরেন পাখংবমা কংলৈপুংদা থুংলবদা সরারেন অহুম্না হ'য়না খুন্দা লৈতাহুনা লৈরমই" অসিগুম্বা পুয়াগী রাহে/মিংখোল অসিনা লৈবাক অসিগী কংলৈপুং/কংলৈপাক কৌরম্ব হায়বদি নত্তে, অককুবা লমদম অমতগী মমিং তাকপনি হায়বা মত "রেল-হৌরৈগী মণিপুর মমিংশিং" দা পীরি। কোমচক হৌবদগী শলাই খায়দোক্লুনা শলাই ৯ অসি লৈবাক অসিগী তোঙাল-তোঙালবা মফমদা খুন্দা লৈতাবা হৌরকখি। শলাই ৯ লৈরম্বদগী খাবা অমস্থং চেংলৈ শলাই মুংশিল্লকুনা শলাই ৭ কী লৈবাক মচা ৭ থোক্লুনা খুন্দা লৈতাহুনা লৈরমই। নিংথৌজা শাগৈনা কংলৈপুং হায়বদি খুরাই, রাংখৈ, থাই অমস্থং য়াইস্কুলগী এরি-য়াদা পাল্লম্মী। অঙোমনা কোংবা মৈরোংবা অমস্থং অকোয়বদা লৈরমই; নোংমাইজিং চীং অঙোমগী ওইরমই। লুরাংনা লম-ফেল পাংকী অকোয়বদা লৈরমই। খুমননা পুমলেনগী অকোয়-বদা লৈরমই। মোইরাংনা লোক্তাকী অকোয়বদা লৈরমই। খাবা ঙানবা-না লৈতাং পাংভা লৈরমই। চেংলৈনা তাকনা খাদা লৈরমই। য়েক ৭ অসিনা ক্রক ক্রক য়েংশিলনহুনা লৈরম্বদগী নিংথৌজা শাগৈনা মপান করকুনা পুম্নমকপু নমথহুনা অপুনবা

মৈতৈ লৈবাক অসি ওইরকপনি। মসিদগী খঙবদি খুঙ্গং ৪ অসিনা কোনবা হায়বদি ইম্ফালগী লম মখৈতবু কংলৈপুং'কংলৈপাক কৌবনি, লৈপাক অসিগী অপুনবা মমিং নত্তে হায়বসি'ন।

খরা চথরগা ময়ায় চনবা যুগ অহুবাইদা নোংপোক হায়ম অমস্তুং নোংচুপ হায়মগ যুমথংনবা লৈবাকশিংগা মরী লৈনবা হৌবদগী মখোয়না মৈতৈ লৈবাকপু মেক্লে কাথি, কতে/ কথে, মেখলে (খ্বাংগী মওং মানবা), মগলু, কংলৈপুং নত্রগা মৈত্রবাক হায়না তোঙ্গান তোঙ্গাননা মিংথোন্নমই। খৃঃ ১৭৬৯ দা য়েকপা রিনেলগী মেপ্তা মণিপুরবু "ডোমিনিয়ন ওফ মেক্লে" হায়না ই। অহুগা খৃঃ ১৮৭৬ তা পেম্বিস্তা ফোঙ্বা মেপ্তা কাথি হায়না ই। বর্মিশিংনা কতে নত্রগা কথে হায়না কৌরমই। আসামী অমস্তুং বেঙ্গোলীশিংনা মগলু হায়না কৌরমই। গৌরশ্যাম নিংথৌগী মচানুপী কুরঙ্গনয়নীবু তেখাও নিংথৌদা লুহোংবা মতমদা অউন-নাই ওইনা চংখিবা মৈতৈশিং অহুনু জোরহাট মনাক্তা সোনাই মাজি খুন্দা লৈহন্নমই; মফম অদুবু "মগলুখাত" নত্রগা "মগলুঘাট" (মৈতৈ লৈকম) হায়না খঙনরি কুরঙ্গনয়নীবু নীংশিংনবা গৌরিসাগর মনাক্তা তৌরম্বা পুখ্রি অদুবুস্ত 'মুগলু জীয়েকর পুখুরী' (মৈতৈ নিংথৌ মচানুপীগী পুখ্রী) হায়না খঙনরি। কাছাড়ীশিংনদি মণিপুরবু "মোগলাং" নত্রগা "মোগলী" হায়না কৌরমই। মৈত্রবাক নত্রগা মৈতৈ লৈবাক হায়বসিদি মৈতৈনা মেজোরিটি ওইব লৈবাক্কি হায়না কৌনবনি হায়বা তাই মসিদগী খঙবদি গরীবনিবাজ মহ'রাজগী মমাঙগী পেরেঙতা লৈ-

বাক অসিবু 'মণিপুর' হায়না খঙনরম্বগী প্রমান ফংদে, হায়বদি 'মণিপুর' হায়বা মমিং অসিদি ১৮ শুবা শতাব্দীদা গরীবনিবাজ মহারাজনা পাল্লিখৈঙে মনুং মতমদা থোনখিবা মমিংনি; রাফম অসি 'সনামহি লাইকন' অমসুং 'গরীবনিবাজ লাইমিং লৌবা' কৌবা পুয়াশিংনা প্রমান তৌগ্রবা অমা ওই ।

# থায়নগী মণিপুর

Growth of kingdom of Manipur from the earliest upto 18th century. Manipur in the 15th century/establishment of Bishnu puja in Manipur. Conquest of Kabaw valley. Relation with Shan principalities of Pong. Seven years devastation/ Burmese conquest of Manipur 1819-1826. Gambir Singh — reconstruction of Manipur and his relation with British and Kabaw valley dispute. Conquest of Cachar. Intercourse of Manipur with Cachar, Tripura and Bengal.

## নোংপোক থোঙ হাংবা

মতম অমদা মণিপুর রাজ্য পাকচাওবা লৈবাক ওইরমই হায়বা ঐখোয়গী ইতিহাসনা তাকই। খৃঃ ১৪৭০ দগী খৃঃ ১৮৩৪ কাওবা কবো ভম্পাক মণিপুরগী মমুং চল্লম্মী। মৈদিংঙু কিয়াম্বা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) সনা হাকক্তা অপর বর্মাগী পোং নিংথৌ খেখোম্বনা কবো ভম্পাক কংলকপনি। কজরবা বাম্বী শিংবুন লৈরি, মাহুদি —

অরিবা সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈবনা পোংগী শান সভ্যতা কবিনো পুনফম থোক্লে। পোং হায়বসি শান জাৎ অমনি। অরাংথংবা ব্রহ্মদেশতা লৈবা কাংবুনি। মখোয়গী কোন্নুং মো-গোংদা ওইরমই। মো-গোংবু মৈতৈনা পোং কৌই। মতুংদগী পোংদা কোন্নুং ওইবা শান জাৎ অদুবু পোং হায়না হৌরে। মোং-গোংদগী চীন ফাওবা অসি মাইল ৮০ লাপই। শান হায়বা অসিনা ব্রহ্মদেশ থাইলেন্দ অসিনাচংবা খা নোংপোক এশিয়াদা অহানবা লৈবাকমচা তাবা কাঙবু অদুনি। মখোয় মশামদি "তাই" কৌজৈ। কবোনা মখোয়বু শান কৌই।

মৈদিংগু কিয়াম্বনা নিংথৌ ওইবা চহী অষ্টম শুবদা মশাগী চহী ২৬ শুবদা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগা পুনা কিয়াং নিংথৌ চাউশেংবদা লান বামিন্নশে, অরা অসিবু ঈনা তুরেল চেলহনসি হায়না রাশকুখি। খোংকন মেৈরে পান্থী অমা কুকুনা রেৈরে। পান্থী অসিনা থুমু হুনবা মতমদা উনরগা লান বামিন্নসি হায়না মাগী মাগী লৈবাক্তা হন্নখি।

লৈবাক অনীমক্কী ঈশিং নুংশিং খেৎনবদগী থুমু হুনবা মতম মান্নখিদ্রে। পোং লৈবাক্তদি উল তাদবনা লমতা থা য়োৗরকপদা খোংকন মেৈরে অদু শাংলে। মৈতৈ লৈবাক্তদি শাংজরে। শাংপা মতম ডাইরিদৈদা মৈদিংগু কিয়াম্বনা কবো কিয়াং উমজগে হ য়ৎনা খারী চীংখোঙদা লন্দং অমা ঈরাংতুনা লান চঙগদবা মতম ডাইদুনা লৈরি। অসোমদা পোং নিংথৌনা মৈতৈ লাকরে, বাশক ডাকরে হায়না শাউদুনা পোংগী ঈত্তোন

হায়বা লাইথুং থারক্লে। মৈতৈ পুম্নমক তুরাতুরে। শজীবু থ পানথংলকপদা মৈতৈগী লমদা হৌবা থোংকন মেৎলে অহু শাংলবদা হায়নখিবা রাশক মতুংইন্না কিয়াং লান্দানবা পোং নিংথৌ উনববা মৈতৈ মথৈ চংলমই। হায়নখিবা মরম্না লাকপনি হায়ববদা পোংবা — মথোয় লাকমন্দ্রে হায়গুনা ঈতোম হায়বা লাইনা থাখিবনি। পোং ঐগী হিদাক অসি চাও হায়গুনা পোং হৈতোন পীরে *।

কিয়াম্বগ' পোং নিংথৌ খেখোম্বগা খুংশম্নরগুনা লম ১০০ য়োম পাকপা নিংথি তুরেল লান্দুনা কিয়াং খমপাৎ মামিন্নরে। নিংথৌ অনীনা কিয়াং খমপাৎ ঙমলে। তখেল মুংঙং, খমমেংঙং, খমখাইঙং অমম্বং হোখমঙং কৌবা কিয়াং খমপাৎকী মকোক থোংবা মী লানফা ওইনা পুরক্লে। নিংথৌ অনীমক জয় ধনিগ' লোয়ননা হল্লকপা পোংগী লমদমদা হরাঙনা স নাগী তাংবল অমগুদা ফম্মিন্নরে। চামিন থকমিন্নরে। মতম অমদা খেখোম্বগী চহী ৪৬ অহুপা কিয়াম্বনা চহী ২৬ থক্কা মডাম্নরি। খেখোম্বন' কিয়াম্ববু ইঙ কৌই। মপূ মঙ লুনা চান্না তিন্নতোংনবগী মতৌনি। ডাগ্র.ম থূপলেং পুখোক্তুনা চাগিনৈ। চাক তোরপা পোংগী চংনবীদা পোংগী কাগোক্তা পানা কা হাপ্তুনা লানশিল্লি। কাগোক অহুদা লাই অমা য়াওরমই, মহু লৌগ্রো হায়না পীরে।

* পরিং অমি মৈতৈ মাইবশিংনা ইতোন কাইহুনা মাবগী ঈয়াং চাবান থাবদা পম্নরি।

লোয়ননা য়ানবগী মতুংইন্না পোংগা মৈতৈগা লম য়েন্নরে। নোংপোক থোঙ হাংলে।

মহৌরাংবীনা মৈতৈগী মীহুৎ অমসুং চাপাক তেংতেনা পোংগী মীহুৎ ওইদুনা লৈবাক অনীমক্কী ঙমখৈ য়াংখি। শমশোক মমাঙনা পোংগী লম মনীংনা মৈতৈগী লম ওইখি। য়াম্না কুইনা নিংথৌ তুরেলদা লৈবাক অনীগী মহৌশাগী ঙমখৈ ওইরমই। চহী তরেৎ খুদ্রাকপা মতুংদদগী মসি অমুক ওইখিগনি হায়বা বৃটিশ সরকারনা শিলেটতা লৈরম্বা কমিশ্নারদা খৃ: ১৮২৬ কী জুনগী তাং ২৩ দা খঙহনখ্রবনি। মতম অমদদি নিংথি তুরেলদগী হেন্দোক্লুনা নুমিং ছুম্লি/মরিনি থোঙনা চঙশিনবা ফাওবা মণিপুরগী লম ওইরমই। খৃ. ১৭৪৯ দা গরীবনিবাজ মহারাজনা নিংথি তুরেল অমসুং ইরাবতি তুরেল লান্দুমা অরা লান্দাবা চংলুবদগী ফারান (হনুমানগী মুর্তি য়েকপা) অহু লুংশিনদুনা ঙমদোক্লুনা তেকখিবদগী লান তৌদনা সন্ধি তৌনবগা হন্নকখি।

মসিনা তাকপদি নোংপোকলোমদা অপর বর্মা ফাওবদা মৈদিংঙু কিয়াম্বনা মৈতৈগী শক তাকখ্রে। থাংবাই নিংথৌ কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) কবোগী মুংখোং মুংয়াং ঙম্বদগী মুংয়াম্না হায়বা মিংথোল ফংখ্রে। গরীবনিবাজ মহারাজনা কবোগী কাংচিন কোয়া শিন্থুংনা মৈতৈগী মথৌনা উংলমই।

বর্মা লৈবাকপু মৈতৈনা অরা হায়না খঙনখিবদি মতম অমদা ব্রহ্মদেশকী কোনুং ওইরম্বা আভা কৌবা সাগাইং মনাক্তা

লৈবা লম অহুগী মিং লৌহুনা আভাদগী অৱা লাকখিবনি। অৱাথবী অৱাদগী পুৱকখিবা থবী মথলনি হায়বা মমিংসিনা তাকচৈ। খৃঃ ১৭৫৮ দা অৱা নিংথৌ আলাউপয়ানা লান ছুমহুনা মৈতৈ ফিশাবা হৈবা মথৈ মখোয়না পুখিহুনা সালাইঙ অমস্তুং ঈনওৱা কৌবা খুল অনীদা খুন্দাহনখি। মখোয়সিদি কবো ওন্দুনা কবোগী খুৱায়দা তিনখৱে। মতুংদা কবো য়ৌখিবা মৈতৈশিং অহুবুনা রেঙ্গুন অমস্তুং মন্দলে কোন্নুং ময়াদা খুন্দা লৈতাহনখি। অৱাংথংবা বর্ম্মা অমস্তুং অগৱাপুত্রদা কতে পোন্নস (Ponnas) হায়না খঙনবা ব্রাহ্মণ কাঙবু অমা লৈ। মখোয়গী মরুওইবা শিনকমদি পাঁজি য়েংবনি। য়াম্না খঙহৈবা পণ্ডিতকী শিংবা শীংথানৈ। মখোয়গী লাইশঙশিংদা রাধা কৃষ্ণ চৈতন্যগী মূর্ত্তি লাংলি। অতোপ্পা মৈতৈ কাঙবু অমা নিংথি তুৱেলগী খোংবান্দা তারি। লোল অমদি সংস্কৃতিদি কবোগী লৌশরবস্তু মৈতৈগী উৎসব-মেলা পাঙথোক্লি। মৈতৈ ভারিবা খুল খরগী মমিংদি— রেঙ্গুন, মন্দলে, ভামো, মিটকিয়ানা, কালেমো, তমু, সমজোক, কলেৱা, হাইজাং, মংগুন, মিনগীন, মনিৱা, তাংজি, মোল্লাই, তেনানয়ুং, হেমজাদা, হোমেলিন, সাগান, ফুংদ্রেং সেম্রো, পনশাং, লৈয়ুম, মৈহোং, কোনগা, ইরোং, ভাচান, হৈনকোক, অৱাখোং, কোকি, লৈশিন অসিনচিংবনি। ভজো চীংশাং অমস্তুং নিংথি তুৱেলনা কোনবা তম্পাক্তা ভাবা খুঙ্গং কয়া য়াওরি। বর্ম্মা আর্ম্মি লৌবদা মৈতৈ পামই হায়বা লৈ। বৃটিশকী মতমদা ভবৈথ ভাকপদা মণিপুৱগী সীমানাদি নিংথি তুৱেল

ফাওবনি হায়বা শিলেটতা লৈরম্ব বৃটিশ কমিস্নারদা খৃঃ ১৮২৬ কী জুন ২৩ দা থঙহনখ্রবনি ।

অহুক পাকচাওরম্ব মণিপুর অহু গরীবনিৱাজ মহারাজনা নোঙাখিবা মতুংদগী কাংখোং চায়খি। মণিপুরগী নিংথৌমচা-শিংনা কবোগী মতেং লৌরগা মশা মশাগী সুবিধা লৌবদগী কবোনা খু.দাংচাদা তাঙা লৌখি । মহারাজগী মচু ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাকচা মোইরাং নিংথৌ খেলৈনুংনাং তেল-হৈবনা কবো পুশিল্লকুনা মণিপুর ওংবৈখি ।

খেলৈনুংনাং তেলহৈবা অসি ভাগ্যচন্দ্রগী মমাগা পোক-মিন্নবা মহাক্কী মাম-নি । খেলৈনুংনাং তেলহৈবা-না মমাক্কা চৌংডা মখাদগী মোইরাং ফাওবগী লম অসি মোইরাংগী ওইগে পীয়ু হায়রুবদা ভাগ্যচন্দ্রনা হায়— 'মাম, লৈবাক্কি নমাক্কী নঙে, প্রজাগীনি।' হ্মাররুবদা শাউহুনা খেলৈনুংনাং তেলহৈবা-না অরা মেকুনা মণিপুরদা লান্দাঙনখি। অরাদি ঈশিংদা হৈনদে । অহুনা রাংজিং তুরেল অমস্তুং করোং তুরেলগী ঈশিং শুগংহল্লগা অর শিংদা ঈশিংগী ঈপাক উহল্লবা মণিপুরগী মায়কৈদা থৌরাং পাররখংলমই । শুগংলিবা ঈশিং ঙাকুবা পলগী মওংদা পল্লি থোল্লে। হৌজিক ফোদেন-দগী তেম্বা ফাওবদা লৈরিবা কি লোমিটর ৮ লোম শাংবা ফুট ১০ রাংবা 'মোইরাংপল্লি' হায়না খঙনরিবা পল্লি অসিনি। অহিং অমদা থোনখিব প.ল্লিনি । খেল্লনুংনাং তেলহৈবা-গী মনাওনিপা মোইরাংগী চন্দ্রমনি-না লমাজংলগা থোনখি। মোইরাংনা লমজিংলগা থোনবনি হায়না

"মোইরাং পল্লি" হায়না খঙনখি। কংলৈগী মীচংদা লেপ্লবগীদমক মনাওনিপা চন্দ্রমনি-বুস্থু খেলৈম্বুংনাং তেলহৈবা-না হাংখি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মরিগুবা মচানিপা মাবজিৎনা কবো নিং-থৌ বাদোফায়াগী মহেৎ লৌতুনা ময়াম্বুং চৌরজিৎপু (খৃ: ১৮০৩ ১৩) তাম্নোকুনা খৃ: ১৮১৩ দা নিংথৌ ওইখি। অতুপা বাদো-ফায়াগী লোয় ওঠনা লৈখি। মতম অমদা কবো মভাগা মৈতৈ অমগা লম্না পাবা য়াই খনরম্লবনি। চহীগী খোঙ্গং-থা লাকপগা কবোদা লান্তাবা চৎলুশি, এখোয়গী পুক্কি কাযরুসি হায়তুনা চৎনরম্লবনি। গরীবনিবাজ মহারাজ থুপখিবা মতুংদগী কবোগী মপাঙ্গল কল্লকখি। মৈতৈনা য়াম্না কুইনা লাকচ-খুতম চল্লবগী মালোমস্থু লৈরি। মতুগীদমক অচেংবা তাঙ্গাদা বাদোফায়ানা খুদোংচাবা লৌখি।

লৈবাক্না চোপ্পা ভাঙনবদগী মারজিৎনা (খৃ: ১৮১৩-১৮১৯) কবোগী মীখা পোন্নিংদ্রে। লোয় ওইবা তোক্লবা তাঙ্গা ভাইতুনা লৈম্নে। মরক অসিদা বাদোফায়া শিরতুনা মগুনিপা বাগিদোনা নিংথৌ ওইনবা অভিষেক্কী বার্তোন লাক্লমই। বার্তোন লৌদ্রে। মহ তাবদা বাগিদো শাওবনা মৈ হৌদ্রে। মহগী মহুত্তা মুক্লবগী মওংদা মারজিংনা কবো তম্পাকগী চিংগু-উ য়ামহল্লগা সনা শঙ্গায় শাগৎহনখি। মতুনা বাগিদোদ অচাকপা মৈনুঙদা ঘী হৈৎগুম খোকদ্রে। মাগী সেনাপতি মিঙ্গি নহা বান্দুলাবু লাম্মী লিশিং কুন্থাগা মণিপুর মাংতাকুবা থারকখি। মারজিৎ থাঙবা ভমত্রতুনা কাছাড় য়ৌনবা চেনখরে প্রজাশিংস্থু থাঙবা ভমত্রহনা

মহৈ মহৈ কাছাড়রোমদা চেনখরে। লৈবাক অসি খুন্তাক লৈতাকপা ওইহৌরে। কবোনা ঙমজবা থাহনা মনীং তৌখি। মুপী অঙাং ব্রাহ্মন থাক্তনা হাংখ। খরনা ফাহনা মনাগা মখুবাক্তা য়াইরিনা লেংহনঃ কবো তান্না পুই। অশোন-অনাশিংবু ইমুংদা হোইজিন্নগা মোরোক শংবাই শংবাই মৈ থাহনা অৱাবা পী। অঙাংশিংবু লৈপাক্তা হাইহংলি। শিদবনা থাডনা কক্তনা হংখলি। মাইবা, পাঞ্জি, মখুংহৈবা, মশক ফজবা মুপী, কাংজৈহৈবা, শগোলতোংবা হৈবা অসিনচিংবা কয়ামুকপুনা নমহনা কবো তান্না পুখি। মখোয় অসি মন্দলে অমম্মুং রেঙ্গুন কোনুং ময়াদা লৈহল্লমই। মখোয়গী চারোন শুরোন শন্দোক্তনা কবোদা মনিপুরী খুল কয়ামুক থোকখরে। কবোনা মণিপুরদা ওংবৈরম্না চহী তরেংনি। মসিবু চহী তরেং খুন্তাকপা হায়না মণিপুরগী ইতিহাসতা খঙমরি। মৈতে অহল লম্মন্না অৱা লান কায়বা হায়নরি।

কাইনথদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচা অতোম্বা গম্ভীরসিংহনা বৃটিশকী মতেং লৌহনা য়ান্নচে (Treaty of Yandabo) খ: ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারী ২৬ তা সহি তৌনহনা মণিপুর পুম্নো নেংনা শেমগত্না নিংথৌ ওইহনা পানখি। *অহুবু মণিপুরগী মহৌশাগী শক্তম অহুদি ওইরে। মী লাক্ষ মরি মঙা তারম্বা লৈবাক অসি লিশিং অহুম মরি খক্তা মঙাইহৌরে।

---

* য়ান্দবো হায়বা অসি বর্ম্মাদা (ম্যানমার) লৈবা মকম অমনি।

লাঞ্জেনবদা কাছাড় ত্রিপুরা অমশুং বাংলাদেশতা মী অয়াম্বম্ লৈবাকসিদা অমুক হন্নকশিল্লে ।

মতম কুইনা মণিপুরগী লম ওইহনা লাক্লবা কবো ভেলি কমদৌনা বর্ম্মাদা পীথোকখি ? মসিগী মরমদা স'র জেমস জোনস্টোনা মাগী "My experience in Manipur and Naga Hills" কৌবা লাইরিক্তা ইরম্না রারোলদগী খঙবা ঙমই, মত্তাদ মতম অদুদা বৃটিশকা কবোশিংগা য়াম্না য়েংথিনরমগ। চহী ৭ খুম্ভাকলুবদগী গম্ভীরসিংহ মহারাজনা বৃটিশকী মতেং লৌরগ মণিপুর উদ্ধার তৌবা মতুংনি। করি তৌরগ কবোশিংগা চান-চিন্না লৈমিন্নগদগে হায়না মতম অদুদা বর্ম্মাদা লৈরম্বা বৃটিশকী এজেন্ট কর্নেল গ্র্যান্ট সাহেবনা খনখি। মত্তগীদমক কবো লুচিং-বশিংগা রা তান্নবদা কবো লুচিংবশিং অদুনা মণিপুরগী ওইদুনা লৈরিবা কবো ভেলি অসি বর্ম্মাদা পীরবদি য়েংথিনরিবসি কোক্নি হায়খি। মদুদগী বৃটিশনা কবো ভেলি মণিপুরদগী লৌথোক্লবা কুটনীতি হৌরক্লে। মরক অসিদা কবোদা চংলুবা বৃটিশ ওফিসারশিং মণিপুরদা হন্নকুনা কবো ইরম তাবগী লৌ উজনবা মণিপুরগী লম কবো তম্পাক বর্ম্মাদা পীখিবা তারে। মত্তগীদমক বর্ম্মা সরকারনা মনিপুরদা থা খুদিংগী সিকা রুপী ( Sicca rupees ) ৫০০ কাঙ্গং পীগনি হায়না গম্ভীরসিংহ মহারাজদা মত্তগী দলিল সহি তৌনবা হায়বদা য়ানিংদনা সাহ তৌরমদনা মহারাজ লাইরৈপাক তানখরে। কবিগুম্বা লাইরিকনা সহি তৌদবা য়াদবা মতাংদগী সহি তৌবগা মত্তগী থম্মোয় লাইনাবা

নাহুনা শিখিবনি হায়। মসিবু মৈতৈনা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা শুরুং চঙহনা লাই নীংবদা পাখংবা (লীম্না) না চিকুনা শিখি হ'রনৈ।

লৈবাক অনীমক্তা কবো তম্পাক তান্নবগী মরম কয়ামুক লৈ মহৃদি কবো তম্পাক্তা মমল য়াম্লবা চৌংগু-উ অমস্তুং অতৈ প্রকৃতিগী পোৎখোক (Natural resources) মরাং কাইনা কংই। লমদম অসিদা লৈবা মী অয়াম্বা শান সভ্যতা * গী মীনি, বর্মিজ নত্তে। নিংথি (চিনদ্বিন) তুরেল্দগী কৌজিক ওইরিব মণিপুরগী সীমানা ফ'ওবা কবো তম্পাক্তী এরিয়ানি।

মণিপুরদা হৌজিক লৈরিবা হয়াক ১৪ হায়বদি — শমজেৎসাবম, শেঙ্গম, উসম, লুইয়াম, চ'ঙ্গমযুম, কোনসম, খুম্নোংমযুম, চিঙ্গাংবম, লেন্দাংমযুম, রাজ্ঞবম, হিখাম্নম, চিং-ঙুবম, ফুরুৎশাবম, মুংয়োনকম অখনবম, খোংবান্তাবম, লৌরি-য়'ম, শংখুবম, য়েন্দ্রেলবম, অচোইবম, হৈখাম, ছাসেপ্পম, কৈবি-শাবম, অমস্তুং চাফাবমমযুম-গী মৈহৌরোল কাঙবু অহু নোং-পোক্লোমদগী লাকখিবনি হায়না "উমং লাই খুন্দা" (মার্চ ১৯৯২) দা ইরি।

---

* শান সভ্যতা খা নোংপোক এশিয়াগী অহানবা লৈবাক মচা তাবা কাংবুনি। রাহৈ অসি বর্মা মরোল্লি। মৈতৈ লৈবাক্তা শানশিংগী প্রভাব তাখিবদি খৃঃ ১০৭৪ মৈদিংঙু লোয়মম্বা পাম্বা মঙমদগী খৃঃ ১৪৬৯ মৈদিংঙু কিয়াম্বা সনা হাক্তক ফাওবনি।

বর্ম্মাদা লৈরিবা মৈতৈ মশীং লিশিং ৪০ রোমনি রেঙ্গুন-দা বামোন লাই লাংতুনা লৈবা য়াওরি। মৈতৈমচা কয়া কয়া ফুরিংতুনা, সনা শাহ্না, উ শুহ্না, দ্রাইভর অমসি হেন্দমেন ওইহ্না, খুবাক মথি-য়েংহ্না, পাঞ্জি য়েংহ্না, মাইব শাহ্না লৈরি। কলেরা অমস্তুং মন্দলে-দস্থু মৈতৈ য়াম্না লৈরি। ইস্কালগী রেডিও ষ্টেসনগী প্রোগ্রাম মুমিদাংদা রেঙ্গুন্দা ফঙ্গনা তাই। মৈতৈনা খোংজোম পর্ব্ব অমস্তুং পেনা তাবা পায়; গান্ধী জয়ন্তি অমদা রেঙ্গুন্দা মৈতৈনা মৈতৈরোন শকই; চুরচান্দ মহারাজগী মচা থোকপা অমস্থু লৈরি হায়না সলাম তোম্বী-না মহাক্কী প্রবন্ধ অমদা ইরি।

# নোংচুপ খোঙ হংবা

## মণিপুরগা কাছাড়গা লৈনরম্বা মরী ঃ—

মণিপুরগা কাছাড়গা রাজনীতি অমসুং লোন-ইতিকী তংনথানবা য়াদবা মরী লৈনরকপাদি অা-মমাঙদৈদগীনি। মৈতৈগী লান চেনকম, লান হৈরকপম, খুন্দাকম অমসুং নোংচুপকী সভ্যতা লৌকম মকম কাছাড়দা ওইচুনা লাল্লবনি। কাছারগী মরম লৈনদ্রবদি মণিপুরগী ইতিহাস মপুং ফাদে। হৌজিক ওল্ড রোড (old road) হায়না খঙনরিবা লম্বী অসিগী খোঙদা মণিপুরগা নোংচুপকী লৈবাক্তা শম্নরম্বনি। খোঙ লম্বীদা মুনি° চনি চংনা উতোংঙা লেংকোং পুরকপদা রাবত চনুরাশিংনা শাবী থংলেম লুরাউবা চম্পা। তৈথু হায়না হায়নরমই।

মৈতৈনা কাছাড়বু ময়াং লৈবাক হায়না খঙনরমই: শিলচর-না জিলা কৌনরমই। চারৈ মোরোনবগী রাযীস্থ লৈনরমই মৈদিংঙু থরানথাবা-না খৃ: ১১৯৭০-১২৩১) ময়াং নিংথৌগী মচানুপী চিংঙুরেম্বী লুহোংহনা লৌরমই। নিংথৌ মচানুপীসিগা লোয়নরকপশিং অহু মৈতৈগী শাগৈ লৌথুবা থুন্দা লৈভাখি। শামু পাননবা লখোনগী কাঙবুনা তাইমুজম, মচু শেম্বা (Dye maker) তুলসিরামগী কাঙবুনা ওইনাম, সনশাবা কাঙবুনা

সনসম য়ুম্মাক লৌখি (The Bishnupriyas and their language (Ch Manihar Singh) মৈদিংঙু চলাম্বা (খৃঃ ১৫৪৫-১৫৬১)গী মচানুপী মোমসম্বী অমসুং মৈদিংঙু মুংয়াম্বা (খৃঃ ১৫৬১-১৫৯৫)গী মচানুপী তক্কুম্বী ময়াং নিংথৌবা লৌই। মখোয় অসিদগী ময়াম্পুং খাগেম্বগা য়ান্নদবা মতাংদা শানোংবা য়াইস্থুল্লাকপা-ন কাছাড়ী নিংথৌগীদা শাইদাংলুবনি। মনাওইবুংঙো শানোংবা-স্থ তখেল রাজকুমারী অমা লৌরমই।

মৈতৈ নিংথৌ মধুচন্দ্রগী মচানুপী ইন্দুপ্রভা বু কাছাড়ী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রদা লুহোংখিবা অহনা খরা হেন্না চেংশিন্নবা মরী থমখি হায়বা তাই। ইন্দুপ্রভাবু ময়াংলৈনা মিংথোল্লগা কাছাড়গী মহারাণী হাপ্পমই। ইন্দুপ্রভানা কাছাড় লৈবাক্তা লাইখুরেম্বী (লাইখুংলোংবী) নাংপা হৌদোক্লমই। কাছাড়ী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা লৈশিদবা কান্দসু মনাওনুপা গোবিন্দচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা মতমদসু ইন্দুপ্রভাবু মহারাণী হাপখি।

কাছাড়ীশিংনা য়াম্না খুকল পাঙ্গল্লবসি মৈদিংঙু কোংয়াম্বা-না পাববা (খৃঃ ১৩২৪-১৩৩৫) অহুরাইনি। ডিমাপুরদা কাছাড়গী কোনুং ওইরমই। অহোমশিংনা মখোয়বু খৃঃ ১৫৩৬ তা মায়থিবা পীরবা কান্দা কাছাড়গী কোনুং খাসপুর অমসুং মায়বুংদা হোংখিবনি। কাছাড়না মনীংতম্না লৈবাক অমগী মতিক মখোনা উংলম্বসি মায়বুংদা কোনুং ওইরিঙৈ মনুং মতমদনি।

কাছাড়ীশিংনা খুংকল্লিঙৈদা নাগা অমসুং মোরানশিংবু মখোয়না মায়থিবা পীরমই। মণিপুরদা হাইজিন্নকুনা ইঙেন

চীংদা মখোয়গা মৈতৈগা খুং থোকুখি। ময়াং মায়থিখি। ময়াং ২০০ ফংহোই অমস্নুং কোম্মুংদা মখোয় পুম্নমক মৈতৈ ওন্দুনা মৈতৈ খুন্নায়দা তিন্দুনা ময়াং ইন্ফালদা খুন্দাখি। মতম অমদা ময়াং ইন্ফাল অসি খুমনপুম হায়না খুমনগী কোম্নুং ওইরম্বনি। ভাগ্যচন্দ্রগী তুংদা ময়াং কালারাজনা কোম্নুং ওইরম্বা মফম অদু হৌজিক পাঙল বেঙ্গুল লৈরিবা মফম অসিদনি ইচেম চীং হায়রিবা অসিনা ইন্ফালদগী অরাংলোমদা কিঃ মিঃ ১৮ চংলগা লৈ। থোদোক অসিদগী ইঙেন চাখুন লোক কোখি (মিংথোরেল লম্বুবা)।

মোংচুপকী থোঙ লাওনা হাংদোকখিবদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদনি হায়বা য়াই। রাজর্ষি অসি নরোত্তম ঠাকুরগী শায়োন্নি হায়না হিন্দু সম্প্রদায়না লৌই। নরোত্তম ঠাকুর কনানো? অহুইঙ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীঅঙ্গদা তিনখিবগা খেরতিগ্রামদা কৃষ্ণনারায়ন চক্রবর্তি অমস্নুং নারায়নীবু মপা মমা শকুনা নরোত্তম ঠাকুর পোকই। মসিগী বারী রাখোঙ ওইনা অখঙবা মীই মহৈ পুথোকুরক্লে, মহুদি— শ্রীচৈতন্যনা পুক্সিরম্বা চহী ৪৮ থকুনি। অরোইবা চহী মতাংদা শ্রীচৈতন্যাইমন্দ-নচিংবা ভক্তশিংগা লোয়ননা বৃন্দাবন যাত্রা তৌরকপদা পদ্মা তুরেলগী তোর্বান্দা তাবা খুল অমদা খুংলুবদা লম অদুগী মমিং হংলকই। "রামকেলী" কৌই হায়না শ্রীনিত্যাইনন্দনা খুমই। রাম নাম হেক তাবদা ত্রেতা যুগকী রাম লীলা নীংশিংলকুনা কপই। ভাই নিত্যাই অচুম্বা খুল মমিং হায়মুগবা হায়রকই। শংত্রিক

য়েংলগা নিত্যাইনন্দনা খুমই — "খেতরিগ্রাম" রাহিসি হেক তাবগা হায়রকই — "নরোত্তম, নরোত্তম! হৌজিক ফাওবা করিগী খোরকল্লি; রাম কৃষ্ণগী প্রেমতত্ত্ব অসি শিন্নফম লৈত্রে, খোরক্কুনা প্রেম লৌহৌরো।" নরোত্তম ঠাকুরনা মহে য়াম্লবা ভক্ত অমগী পুন্সি লেল্লম্লগা মুর্শিদাবাদ-তা চিতা (মোংফম) শেমহনা দেহদগী প্রাণবায়ু চিংথোক্লগে হেক তৌরকপদা কাল কৌবা উরমই। তুংগী মীরোন্দা ধর্ম্ম মাংখিবা তারে; পাপি পাষণ্ডীগী লৈবাক ওইহৌবা তারে হায়বহনা মমিত্তগী মপী শিন্ধ-রহনা নোংপোক্লোমদা ওনশিল্লগা 'পুরুষ, পুরুষ' হায়না কৌরম্লগা চিতা কাখৎলগা হিপথখি। মাহুগা হেক থংনবা মিকুপ্তা মণিপুরদা ভাগ্যচন্দ্র পোকই। শিবা কান্দস্থ নরোত্তমগী মোংফম মুর্শিদা-বাদ-তা পোংলোইখি। রাজা ওইন রাষস্থ ওই হায়না নব-দ্বীপবাসিশিংনা "রাজর্ষি" মিংথোল পীরকই। শ্রীগোবিন্দ নিরু-পণগা মরী লৈননা ইরাইবক ফবা মীনি হায়না ভক্তশিংনা 'ভাগ্যচন্দ্র' মিংথোল্লমই। তেথাও শামু লমখা জয় তৌবদা 'জয়সিংহ' কৌবনি। কর্ত্তা হায়বসিনা নহা ওইরিবগী মমিং ওইবা তাই।

রাজর্ষিনা লানচেনবদা অহানবদা কাছাড়ী নিংথৌগীদা থুংই। তেথাও নিংথৌগীদা চংশু কান্দস্থ কাছাড়ী নিংথৌগা লোয়রনৈ। রাজর্ষিনা শামু লমখা ফংবা অহ রংপুরনি। তেথা-ও লৈবাক্তী কোমুং রংপুর-দা ওইরিবগী রাজি। রাজর্ষিগী মচানিপা মধুচন্দ্রগী মথক্তা চৌরজিং মারজিং মচিন্মনাও অনীনা লান্দাবা

মতংদম্ মধুচন্দ্র-না মচানুপী ইন্দুপ্রভাবু খোবা কাছাড়গী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্র-গীদা লানচেন্নি। মকু মমাক্কি। কৃষ্ণচন্দ্রগী মনাওনিপা গোবিন্দচন্দ্র-না পানবা মতমদনি চৌরজিৎ, মারজিৎ, গম্ভীর-সিংহ মচিন্ননাও অহুম্মা খৃঃ ১৮২৩ দা মহাকপু মারথিবা পীদুনা কাছাড় লৈবাক লৌশিন্নম্মা। গোবিন্দচন্দ্র না কলিকতাদা লৈরম্বা বৃটিশ গোভর্ণর জেনেরেলদা অন্থুম্মা ইদুনা মতেং নিরমই :—

161. From Govinda Chandra professes his entire dependence upon the East India company, states that Marjit Singh of Manipur with the help of Burmeses has occupied nearly the whole of Cachar. Intimates his inhability to regain his kingdom without British help. Dated 13 Paush, 1739 Saka. ( Recieved 6 Jan. 1818 )

ইতিহাসকার উপেন্দ্রচন্দ্র গুহনা ইরম্বা "কাছাড়ে ইতিবৃত্ত" দা অন্থুম্মা ইরি, মহুদি মৈতৈ নিংথৌমচাশিংনা কাছাড় লৌশিন্নবা তুংদা মারজিৎ, চৌরজিৎ অমসুং গম্ভীরসিংহ অহুম্মক লোইনা কাছাড়গী তোঙাল তোঙালবা জগাদা নিংথৌ ওইদুনা লৈরমই। মারজিৎকী কোনুং হাইলাকান্দি, চৌরজিৎকী কোনুং ড্রিপার অমসুং গম্ভীরসিংহগী কোনুং গুমরাট তা ওইরমই। লানচেনবগী অহানবা তাংকা গম্ভীরসিংহনা কাছাড়গী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র-গী সনাপঙ্গাইদা লৈরম্নি। অদুগা চৌরজিৎনা থাসিয়া জয়ন্তি-য়াদা লৈরমই। মায়রমত্রবা মচিন্ননাও অহুম্মক অহল মারজিৎনা কাছাড় লৈবাক্তা থুংলবা কান্দা সন্দাইনদুনা অহুম্মকী একতা

কাছাড় লৈবাক জয় তৌখিবনি। কোনথংদা খৃঃ ১৮২৪ লোই-রমদাইদা বৃটিশকী মতেং লৌহুনা বৃটিশ কোস'কা অরাগা লান শোক্লহুনা অরাশিংবু মাইথিবা পীহুনা মনিপুর উদ্ধার তৌরবা কান্দা কাছার লৈবাক থাদোকখিবনি। অহুবু কাছাড়গী মমুং-চনবা চন্দ্রপুর অমম্লুং মসিগী অকোয়বদা লৈরম্বা এরিয়া থরদি খৃঃ ১৮৩৩ দা থাদোকখিবনি। য়াম্না কুইনা চন্দ্রপুরদা মনিপুরগী নোংচুপ হায়ম ঙাক্লবা মৈতৈ থানা ( Police ) থম্রমই।

কাছাড় লৈবাক্তা মৈতৈবু শক্তাক্লম্বসি চৌরজিৎ, মারজিৎ অমম্লুং গম্ভীরসিংহ অহুম্রনি হায়বা য়াই। মতম অহুদা মৈতৈ অয়াম্বা বারাক অমম্লুং সুরমা তম্পাক্তা লৈরমই। চহী তরেং থুম্রাকপা লাক্লেনবদা ✓গোবিন্দ কাছাড় য়োনবা পুই; অহুগা কাছাড় মমুংদা কামঙ্গা কৌবা থুম্না থম্রমই। হৌজিক ফাওবদা মকম অসিদা মীয়াম্না থুরুম্লরি।

নরসিংহবু হাংনবা শিল্লবদা মায়থিরহুনা মমা ইবেম্মা কুমুদিনীনা নিংথেম পীশক (চন্দ্রকীর্ত্তি) পুহুনা কাছাড়দা লোং-লমই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা বড়লাট লর্ড নোর্থ ব্রুক উনবা জিলা দরবার পাঙথোকপহ লমসিগী বরাক মপান্দনি। ★১৮৫৭ ইংগী সিপাই লালহৌবদা শরুক মৈতৈমচাশিং অহু কাছাড়গী মৈতৈনি। কাছাড়দা লৈবা মৈতৈ অহলশিংনা হায়নবদা লান য়াওবা মৈ-তৈশিংনা মখোয়বা লোংপা ইমুংহুগী কোটতা সনা য়াম্না ছজিন-বিরমই হায়। মখোয়না জিরি ফাওহুনা মণিপুরদা হাইজিল্লকুবা হোংনবদা সাহেবনা থিংলমই। অহুনা সিপাই লালহৌবগী হুরাং

মণিপুর তম্পাকী শরুকা য়ৌখিদ্রবনি হায়। নীংতম্বগী ঈহৌদন্থ কাছাড়্গী মৈতৈনা অচৌবা শরুক য়াখি। মতুংদগী বৃটিশকী চৈথাক ফংখিবা মৈতৈনা আস্সামান্দা চহী অছম·মিয়াম্ তাবা লোইরগা অমুক কাছাড়দা হল্লকখি হায়। সুরচন্দ্র মহারাজনা কলিকতাদা লৈরগা বৃটিশ হেড কাটরদা রাকৎপা চৎপা, মিসেস গ্রিমউডনা মণিপুরদগী চেনখিবা, তোংলৈ মরিলদা কাছাড় কাওহুনা চংখিবা ওাকনি। পাউনা ব্রজবাসীদা থাঙ থাখিবা অমস্থুং টৈকেন্দ্র-জিৎকী বিচারগী মতমদা

★ ১। ১৮৭৪ ইংগী আগষ্ট ১২ দা ভারতকী ভাইসরয় অমস্থুং গোভর্ণর জেনেরেল লর্ড নোর্থব্রুক্কা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগা খুৎ দোনপোং লায়হুনা তৌখিবা অহুনি ঙলা দরবার কায়রিবসি। ১৮৭৪ ইংগী জুলাই ৩০ দা মহারাজ সনা কোনুংদগী ঙিলা থোং-শানখি। মচা ইবুংঙো রাংখৈরাকপা, শামু হজবা, বোলাই মেজর, থাবম লাকপা, গোকুলশিং পণ্ডিত খেন্দম্বা পাঞ্জি, কো-নোক হজবা, শক্তোয়তাবা পাঞ্জি, য়োতোনশিং, মখোয়মা থৌখল খোঙজোয় ওইখি। কোয়ৌ থুমিং ১২ ক্থি মহারাজনা শ্রীগো-বিন্দগী দর্শন কংত্রুবদা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ নির্ম্মলা, মমাশিজমা তম্না কা পানা খুদম. মপাবুং গম্ভীরসিংহগী লাইরিক চাঙ্গুম কম্বা দরবার নংনবা কনা কনা লৌরুবা ভমগদগে হায়রকপা মনাই অথৌয়া মাইবমচা ভাস্করসিংহনা লাইবক য়েংজগে হায়হুনা খুরুম-জরি। মাইবমচা ভাস্করসিংহনা মশালী জবান ঙাঙুনা দরবার নংনবা মণিপুরদগী শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মলামন্দিরকা পুরুকুনা শ্রীযুং

মহারাজদা কংখি। আগষ্ট ১২ গী নুংথিল পুং ৫.৩০ দা সদর-খাটতা বারাক তুরেলদা ভাইসরয়গী জহাজ মথক্তা মহারাজবু তরাম তরাম ওক্লুনা দরবার কমতুনা থুদোলপোং লান্নখি। মতুং নোংমা কোনবদ ভাইসরয় শিলচর থাদোকখি। মহা-রাজস্সু আগষ্ট ১৪ দা মণিপুর তম্না খোংলেংলকই।

ট্রান্সলেটর ওইরম্বা পার্থ সিংহ (খাইনা খুমন সুবেদার হায়না খঙনরম্বা) কাছাড়গী আর্জুনসিংহগী মচানিপানি। টেকেন্দ্র-জিংপু কাবা সুবেদার খেলেন্দ্র (চহী ৪৮) কাছাড়দ লৈবা থাংজম ললিত সিংহগী মচানিপানি। নরসিংহ মহারাজনা মমাইবেম্মগী নীংশিং (স্মৃতি) কুম্বা অমা কৃরিমগঞ্জদা শারমই। ভুবন চীংদা মেঘেন্দ্রগী স্মৃতি নুংপাক অমা লৈরি। তারাপুরদা চুরাচান্দ মহারাজগী লমজিং মথাদা নিখিল হিন্দু মহাসভা কমখি। জন নেতা ইরাবোতনা অল্দরগ্রাউণ্ড (১৯৪৩) চঙবা কাছাড়দনি জনবেত্তামা অহানবা কৃষক সভা হৌদোকপস্সু (১৯৪৪) কাছার-দনি। মহাক্না ১৯৪৫ গী আসাম বিধান সভাগী ইলেক্সন্দা কম্যু-নিষ্ট পার্টিগী কেন্দিদেট ওইনা ভোট লেপখিবস্সু শিলচর কন-ষ্টিটুয়েন্সীদনি। মীতৈ পোকপা (Father of Meitei) নাওরিয় ফুলো কাছাড়গী জারিবোন লাইশ্রম খুন্দা খঃ ১৮৮৮ দা পোক পনি। ১৯৩০ দা মহাক্না লমদম অহুদা "অপোকপা মরুপ" লীংখৎলীরবদগী সবামখী কুরুপকী লাইনীং হৌখিক উবা ফংলি মণিপুর তম্পাক্তা বেঙ্গলী সংস্কৃতি মরেক্ অমম্নুং গৌরধর্মগী ইথিল লাকখিবা কাছাড়রোমদগীনি। কাছাড়না মণিপুরগী লোঙ্ছুপ থোক ওইরম্মী।

বৃটিশনা মণিপুর লোয়চল্লবা মতুংদা লৈবাক বায়েন পুন-নবা বাংলা হৈবা মণিপুরী মচা কয়া কাছাড় অমসুং সিলেটতগী পুশিল্লকখি। ২০শুবা শতাব্দী হৌগংলকপদা মৈতৈয়োনবু নোংহৌনা মীংকপ থোকহল্লখিবা — "মীতৈলোনগী অহানবা তম্নবা লাইরিক" হৌবা শ্রীমকরসিংহ অমসুং "মীতৈলোনগী অনীশুবা তম্নবা লাইরিক" হৌবা ক্ষেত্রি মুনামসিং কাছাড়গী মৈতৈমচা শাক্তনি। মণিপুরী ইহান হানবা চেকোঙ "মৈতৈলৈমা" (১৯১৮ ইং) অমসুং অনীশুবা চেকোঙ "জাগরণ" (১৯২৪ ইং) কাছাড় মচা মৈতৈনা পুথোকপনি। মসিদা নত্তনা য়াকাইয়োল, মহায়োল, শেন, ইরাং, অনৌবা ঈচেল, চৈজিং পাম্বা কৌবা চেকোঙ মথং মথং ওইনা কাছাড়য়োমদগী কোত্তলকখি। খাইরাকপম চাউবগী "লবঙ্গলতা" ঐতিহাসিক উপন্যাসকী লতাম্না কাছাড়গী রামপুরদা রামারণ তাহুনা সতি অমগী পুন্সি লেমখি। হিজম অঙাংহলগী "শিঙেল ইন্দু" গী শিঙেল ইন্দু কাছাড়গী মাংগ্রাম খুন্দংগী চনুরানি। মণিপুরী অইবা ওইনা "ইন্ডিয়া অমগী মহাওদা সাহিত্য একাডেমী এরার্ড (১৯৭৩) ফংখিবা শ্রীকুঞ্জমোহন সিংহ কাছাড়গী পলারবন্দ-দা পোকপনি। "ঐখোয়দি মণিপুরনা চাউখৎপা শাইহুনা লৈরি" হায়বসি কাছাড়দা লৈবা মৈতৈশিংগী লাইমীং ওই।

# মণিপুরগা ত্রিপুরাগা লৈনরম্বা মরীঃ-

কাছাড়গা লৈনবা মরীদগী ত্রিপুরা শিলেট অমস্তুং বাংলা ফাওবা মথং মথং তিংথোকখি। হৌজিক ত্রিপুরা হায়বা খণ্ডং-নরিবা ষ্টেট অসি হাউনা তুইপা, বাংলানা ত্রিপুরা (মহাদেবগী লৌবা), ইংরেজিনা তিপরা, মৈতৈনা তখেল কৌই। লৈবাক অসিবু শাসন তৌরম্বা তিপরা কৌবা অরিবা কাঙবু অহু হৌজিক্তি উপজাতি চাংমী ওইহনা চাংলুংদা মতংগী মাওলদা লুপপ্রে। মৈতৈনা লমদম অসিবু তখেল হায়না কৌখিবগী মরমদা অম্মুম্বা রাৱীনরকই, মহুদি মাইবা অমগী তংখৈল্লে অমস্তুং ঈঙেল্লে কৌবী মচানুপী অনী লৈরমই। মচানুপী অংল তখেল্লেনা মুংশিবা মকোক তরেং লোংব লাইলিন অহু মপানা পাম্লোদা হাংখি। তখেল্লে শোল্লি শোল্লি মযুমদগী মনাউপুপী কৌথোরম্মী লাইলিন মকোক লৈরোন চমখিবা মফম পাম্লো তাম্না চংখিহনা মফম অহুদা শাংলম্বা তংখল্লে তরেং অহু কোনখি। মাবুম্ব লোৗশনবিনবা কম্প্রিঙৈদা ঈষ্কংকী ঈশিংনা কাপশংলকপদা লুপখিহনা ঈরাই লৈমা ওইখি। মসিনগী লম অহুবু মৈতৈনা তখেল লৈবাক হায়না খঙমখি। ককচাংগী খম্নাংব লাই অসিনা পামরিবা কালিকা অসি তখেল চমুনি। মুতুম ঝুলনগী মত্তা ক্যাম্বা নিংথৌনা লান শোরুবদা তখেল কয়া ফাহনা কাথাদা অমস্তুং কুম্নীদা খুন্নাহনখি হায়। তখেললোন অমস্তুং লাইরিকয়েংবম লৈনবদা নিংথৌ লমক্যাম্বনা লাইরিক পাব ঙম্বা লাইরিক য়েংবা কবি চন্দ্রবু কৌথোহন্দুনা লাইরিক পাহনখিবা লাইরিক য়েংবা লোম্দা

পল্লি খাগেম্বা নিংথৌবসু তখেলদা লান্দাহনা মী ২০০ কায়কই হায়না ইতিহাসতা পল্লি। তখেল লানকাম্বা তৌবা খোং অহ্ তখেলখোং হায়না হৌজিক লৈরি। তখেলদগী লাকখিবা বামন কম্বাসু লৈ ।

মতম অমদ ত্রিপুরা খুংকল পাক্কলবা লৈবাক ওইরমই । খৃঃ ১৫৩৬ তা ত্রিপুরাগী নিংথৌ নর নরায়ন্না কাছাড় লৈবাক জয় তৌহন্না লৌশিল্লমই । খৃঃ ১৭৪৫ দা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ভীম-সিংহগী অমত্তা পোকপী মচানুপী কন্ধনীবু কাছারগী নিংথৌ লক্ষীমচন্দ্রদা লুহোংলবা তুংদ কাছাড় লৈবাক হন্দোকুন্না তোঙাল তাখিবনি। অহুবু ত্রিপুরাগী শাসন মতম অহ্ কাছাড়ীশিংনা কাউবা লৈতে। কাছাড়গী নিংথৌমচা মংগল শিংহাসন মুমবগী মতাংদা লৈবাক্তা শান্তি লৈরক্তবদগী কাছাড়ী অয়াম্বা ত্রিপুরাদা চেংশি অমসুং মফম অহ্দা খুন্দাখি। মাসদগী খাথংবা কাছাড় মী লৈতবদগী জঙ্গল ওইহৌরে। শিলেটতগী লায়জিল-লকপা বাঙ্গালীশিনা জঙ্গল ককথকুনা খুন্দাখি। মরম অসিদগী কাছাড়ীশিংগী মরী ত্রিপুরা, শিলেট অমসুং বঙ্গাল কাওবা শাংদোকখি। কাছাড়গা মণিপুরগা মরু বা মরী লৈনবদগী মণিপুরগী মরীসু হায়রিবা মফমশিং অসি য়েংখি। ডিমাপুর রোড কাওত্রিংঙদা সিলেটতা মণিপুরগী নোংচুপ থোঙ (Western gate) ওইরমই। নিংশিংবা রাই — খৃঃ ১৮৯৩ দা ডিমাপুর রোড শাংদোকখিবনি ; খৃ ১৮৮১ দা লোয়খিবা ইম্ফাল— মাও শরী শাংদোকহনখিবনি ।

মণিপুরগী রাজবংশকা ত্রিপুরাগী রাজবংশকা হকথেংননা মরী লৈনবা হৌখিরদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা হরিশেশ্বরীবু ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাজধর মণিক্য (খৃঃ ১৭৮৫-১৮০৪ দা থাজখিবা অহুদগীনি হায়বা তাই। মৈদিংগু খাগেম্বগী মচাও-ইবুংঙো শানোংবম্বু কাছাড়দা শেদাংহনা লৈরিঙৈদা তখেল রাজকুমারী অমা লৌরমই হায়বা লৈ। ত্রিপুরাগী কাশীচন্দ্র মাণিক্য (খৃঃ ১৭২৬ ১৮২৯) নচু মণিপুর রাজকন্যা কুটিলাক্ষীবু লুহোংহনা লৌখি। মহাক্কী তুমথংদা পাল্লম্বা কৃষ্ণকিশোর মাণিক্য খৃঃ ১৮২৯-১৮৪৯) না অমুক্কা মারজিৎ মহারাজগী মচাইবেম্মা অহুম চন্দ্রকলা, অখিলেশ্বরী অমস্তুং বিধুকালাবু মথং মথং লুহোংহনা লৌখি। খৃঃ ১৮৬২ দগী খৃঃ ১৮৯৬ কাওবদা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওইহনা পাল্লবা বীরচন্দ্র মাণিক্যনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা গঙ্গা লেঙবদা মপাবুংগী থৌগল্লোয় ওইবা মচাইবুংঙো তুলজিংকী মচানুপী ভানুমতীবু লুহোংহনা লৌখি। হায়রিবা তুলজিংকী থাম্নালা মণিপুরদা লৈতরে; বাংলাদেশকী শ্রীহট্টদ অমস্তুং প্রাচীন আগরতলাদা লৈখরে, লৈরি। ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাধাকিশোর মাণিক্য (খৃঃ ১৮৯৬ ১৯০৯) নচু মারজিৎ নিংথৌগী মচানুপী রত্নমঞ্জরীবু লুহোংহনা ত্রিপুরাগী মহারাণী হাল্লমই। মৈতৈ রাজকৈন্যা অসি খৃঃ ১৯৩১ দা মপাগী চহী ৭৫ শুবদা নোংপাখি। চহী মশীংগী মামনা তোপ ৭৫ কাপ্পুনা ত্রিপুরা সরকারনা মহারাণীবু সন্মান পীহনা সংস্কার তৌখি।

ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈ অমাত্যদি লাক্কে্ৎবগী হরুকখিনখি হায়বা যাই। খুল অমাম্বা মচোই মচোই থাম্না থাম্না তাই।

আসামগী কিবংমগা খেন্নৈ। ত্রিপুরাদদি মৈতৈনা থাইবোক অমা বিষ্ণুপ্রিয়ানা অমা থাইবোক ভাই। মৈতৈ খুল অয়াম্বা রাজাসিংগী অরাংথংবা শরুক্তা লৈ। আগরতলা প্রোপরদা রাধানাগর অমসুং ওভয়নগর কৌবা খুল অনী লৈ। মমিং চংলবা রাধামাধব মন্দির রাধানাগরদা লৈ। বামুটিয়ানা থাইনগী চাউবা অমদি শরুাইবা মৈতৈ খুলংনি। মথংদা বিশালগড়সু কয়া চাওই। ধোনবিলাস হায়বা মৈতৈ খুল বাংলাদেশ বোর্ডরদা লৈ। "মণিপুরী সংস্কৃতি সংস্থা" কৌবা সংস্থান অমনা রাজ্যসিদা লৈবা মণিপুরীশিংগী অরাবা থায়োকুব্রি। মণিপুরী মণীং লিশিং ৫০ হেন্নে। অহানবা শরুাইবা মৈতৈমচা অসি সনসম কামিনিকুমারনি হায়বা ভাই। ১৯১০ ইংদগী এস, ডি, ও, মথংদা এস, পি; কোন্থংদা ১৯৩০ টংদগী ১৯৪৬ ইং কাওবদা কেবিনেট মিনিস্টর ওইরমই। হৌজিক "মরুপ" কৌবা মণিপুরী চেফোংগী ইডিটর ওইরিবা রাজকুমার কমলজিৎসু এম, এল, এ, কারমই। বিরসিংহ কৌবা কলাধর কেন্দ্রদগী কাবা মৈতৈমচা অমসু কেবিনেট মিনিষ্টর ওইরমই। ডিপুটি স্পিকর ওইহ্রে, স্পিকর ওইহ্রে; মিনিষ্টর ওক থেট ওইহ্রে; আই. এ, এস, অনী লৈরে, জর্জ অমী লৈরে, জেলর ওইহ্রে, এস, পি, অনীরক ওইহ্রে।

# মণিপুরগা আসামগা লৈনরম্বা মরী ঃ-

অরাংলোমদনা আসামগী মমুঙ ছুনশিনবা ব্রহ্মপুত্র অমসুং ইরাবতী তুরেল অনীগী ঈতিনফম পাংকাই চীংলম্বীগী পংথৈ ফাওবা মণিপুরগী লম ওইরমই। রাকম অসি বৃটিশ সরকারগী খৃঃ ১৮৩০ গী ফেব্রুয়ারী তাং ১১ গী চেরোল নং ৯০ না তাকই। খৃঃ ১৭৬৯ দা রেকখিবা রিনেলগী মেপ "ডোমিনিয়ন ওফ মেকলে' (মণিপুরগী লম) হায়বা ঙমথে মেপ অতুনা তাক্লিবনা বঙ্গোপ সাগরগা হেক থংনবা লৈবা চিটাগোংদগী আসামগী সদিয়া ফাওবা মণিপুরগী লম ওইরে। ১৯ শুবা শতাব্দীদা মণিপুরমা বৃটিশকা মরী লৈনবা হৌরকপদা পীরম্বা বৃটিশকী রেকোর্দশিংদসু মণিপুরগী পাকচাওবা অসি উংলি। মতম অসিদা কোহিমাসু মণিপুরনা লৌশিল্লম্বগী শাক্ষী হৌজিক নাগালেন্দ মিউজিয়মদা লৈরিবা গম্ভীরসিংহগী সনা খোঙ্গুল হকপা মুং অসিনি মহারাজনা খৃঃ ১৮৩২ দা খিপুমৈ খুল ঙম্বগী নিংশিংনবা যুংলম্বনি। মুং অসিদা বেঙ্গলী মযেক্কা অসুম্না ইরি, মতুদি -

"শ্রীল্ল গোবিন্দম হায়াজক্রিমনা ঈশ্বৈমদিংঙ চিঙলেন নোংত্রেলখোনবা মহারাজা শকাব্দ ১৭৫৪ মাঘ ১"

মসিদগী খঙলে মতুদি কবো তম্পাক পুন্নমক, কাছাড়গী লম অমাম্বা লুসাইগী অরাংলোমলোকথ বা শরুক থনশ্রী অমসুং দোয়েং তুরেলগী তম্পাক্কা লৈরিবা ঊমংগী পরিং অসি ফাওবা খৃঃ ১৮৩৫ ফাওবদা মণিপুরগী সীমানা ওইরম্মী।

মণিপুরগা আসামগা মরী লৈনবা হৌখিবদি মৈদিংঙু কবোম্বা (খৃঃ ১৫২৪-১৫৪২)গী মতমদগী হায়বা তাই। খৃঃ ১৫৩৬ তা আহোম নিংথৌ চাওক্লা চুহুংমুংনা কবোম্বগী মচাইবেম্বা অমা থাজখি। মতমসিদগী লৈবাক অনীগী মরক্তা চংথোক-চংশিন খু-দোংচানবা লম্বী শেম্বা হৌখি। মৈতৈ নিংথৌ চলাম্বনা (খৃঃ ১৫৪৫-১৫৬২) কামরূপ নিংথৌগী মচানুপী অমা লুহোংহনা পৌ-খি। কাছার মাংকৈদা খুন্দাখিবা মৈতৈ অয়াম্বদি (কায়া য়ৌখিবা য়াওরবসু) অরা লাঞ্জেনবদগী অহুম কৈদখিবনি হায়না পৌবা য়াই। অহুগা শিবসাগর অমসুং নাওগাও জিলা অনীদা লৈ-রিবা মৈতৈ খুলশিং অসিদি কমদৌনা মফম অদু য়ৌখিবনো হায়বসি কৈননিংঙাই ওই। খৃঃ ১৭৯০ দা আহোম নিংথৌ গৌ-রিনাথ সিংহ (খৃঃ ১৭৮০-৯৫)না মোয়ামোরিয়া শাসহৌদা মৈতৈ নিংথৌদা লান পাংবীযু হায়জরকপদা থাখিবা মৈতৈ লাশ্মীশিং অহু তুংকোইনা মফম অহুদা খুন্দাখিবা কাঙবু অহুনি।

হৌজিক শিবসাগর টাউন্দা "আসাম ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট" ওফিস ওইরিবা মফম অসি মতম অমদা মণিপুর রোড হায়না খঙনরমই। মফমসিদা মৈতৈ আর্মী অমসুং মখোয়গী শুরোন-চারোন মথৈ লৈরমই হায়। মফম অসিদগী হাইচাংগা তিনি অলি (য়ুম ৪২ রোম) অমসুং বরকোলাদ (য়ুম ৭২ রোম) কৌবা খুল অনীদা হোংলকখি। মৈতৈনা আসামদা খুন্দাখিবসি মগলু-ঘাট, হাইচরা অমসুং বরকোলাদ মফম অহুমসিদা ভাখিবা অসিবা অহাঙবা ওইগনি ( আসামদা মীতৈ খুন্দাবা — আরাম ইবুংঙোহল খুমনচা )

মাওগাঁও জিলাগী মফমদা হোজাই সবডিভিজনদা লৈ-রিবা মৈতৈশিং অসি থরাক ওনখ্রকা লৈরম্বা মৈতৈশিং অহুনি হায়না ত্রিপুরাগী রাজকুমার কমলজিৎকী চেকোঙ (শরতকী ঊটেল, ১৯৮৮)দা পল্লি। হৌজিক হোজাই সবডিভিজন কৌ-রিবা অসি মতম অমদা মিকির চীংশাং কৌরমই। খৃ: ১৯২৭ তা হাইলাকান্দি সবডিভিজনগী জারিবোন হাওবম লৈকাইদা লৈবা খুরাইহুগী থবক তৌবা খোংবানভাবম গৌরচান্দ কৌবা মৈতৈ অমনা শিলোংদা লাকপগী খোঙচত্তা যমুনামুখ স্টেশনদা কুমথবা মতমদা মৈতৈ নুপী অনীথক যমুনামুখ কৈথেলদা পোং রোল্লুনা লৈরা থেংনকই। পুস্কর অমসুং রূপানন্দ কৌবা ম-খোয়গী মপুরোইবা অনীমক উররমই গৌরচন্দ্রগী থৌইমশিন্নগী মখোয় অনীমক মৈতৈ লাইশ্রম যুম্লাক লৌহম্বগা যমুনা অমসুং তোম্বা হায়না মমিংলুং মৈতৈগী মিংদা ওংঙ্গোরে।

চুড়াচান্দ মহারাজনা শিলোংদা লেংলকপা মতমদসু মখোয়না উরহুনা রাজন অসি মীংশিংবদা নিংথৌগী থৌজাল কংহুনা খৃ: ১৯২৭ কী মার্চ ২২ দা মখোয় হৌজিক হোজাই কৌরিবা মফমদা খুন্দানবা অয়াবা কংখি ★। অহুগী মতুংইন্না চহৌসিগী এপ্রিল ২৪ শগোলসেন মুমিত্তগী গৌরচান্দ, রাজকুমার সনাজাওবা, হিজম থম্বৌ, সনাম অবৌ, গুম্রাম কন্নাই, অয়াঙ্গম নরজিৎ, নবুনো, তোম্বা, হিজম মাধব, নোংথোম্বম থাজাও মখোয় পুরুগা

★ Approval letter No. 4/5379 dt. 24-8-17 passed on 26-2-30.

হৌজিক লৈরিবা খোংবাস্তাবম ইথোলদা কেম্প শাদুনা খুন্দাবা হোংনখি। রাজকুমার সনাজাওবগী মিং লৌদুনা মৈতৈখুল রাজবাড়ী হায়না খুলহুনী মমিং থোরে। মখোয়গী থারা রালা অমদি নোৌবা লাকপা মৈতৈ পুল্লগা হৌজিক হোজাইদা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী শরুম অসি লাকখি। মতুম অহুদা সরকারনা অয়াবা পীখিবা ইমুং ৩৫গী মনুংদা ২৯ মা মৈতৈ ইমুং অমত্মং ৬না পাটনি (ইউ, পীনী কুমাউনী এরিয়াগী মী) সুবমা তম্পাক্নী পুরা হোংলকপা ডাকনি। গৌহাটি রাজবাড়ী হায়না খন্তনবা সহরসিগী ময়োলদা লৈরিবা মৈতৈশিং অসিদি চুড়াচান্দ মহারাজনা শিলোং লেঙবদা রেষ্ট কেম্প [Rest Camp] ওইনবা থম্লম্বা ডাকনি।

আসামগী তোঙাল তোঙালবা জিলাশিংদা লৈবা মীতৈ মশিং [১৯৭১] ঃ-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১] | কাছাড় | — | ৭২,২৯০ |
| ২] | নাওগাঁও | — | ৮.৩৭৯ |
| ৩] | মিকর হিলস | — | ১.৫৩১ |
| ৪] | লক্ষীমপুর | — | ১.৪৭৬ |
| ৫] | কামরুপ | — | ১,৪৩২ |
| ৬] | শিবসাগর | — | ১.২২৭ |
| ৭] | এন, সি হিলস | — | ৩৭১ |
| ৮] | দরং | — | ৩৩৮ |
| ৯] | গোৱলপাড়া | — | ১২৩ |

অপুনবা মৈতৈ মশিং ৮৭,২৭৯

[ নিপা মশীং ৪৪,৬১৬ নুপী মশীং ৪২,৬২৩ ]

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাও শামু ফাবা অমস্তুং মযাম্নুং গৌরশ্যামগী মচাইবেম্মা কুরঙ্গনয়নীবু তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরদা লুহোংখিবা অহুনা আসাম অমস্তুং মণিপুর লৈবাক অনীগী হায়দগী লৈনরকপা মরী অহুদা ঈনোং হাপচিনখি। তেখাও শামু লমশা জয় তৌরুবদগী ভাগ্যচন্দ্রবু জয়সিংহ হায়না মিঙ্গৌরগা সম্মান উংখি। মতম অদুদা আহোমদগী কোনুং গড়গাঁওদা ওইরমই। স্বর্গদেবনা ভাগ্যচন্দ্রবু ওকখিবা মফম অদু রংপুরদনি। কুরঙ্গনয়নীবু লুহোংখিবা মফম্মা শোনাইনাইদনি। মহাক্না মীনাই কুঙ্গানাই ওইনা মৈতৈ কয়ামুক উনখি। তাঙ্কক অনী থোক্লা কাওবু অনী থাখি। অহানবা কাংবু অদু হৌজিক হমুরা [য়ুম মশীং ৬০ রোম] অমস্তুং সিম্মলগুরী [য়ুম মশীং ১৩০] কৌবা খুল অনীসিদা লৈরিবা মৈতৈশিং অসিনি। অনীশুবা কাংবু অদুনা হৌজিক মেশাঘোরদা লৈরিবা মখোয় অসিনি। মখোয়দি আসামী ওন্দুনা আসামী খুন্নায়দা তিনখরে। অহানদা মীওই অমনীনা আসামগীকুকন য়ুম্নাক লৌহুনা মমিং কাওবা খোংজীয়া অমস্তুং দীহিঙীয়া হায়না ওংঙ্খোকপদগী অতৈবু মথং মথং হোংদোরকখি। অউন্নাই মৈতৈশিং অদুবু অহানদা জোরহাটতগী পংলাপ লাপুনা লৈবা মাজী খুলদা "মগলু ঘাট" হায়বা মফমদা লৈহল্লম্মী। কুরঙ্গনয়নীগী শীংশিং খুদম ওইনবা "মগলু জিয়েকর পুখুরী" [মৈতৈ নিংথৌ মচানুপীগী পুখ্রী] হায়না খঙনবা পুখ্রী অমা গৌরীসাগরদগী মাইল ৩ থাপ্পা মফমদা তৌহল্লমই।

কুরঙ্গনয়নীনা মোয়ামোরিয়াশিংগী মথুঙগী আসাম কনখিবগী বারী অমা আসামী ইতিহাসকার বেনুধর শর্মানা অস্তুম্মা পল্লি — স্বর্গদেব রাজেশ্বর খৃঃ ১৭৬৯ দা খুপত্রবদা

মনাওনুপা লক্ষ্মীসিংহম্মা ময়াঙ্গুংগী মহুৎ শিন্দুনা তেখাও নিংথৌ ওইখি। খৃ; ১৭৭০ দা মোয়ামোরিয়াশিংনা লান্দারক্লুনা মহাক-পু মাযখিবা পীতুনা কুরঙ্গনয়নীবু ফাতুনা পুখি অমসুং মোয়া-মোরিয়াগী লুচিংবা রাঘো বোরবোরা-গী মশাইকোন্দা থমজিল্লম্মী। র'ঘো বোরবোরাবু হাংনবা কুবঙ্গনয়নীগা অহোম রামকৃষ্ণাগ্রেগা রা তান্নরমই। আসামগী বিষ্ণু নুমিত্তা আহোম কাঙবুনা ওচোরী [Huchoi।] শক্লুনা রাঘো বোরবোরাগী শঙ্গাইদা লাক্লমই। মখোয়বু উংদা রাঘো বোরবোরানা শাউবনা থাঙশাং পায়তুনা থারক্লমই। বিষ্ণু নুমিত্তা থাঙ পাযবা হৌনদে হায়না কুরঙ্গনয়-নীনা থাঙ অহ মুল্লমই। মুংঙাইনা কুম্মৈ অহ য়েংলিঙৈদা কুরঙ্গনয়নীনা রাঘো বোববোরাবু থাঙনা মকক মকক কক্লম্মী। অসুয়া মৈতৈ রাজকুমারীসিনা তেখাও লৈবাক কনখি। রাজকু-মারী অসিবু ভুব নশ্বরী হায়বা নিংথোল পীতুনা লুনা চান্নী ইকাই খুম্নরমই।

মৈতৈনা আসামবু তেখাও কৌবগী মরমদি শিবসাগরদা চেনবা তুরেল দিখৌদগী তখেল লাকখিবনি হায়। দিখৌ তু-রেলগী মনাক্তা তাবশিংখক্তবু তেখাও কৌবদগী কোস্কুংদা আসাম পুম্নবু তেখাও কৌখি। আসামগী সীমানা মনুংদা লৈরিব মৈতৈ অয়াম্বা চংঈ তংরেৎ খুত্তাক। মনুংদা লাবচেনবদগী হল্লকখিবনি। অচৌ-পীশক মৈতৈ খুঙ্গং মশীং ৪০/৫০ ওই। শক্তাইবা খুঙ্গং-শিংগী মনুংদা বোনতেরাপুর, বাইলাকান্দি, লক্ষীমপুর, বাশকান্দি, হোজাই, লঙ্কা মণিপুর বস্তি [গৌহাটী শীস্থিবণ হিস্তিবন

সোম্নাই অসিনচিংবা পনবা য়াই। হোজিনগরদা শ্রীগোবিন্দগী খুকম য়াহুম্না লাংমরি। বদরপুরদা মকম অহ্ কাওবা মণিপুরগী লম ওইরবগী নীংশিং মুং খিন্দুনা লৈ। য়াজ্য অসিদ। লৈবা মৈতৈনা য়ুম্মোনবা খুন্নোনবা বঙ্গালী অমদি আসামীশিংগী সমাজদা মশা মশাগী জাতিগী মান-মর্য্যাদা, সংস্কৃতি লোনগী ইজ্জৎ ডাক্লি।

# বাংলাদেশতা লৈবা মণিপুরীশিংঃ-

মণিপুরগী লাইক লাইন অসি ভোংজৈ মরিলদা ওইনা থিজৈদা ঢাকা-না মণিপুরগী গেট-বে ওইরমই। এখোয়গী অহা ওইরবা শক্লাইবা অয়াম্বা ঢাকাদা লাইরিক তম্নকপা ডাকনি শিলেট (শ্রীহট্ট) দন্থু এখোয়গী চাক্তাকম ওইনরমই। শিলে এরিয়াদা লৈরিবা মৈতৈ খুল ৪নি, মহুদি শিবগুঞ্জ, খাইদে খুল, অকা দক্ষিন অমন্থুং য়াজবাড়ী। বাংলাদেশতা মৈতৈ খু ৪৩ হোম লৈ। কাইদোয় খুঙ্গং মচাশিং য়াওরগনা খুঙ্গং ৫ লোম ওই। মীশিং লিশিং ৩০ হোম্নি। মৈতৈ অয়াম্বা গৌরিয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলি। সনামহী লাইনীং চৎপা য়ামদে। খুঙ্গ অয়াম্বা চোংবা চোইনা ডাই। হিন্দুগী পর্ব্বদিন — কাং চিংব য়াওশঙ মৈথাবা চৎথরি। শিলেট প্রোপরদা মৈতৈগী কাং চিংক লম্পাক অমা লৈ। চহী অরেং খুত্তাকপা মনুংদা গম্ভীরসিং

মহারাজনা লমন্মসিদা কাং চিংবা হৌদোকপীরমই। মতমত্তুদা মণিপুরদা কাং চিংবা হৌদ্রি। বানুঘ'টতা নোংমকাদোক চোংবা নত্তনা থাবল চোংনদে। উমংলাই খুফম অনী লৈ। মাইবী লৈতবদগী লাইহরাউবা তৌদ্রে ।

চহী ৫ য়োমগী মমাঙদা তখেলদগী মাইবী লাক্লনা শিব-গঙ্গদা অমুক্তং হরাউখি। সনামহী লৈমরেল য়ুমলাই ইরাংলি। খরা মৈতৈরোল ঙ'ঙনরুদ্রবনি। নহারোলগী ঈহৌদগী মমা-লোন ঙাঙবা-ইবা পাম্নরক্কে। ইমুং মনুং অমদি মণিপুরীশিং উরবদা মৈতৈলোনতমক ঙাংনৈ। ত্রিপুরাদদি ইমুং মনুংদা ফাওবা বাংলা ঙাংনরে। নুপী কনাস্থ সাড়ী শেংনদ্রে। ফনেক শেংনরে। মমল য়াম্না ফজবা ফনেক ফংদবদগী মণিপুরদগী লৈ-রগা শেংলি। খুঙ্গংদা খরা খরা লৌউবা তোক্লরে। সরক'রগী থবক তৌবা মীশিংস্থ য়ামদে। অচৌবা ইনাকখুনবা লৈতে। সহরদা লৈবনা মরু ওইবা সনা শাই। নুপীনা য়োথম থাম্বনা ফি শাই। খুঙ্গংদা লাইরিক তম্ফম লৈতবদগী, সহরদা চংলবস্থ লৈফম লৈতবদগী মহৈ হৈবা মী মশীং য়াম্না রাংলি। অহুবু মেজিস্ট্রেট ওইবা ৫, ডাক্তর ৪, বি এ ১০ য়োমদি লৈরে। মতমগী খোংজেলদা নুপীশিংস্থ লাইরিক কন্না তমখংনরে।

বানুঘাটতা মণিপুরী মুসলিম লিশিং ১০ য়োম লৈ। মৈতৈগা চান-চিননা লৈরবস্থ কাছাড়গী মুসলিমগুম্না মণিপুরী লোন অমস্থং সংস্কৃতিগী খোরমদা অতুক থরার য়াওবদি ওইদে। বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগা খংনরবদি মখোয়না মৈতৈগী মীচং চংই। বাং-লাদেশতা লৈবা বিষ্ণুপ্রিয়া মীশিং লিশিং ১৫ য়োম ওই। চহী

২০গী মমাঙদদি মথোয়গা মৈতৈগা লুন-চান্না তৌনরম্মী। হৌজিক্তি মৈতৈগা য়েক্কুবা ওইরে শিলেট রেডিওদা চয়োলদা মণিপুরী থৌরম অমখক্তা লৈবদা হান্না অমদা মণিপুরী থং-বা হাপ্তাদা বিষ্ণুপ্রিয়া লোন্না ওন্ন ওন্ন শন্দোকই। বঙ্গালী মুসলিমশিংগা খুম-চৈনবদি থোক্কে। অদুবু মাইনোরিটি ওইবগী তুশোন্নবদি অদুম লৈ। মৈতৈ নুপী ১/২ অতোপ্পা জাতিদা য়ুমপানবা মতুনা অতৈ থোক্কে।

ঢাকাদ মণিপুরী রাজবাড়ী মতুম অমদা লৈরমই। চহী তরেৎ খুত্তাক্লিনদা বাংলাদেশতা ইহান হান্না খুন্দাখিবনি হায়রবা মোইরাংথেম গোবিন্দ কৌবা মৈতৈ অমগী মো ফম হৌজিক লৈরি। গম্ভীরসিংহ মহারাজনা শারন্না ফুরা অদুম তেঙকাইদনা লৈরিদি হায়রবু বঙ্গালী অমগী ইয়োলমুংগী পোৎ ওইগ্রে। মারজিৎকী খুঙম অমসু লৈরমই হায়। হৌজিক্তি মাংগ্রে। নরসিংহ মহারাজসু লানচেনবদা বাংলাদেশতা লৈরমই। মতুদগী মফম অদুবু নরসিংহ টীলা (ঠীলা) হায়না খঙনখি হায়। নরসিংহ মুর্তিসু শ্রীহট্টগী নরসিংহ টীলা আখরাদা থম্নমই। সেবারী মৈতৈমচা কয়ামুকসু লৈরমই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবার য়াওক্কুবদগী হল্লকপদা লক্ষীমপুরদা লৈবা রামানন্দী লম্বোইবা অমনা পুরগা নরসিংহ মুর্তি মণিপুর য়োরকখি। বাংলাদেশতা মৈতৈনা খুন্দা লৈতাখিবগী মতাংদা সনসম কামিনিকুম র সিংহনা তাকপীরকপদি— অরা লাঙ্গেনবদা মারজিৎ মহারাজগা কামিনীকুমারগী মবুধৌ পুরেন সনসম মুকুন্দ সিংহ অমসুং অতৈ মৈতৈ কাঙলুপ অমা লুমদনু ঌি য়োরকখি। খরনা কছাড়দা

লৈহৌই, থরনা ত্রিপুরাদা। মহাক্না মবুধো হেমবর্ন লাঙ্গেল-লকপদা লমথাংদা পোকপনি। ত্রিপুরাদা লৈরিবৈদা মপাবুং সনসম নবকুমার পোকই।

মমা ইবেম্মা চন্দ্রকলাদি মণিপুরগী অরাম্বম নিত্যাই-নন্দগী আগবা লিঙ্গাংশিরম্বা অরাম্বম থংগোংচা কুমুদ অমম্বুং ত মুখুজগোযনা মিংভোলনি। মপাবুংগা পাকমিলবা নুপী অহুম্না তথেল নিংথৌদা ওংখি। অদুগা নিরুপমা অমসুং কম্বতি কৌবা নুপী অনীনা তখেল নিংথৌগী মচাইবুংভো নব দ্বীপকিশোর দেব বর্মনদা ওংই। ফাওরবা ম্যাজিক ডিরেক্টর কুমার শচীন দেব বর্মন হায়বা অমা নিরুপমা হায়রিবা মৈতৈ শিংভোলসিনা পোকপনি। তখেল নিংথৌমচা নবদ্বীপকিশোরগা মথুরা বীরচন্দ্রগা লিঙ্গাই ভৌনবদগী নবদ্বীপকিশোর ত্রিপুরা থাদোক্লুনা বাংলাদেশকী মনুংচনবা কুমিল্লা রাজবাড়ীদা যুম হোংডুনা লৈরমই। মচা অদুদা কামিনীকুমার ইং শাক ১৮৮৩ দা কুমিল্লাদা পোকই মহাক ১৯১০ ইংদা বি-এসসি পাস তৌরগা এস ডি. ও. অমদি এস পি, ওইরমই। ১৯৩০ দগী ১৯৫৬ ইং ফাওবদা এগ্রিকলচর, ফোরেষ্ট, মেডিকেল, রিভিনিউ মন্ত্রী মথং মথং ওইরমই। মহাক্না ভনথংদা ত্রিপুরাগী বিধান সভাদা এম, এল, এ, ওইরম্বা। হৌজিক্লা "মরুপ" কৌবা মণিপুরী চেফোংগী ইডিটর ওইরিবা রাজকুমার কমলজিৎকী মমিং পনবা য়াই।

বাংলাদেশ অমসুং ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈ রাজকুমার-শিং অসি ভাগ্যচন্দ্র-গী মচাইবুংভো তুলজিৎকী ধার-নাপা ওইবা ত'ই। মহাক অসি মপাবুং মহারাজনা গঙ্গা লেঙবা খোগপা

তৌবদগী মণিপুরদা হল্লকখিদ্রে। মহাকী থাবানালা পুম্নমক শ্রীহট্ট অমসুং প্রাচীন আগরতলাদা লৈখরে। মৈতৈনা অহান-বদা খুন্দারম্বসি বাংলাদেশকী ভানুগাছ, বিশগাঁও, শ্রীমঙ্গল, লেংলা, ধামাই, বোরোইটোলি, রতনপুরদনি। মতুংদা শিলেট অমসুং ঢাকাদা খুন্দা লৈতাখি। দেবেন্দ্র মহারাজসু ঢাকাদা মতম খরা লৈরমই। মফম অহুবু মনিপুরী পাড়া হায়না হৌ-জিক ফাওবদা খঙনরি। বিষয়সিগী মচাক থিজিনবা চৎপদা ঐহাক্না (অইবা) ছনগাঁওদগী হামোম অজিৎ সিংহ কৌবা মৈ-তৈমচা নহা অমা থেংনরকই মপাগী মমিং গৌরসিংহ কৌই। মৈতৈ পুংথৈবা ওজানি। মৈতৈ অমা ওইনা মহাক চাওথোক-চৈ. নাপল তৌজে। মণিপুরী মশেল ভাঙনবা নত্তনা বাজার য়ৌবা ঙমদবা থাক্তা লৈরি হায়না মুংঙাইতবা কোঙদোক্লকই। ভারত ভুমিগী রাংমদা মশানা মশাগী মনুংলিংনবা হোংনহনা হিংবা, বাংলাদেশ সরকারদগীসু মোরেল অধিকার [ Moral right ] ফংদ্রবা মীওইনি হায়না লৌজে মখোয়গী থাক অসি উরগা মোংচুপ্লোমগী পণ্ডিতশিংনা ভারতনা নীংতম্লিদ্রিঙৈগী মতমদা হায়রম্বা "ভারতবর্ষগী ইতিহাস" পানীংবা মীদি মশানা ইজরগা পাবা ভাই হায়বা অহ নীংশিংলকই।

হৌজিক মণিপুরী কাঙলুপ্না লৈরিবা শিলেট, মৌলবী বাজার, হবিগঞ্জ অমসুং সুনামগঞ্জ জিলা মরি অসিদনি ঢাকা, ময়মনসিংহ, বিশগাঁও পরগনা লৈরম্বা খুঙ্গং অয়াম্বা হোংদোকখ্রে, লৈখিদ্রে। লৈরিঙৈদসু মখোয় য়াম্না রানা থাংলমী।

বংলাদেশতা মণিপুরীশিংবু উপজাতিনি হায়রগনা থম্লবা হোংনরম্বদো মণিপুরী সংস্থা কয়াম্বা মায়োক্লগনা শাকথরে। ১৯৭১ ইংগী বংলাদেশ নীংতম লান মতুংদগী Manipuri Samity, Manipuri Mohila Samity, Sahitya Sansad, Naharol Sahitya Kanglup, Chhatra Samiti, Manipuri Juba Samity (1974) সংস্থা কয়াসিনা লমদমসিদা লৈবা মণিপুরীশিংগী য়াইফ থৌ পুরি।

## মণিপুর অমসুং মিজোরাম ঃ-

মোংচুপ হায়মদা লুশৈ মক্রগা লুসাই [মিজোরাম] শু মতম অদুদা মণিপুরনা জয় তৌরমই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মনুং মতমদা সোৱাইজম বলরাম মেজর অমসুং থঙ্গাল জেনেরেল অনীনা খৃঃ ১৮৭২দা সিকাই ২০০০ বেগারি ৪০০০ পুগনা লুসাই-দা লান্দাগনা লুসাই খুঙ্গং ১১২ লৌশিল্লমই। লুসাইগী টিপু হায়বা খুমগোং মফম অদুদা খুংলবগা লুসাইগী পোইবোই নিংথৌ, লম্বুর নিংথৌ অমসুং লৈরিক নিংথৌ অছম্বক মফম অদুদা লাকুনা মৈতৈগী লানচিংবা মেজর অনীদা শামুময়া অনী কংলমই অমসুং লুশৈনা মৈতৈ মখোয়বু কিরে হায়রগনা খুরুমজখি। মৈতৈগী মেজর অনীনা লুসাইশিংগী অপুনবা মীতিন্দা হায়রমই—"নুমিৎ থা অনীনা মাংত্রিবমথৈ, নুঙনা শম হৌত্রিবমথৈ, তুয়াইগী

কশিংনা হক্কংবা চেনথংত্রিমখৈ লুসাই মখোয়না মৈতৈ ঐখোয়গী লোই— মোইরাং, কুমবি, খোংজাই, কবুই কনাগুম্বা অমবু করিগুম্বা হাংপা খোক্লবদি ছুই মতু কেনবগুম কেল্লো, য়োং খেকপগুম খেকও, পাম্বাও শিংমাও তাগনো, কৌ চরোং কেনবগুম কেল্লো, মপা-মমা পুন্নমক উংকুম্না তুমও।" লুসাই মখেকশু তৌজরোই, করিগুম্বা তৌবা খোক্লবদি ইবুধৌ লুসাই শাইরুমগী থাবামখৈ ভুম্না ম্যাংলগে হায়না নাকল অমীমক্তা রাকম অসিগী সাক্ষী ওইনবা লুসাইশিংগী থাজনবা তুয়াই তুরেলগী মনুংথোং মথক্তা সম্না লুপা য়াওনা ছুইরিন থংলে। ছুইয়াং খাইরে, য়োং থেক্লে। খৌরম অহুদা মৈতৈ অমসুং লুসাইগী মাইবা অনী য়াওখি। মৈতৈগী মাইবা কাইরেনগী নিংথৌ হ্যাওশোংনা খৌরম অহুগী মকোক ওইখি অমসুং লুসাইগী মাইবা তুমুন-না হুইরিন মখে.পায়রুনা রাশকপা খৌরম অহু পাও-থোকখি।

মৈতৈনা লুসাই জয় তৌরকপী খুদম ওইনবা চিপুদা মুং অমদা হকুম্না "শ্রীকাংগমচা থঙ্গাল লাইকম লাকপা তুনি লাদ মেজম" হায়না হৌজিক ফাওবা ইনুনা লৈ র। (চৈথারোল কুম্বাবা)। ইফালদগী মোইরাং, মোইরাংদগী চীংগী অকা-অকুমদা মিজোরাম চংময়মই। মৈতৈ জিলীং কয়া অমা হৌ-জিক মিজোরামদা খুলাইনা লৈখি।

# মণিপুরগী ঈথিল নবদ্বীপ, বৃন্দাবন রাধাকুণ্ড অমসুং আন্দামান নিকোবর য়ৌখিরা

মণিপুরগী ঈথিল বাংলা লৈবাক য়ৌখিবদু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগীনি হায়রবা য়াই। হিন্দু ধর্ম্মগী প্রভাবদগী মণিপুরীশিংনা তীর্থ যাত্রা চৎনবদু মহারাজসিগী মতমদগী হৌখিবনি হায়রবা তাই। মহারাজনা গঙ্গাস্নানগীদমক লেঙবা মতমদা খ্বাইনা শিজ লাইরোইবী (লাইওংবী) হায়না খঙনবা মচাইবেম্মা বিম্বাবতী মঙ্গলীনা মচাক্না হারা সেবা চৎচবা ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি অনুপ্রভু পুহনা মপাবুং মহারাজগা লোয়নননা শ্রীধাম নবদ্বীপ য়ৌখি।

মতম অদুদা বেঙ্গোলগী মলুঙচনবা নদীয়াগী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা ওইরমই। নিংথৌ অসি শাক্ত উপাসক ওইরমই। চৈতন্য মহাপ্রভু (শ্রীগৌরাঙ্গ) বু লাইনি হায়বা য়াররমদে। নিংথৌবু কিবদগী শ্রীগৌরাঙ্গগী বিগ্রহ ফোঙনা সেবা চৎলমদে। লৈনুঙদা লৈরোল' চন্নগা লোয়না লোয়না লাংখররমই। ভাগ্যচন্দ্রনা নবদ্বীপতা ফোঙনা অনুপ্রভু লাংলমই অমসুং কৃষ্ণচন্দ্রবু শীংখররমই। কৃষ্ণচন্দ্রনা ভাগ্যচন্দ্রদা অনুপ্রভু সেবা মন্দির শামবা বিঘা ১৬ কী লম লেয়া কংখি। অদুদা নবদ্বীপতা "মণিপুর কুঞ্জ" লীংখৎখি। নবদ্বীপবাসী পুনমক্না মহারাজদা "রাজর্ষি" (রাজ + ঋষি) হায়বা মিংথোল পীখি। মহারাজনা ঈশিংগী লম্বীদা মুর্শিদাবাদ য়ৌখি। শ্রীপাট গাম্ভীলাপাট কৌবা মফমদা লাংলৈপাক ভামখি।

## মণিপুরগী ঈথিল নবদ্বীপ, বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ড অমসুং আন্দামান নিকোবর য়ৌথিবা

মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবদগী হিন্দুগী তীর্থস্থানশিংদা য়ৌদবা য়াদবা ওইরক্লে। মীয়াম্না চৎমরিবা অসি নবদ্বীপ, জগন্নাথ ক্ষেত্র অমসুং বৃন্দাবন অহুম অসিনি। অতোপ্পা খরা হেন্না সমর্থ লৈবশিংনা চৎনরিবা অসিনা গয়া, কাশী, মথুরা, গোবর্দ্ধন-চীং, রাধাকুণ্ড, দ্বারকা, প্রভাস, তিরুপতি অমদি রামেশ্বরম য়ৌই।

নবদ্বীপ গঙ্গা তুরেল অমসুং খড়িয়া তুরেল অনীগী মরক্তা লৈ। 'নদীয়া' হায়না খঙলৈ। গৌরাঙ্গ প্রভুনা মকমসিদা ভক্তি মথল মাপল শন্দোকখি হায়রুনা "নবদ্বীপ ধাম" হায়নসু কৌনৈ। বাংলা ষ্টেটকী মনুংদনি। খাইনা শিঙ্গ লাইরোইবী (লাইওংবী) হায়না খঙনবা ভাগ্যচন্দ্রগী মজাইবেম্মা বিম্বাবতি মঞ্জুরীনা মহাক্তা সেবা চৎচবা ত্রিভঙ্গ মুর্ত্তি অনুপ্রভু পুহনা মপাবুং মহারাজগা লোয়নন্না শ্রীধাম নবদ্বীপ য়ৌখি। প্রভুগী মন্দির শানবা মহা-রাজনা নোদিয়াগী নিংথৌ শাক্ত উপাসক কৃষ্ণচন্দ্রদগী লম বিঘা ১৬ ফংখি। মফমদা 'মণিপুর কুঞ্জ' লীংখত্তুনা মতম অহুদগী সেবা চৎথরক্লি। শিঙ্গ লাইরোইবীনা মতম খরা নবদ্বীপতা অনু-প্রভু সেবা তৌরম্মগা রাধাকুণ্ড লেঙশিন্দুনা মতম অহুদা তমাল মখোঙদা অহিং অমা য়ারেক্লম্মগা সংসার থাদোকখি। রাধাকুণ্ডগী নোংপোকথংবদা সোরোক-তা ফার্লং অনীরোম নুংঙৌনা সিড়ি চল্লিবা অহু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তৌহল্লম্বনি। চৌরজিৎ মহা-রাজগী রাজ-অভিষেক্তা রাধাকুণ্ডগী ময়াং কৃষ্ণদাসনা ঈশৈ হনখি; মণিপুরী গঙ্গা-কৌবা অমনা ঈশৈ শকখি। শ্যামকুণ্ড

অমসুং রাধাকুণ্ড কৌবা কুণ্ড অনীনা শাবা রাধাকুণ্ড হায়না খঙনবা পুখ্রী লৈ। পুখ্রী অদুগী অকোয়বদা লৈবা কুঠি ( য়ুম মচা ) শিংদা মৈতৈমচা বৈষ্ণব বৈষ্ণবী কয়া লৈরি। থঙ্গাল জেনেরেলনা রাধাকুণ্ডদা কৎলম্বা ফুরা হৌজিক ফাওবদা লৈরি। মফমসিদা চৌরজিৎ মহারাজনা কৎলম্বা পুরাণীকুণ্ড, নরসিংহনা কৎলম্বা যুবরাজ কুণ্ড. সুরচন্দ্র মহারাজনা কৎলম্বা যুবরাজ কুণ্ড, সনাতোম্বী ( বরসাহেব ওংবী ) অমসুং চুড়াচান্দ মহারাজনা শেমগৎলম্বা গোপালজী কুঞ্জ মপু পান্দবা মওংদা লৈরে। মী মঙানা শাবা পঞ্চ অমনা রাধাকুণ্ডগী থৌশিল পুই। পঞ্চগী মনুংদা খাঙবোক-তগী গোপালদাস কৌবা মৈতৈমচা অমসু য়াওরমহে। রাথাকুণ্ডগী চংফম লম্বীদা গোবর্দ্ধন গীরি লৈ। মানসী গঙ্গা-না গোবর্দ্ধন গীরিগী মরুওইবা লাইফম্নি। বৃন্দাবন-সু পংলাপ লাপত্রে। শ্রীমতি রাধকাবু 'বৃন্দা' কৌবদগী বৃন্দাবন হায়না খঙনখিবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পোকফম ( গোকুল ), শাৎফম অমসুং লীলা শান্নফম্নি। যমুনা তুরেলগী তোরবান্দা তাবা লম্নি। কাশী ( বেনারস ) না গঙ্গা তুরেলগী তোরবান্দা তাই। 'বিশ্বনাথ' (শিব-গী শায়োন) মন্দির য়াম্না মমিং চৎপা কাশীদা লৈবা লাইফম্নি। "ত্রিবেণী সঙ্গম" সু উত্তর প্রদেশকী মনুংদা এলাহাবাদতা লৈবা গঙ্গা, যমুনা অমসুং স্বরসতি তুরেল অহুমগী ঈতিনফম্নি। হিন্দু সম্প্রদাইগী মমিং চৎলবা 'কুম্ভ মেলা' মফমসিদা পাঙথোকই।

## মণিপুরগী ঈথিল নবদ্বীপ, বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ড অমসুং আন্দামান নিকোবর য়ৌখিবা

'গয়া' দি বিহারদা লৈবা ভগবান বুদ্ধগা মরী লৈনবা তীর্থস্থাননি। খা ভারত য়ৌ-রিবসিনা মরু ওইনা রামেশ্বরম অমসুং তিরুপতি থৃরুম্নবগীনি। ভগবান রামচন্দ্র-না রাবণ জয় তৌরবা শিব মীংবদগী পেল্লকনা শেতুবন্ধ-দা রামেশ্বর হায়না শায়োনখিবা তীর্থস্থাননি। তিরুপতি হায়বসিনা অন্ধ্র প্রদেশতা লৈ: পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ইনকম কাবা লাইফম্নি হায়বসিনা মফম অসি য়ৌরকপা তীর্থ যাত্রিকশিংগী মশীং তাকচৈ। লাইনীং লম্নীদা মরী লৈনবা নত্তনা মতম অমদা মৈরুবাক অসিদগী লোই থাখিবা [ জিলা খারিজ তৌবা ] কয়া আন্দামান নিকোবর ঈথৎ য়ৌখি। খুনপাক অমা থাখিবা ১৮৯১ ইংদনি। চহীসিগী নবেম্বর ৫ দা আন্দামান্দা থুংখি। কুলচন্দ্র মহারাজ, চোংথামিয়া অমসুং অঙোসনা সেনাপাত না লমজংখি। গুরু মাইস্নাম অমুবীগী মপাবুং লুরাং নিংথৌ শামু সিংহ (কর্নল মেজর)দি আন্দামান থাদোক্কুনা হল্লকপা বৃন্দাবন-দা লৈরমই। কুকি লান [ ১৯১৬-১৯১৯ ] থোক্কবা শীনবা মী-শক্তি হায়না নম্বোল কাংঙমোংদা লৈবা চিংঙাখম সনাজাওবা সিংহবুন্দু আন্দামান নিকোবর-দা জিলা খারিজ তৌখি। হুরান-চিন্থি তৌবদগী লাকঙম ফাঙমদবা মীশক ওইবদগী থৌ-বালদগী চবুংবম তোমাল সিংহসু জিলা খারিজ তৌখি। মহাকি খোংজ্রুম পান্থী অমা থাতুনা খোংজ্রুম অচৌবা অমা পানবা অহবু কংহন্দুনা মতুগী মতেং পীতুনা ঈরোইতুনা বঙ্গোপসাগর

লানথোক্কুনা হল্লকখি। অতৈ অয়াম্বদি হল্লকখিদে। মখোয়গী শুরোল চারোলগী খোঙ্গুল মফম অদুদা লৈরম্বা য়াম্নি। আন্দামান নিকোবরদা মৈতৈবা কাং ফাওবা চিংই হাওনা এক্স এম, পী, সলান তোম্বী-গী আর্টিকল অমদা ইরি।

---

# ময়াং কনানো?

মণিপুরদা লৈবা জাতি খুদিংমক্কী মী পুম্নমকপু হাও, মৈতৈ পাঙন অমসুং ময়াং মরিখক্কী মমিং শীংথানৈ। অদুগা রাজ্য অসিদা হৌজিক লৈরিবা বাঙ্গালী, বিহারী, পঞ্জাবী, মাদ্রাজী, অসিনচিংবা মপানগী রাজ্যশিংদগী লাকপা মী পুম্নমকপু ময়াং হায়রগা লোইনমক খঙনরে। অদুগা অমুক রাজ্য অসিদা লৈবা চাইনিজ, বর্মীজ ইংলিসমেন অসিনচিংববুদি ময়াং কৌদে। মসিদগী খঙবদি মপান্দগী লাকপা খুদিংমকপু ময়াং কৌদে হায়বসিনি। মরম অদুনা ময়াং কনানো? মসিগী অর্থ করিনো? হায়বা নৈনফম থোক্লে।

হীরম অসিদা লাইরেনময়ুম ইবুংহোহল সিংহ রিটায়ার্ড সেসন জর্জ্জনা মহাক্কী "The meaning of Mayang" কৌবা লাইরিক্তা মমুৎতানা নৈনবিরমই। চাউরাক্লা খ্বাইনা খন্নরি-বদি মণিপুরী নত্তবা মপানলোমদগী লাকপা মী পুম্নমকপু ময়াং

কৌই হায়বসিনি। হায়বদি মিরান ( Foreigners ) গী অর্থ ওইনা লৌনরি। রাফম অসি অচুম্বা রায় ওইদে মরমদি মপান্দগী লাকপা মথক্তা পল্লিবা মী খরবুদি ময়াং কৌদে। কনাগুম্বগী মত্তা মীয়াম্দগী ময়াং লাকখিবনি হায় হায়বদি নৌনা লাক্লগা রাজ্যসিগী আদিবাসীশিংদা (original inhabitants) য়ানশিল্লবশিংবু ময়াং কৌই অসিনি। মসিস্থু অচুম্বা ওইদে।

মিয়াদগী ময়াং লাকখিবনি হায়না থাজবা কাঙবু অমস্থু লৈ। মসিস্থু অচুম্বা নত্তে মরমদি মিয়া হায়বসি পাঙল খক্তবু খঙনবা রাইহেনি। অহুগী মথক্তা মণিপুরদা পাঙল লাকখিবদি লাইখিংথৌ খাগেম্বাগী মতমদনি, ১৭ শুবা শতাব্দীগী অঙনবদনি। মহুগী আ-মমাঙদা মৈদিংঙ কোয়াম্বগী মতম (খৃঃ১৩২৪-১৩৩৫) অমস্থুং মৈদিংঙ কিয়াম্বগী মতম (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) দা ময়াং হায়বা রাহৈ অসি শীজন্নপ্রবনি। মসিনা রাফম অসি লাল্লি হায়বা তাকচৈ। খরনা মীয়ামদগী ময়াং লাকপনি হায়। য়ামলিবসি নৌনা চঙলকপশিংলা নত্রগা হায়া লৈরম্বশিংলা? মসিনা রাফম অসিস্থু মশানা ককচরে। স্বর্গীয় ইবুংঙোহল সিংহনা ইতিহাসকী মতেং লৌহুনা রাফম অসিগী রায় শেংদোকপীরমই।

থায়না মমাঙতৈঙদগী হৌনা মণিপুরগা কাছাড়গা য়াম্না নকুবা মরী লৈনররকই। মণিপুরগী নিংথৌ নত্রগা নিংথৌ মচাশিংগী লাজেনকম, লোৎকম, লান হৌকম কাছাড় ওইহুনা লাক্লি। মৈদিংঙ খাগেম্বগী মনাও ইখুংঙো শানোংবা কাছাড়দা চেন্দুনা মবাই কাছাড়ী নিংথৌদা চঙজহুনা লোংলমই অমস্থুং মকম

অহুদগী মৈত্রবাক্তা লান হৌখি। নরসিংহ মহারাজবু হাংনবা শিল্ল,বদা মায়থিরহুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমা ইবেম্মা কুমু-দিনীস্ন কাছাড়দা চেন্দুনা লোংলম্মী। মমাঙৈদা কাছাড় মনীংতম্না লৈবাক ওইরম্মী। অহুগা শিলচরবুনা জিলা হায়না খঙনরমই। মতম অহুদা কাছাড় লৈবাক্কী কোম্নুং ময়াংঙো নত্রগা ময়াং ( হৌজিক্কী মায়বুং রেল ষ্টেশন ) কোবা মফমদা ওহরমই। চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা মায়বং তম্পাক্তা লৈবা য়াম্না পাকচাউবা লমনি। লমদম অহুগী মমিং লৌহুনা কাছাড় লৈবাকপু মৈতৈনা ময়াং লৈবাক অমস্নুং লমহুগী অমৈবা মীশিং-বুনা ময়াং হায়না খঙনরম্মী। মৈতৈ নিংথৌ মধুচন্দ্রগী মচানুপী ইন্দুপ্রভা কাছাড়গী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রদা লুহোংখিবা মতুংদা মৈ-তৈনা কৃষ্ণচন্দ্রবু ময়াং নিংথৌ অমস্নুং ইন্দুপ্রভাবু ময়াং লৈমা হায়রগা খঙনরম্মী।।

খৃঃ ১৫৩৬ তা ত্রিপুরাগী নিংথৌ নর নরায়ননা কাছাড় লৈবাক জয় তৌহুনা কাছাড় পুম্না ত্রিপুরাগী লৈবাক ওইরমই। খৃঃ ১৭৪৫ দা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ভীম সিংহগী অমত্তা পোকপী মচানুপী কঞ্চনীবু কাছাড়গী নিংথৌ লক্ষীমচন্দ্রদা লুহোংলবা তুংদা কাছাড় লৈবাক হন্দোক্তুনা তোঙান্না লৈখিবনি। অহুবু ত্রিপুরীশিংগী শাসন মতম অহু কাছাড়ীশিংনা কাউবা লৈতে। কাছাড়গী নিংথৌমচা মশেল সিংহাসন মুন্নবগী মতাংদা লৈবাক্তা শান্তি লৈরক্তবা অমদি লৈবা নুংঙাইরক্তবদগী কাছাড়ী অয়াম্বা ত্রিপুরায়োংদা চেনখি অমস্নুং খুন্দাখি।

কাছাড়বাসী অয়াম্বা ত্রিপুরাদা হাইজিনখিবদগী খাথংবা কাছাড় লৈবাক জঙ্গল ওইরম্লে। কেম্বথদা বাঙ্গালীশিংনা খুদোংচাবা লৌরম্বা জঙ্গল কঙথকুনা খুন্দাখি। শিলেট (শ্রীহট্ট) ভুংগী লাকপা ওঁাকনি। মসিদগী মতুংদা কাছাড়গা লৈনরম্বা মখোয় বাংলাদেশ ফাওবা শাংদোকখি।

কাছাড়দা বাঙ্গালীশিংনা মপুম ফানা খুন্দাখ্রবা মতুং ফাওবদা হায়রগী ময়াং লৈবাক হায়বগা কাছাড়বু খঙনরম্বা অমসুং কাছাড়বাসী পুম্নমকপু ময়াং হায়না কৌবা অহৌদি হৌকখিরে। অঙনবা মতমদা কাছাড় ফাওনবা বংগাল লৈবাকুগী লাক-খিবা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংবুসু মতম অমদা ময়াং হায়না লমদম থোঁদা খঙনরম্মই। মখোয়না মতৌ খুদংমদা তিনখিবা তুংদা মিঙৌ অসি হৌকখিবনি। অতুম্বা নেংচুপ হায়রমদগী লাক-খিবা বামোন অমসুং মুসলমান পুম্নমকপুসু ময়াং কৌনখিরে। লমদমশিংগী খুন্নাই অমা ওইনা লৌনখ্রে। মরম অসিদগী অঁরি-বাগী মীংয়েংদা মতৌ পাঙল অমসুং ময়াং পাঙল অতুম্বা খঙনরি। উল্লিখৈ মতমদা বাঙ্গালী পুম্নমকপু ময়াং কৌনবদগী মতুংদা লাকপা বাঙ্গালী শক মানবা ভারতনচা (আর্য্য, অনার্য্য, দ্রাবীড়) বিহারী, পঞ্জাবী, মরবারী, মাদ্রাজী, গুজরাটী, উরিয়া, দেশবালী পুম্নমকপু ময়াং হায়বগা অমুক লৌনখি অমসুং খঙ-নরি। ভারত ভুমিগী মায়মদগী লাকখিবা চাইনিজ, বর্মীজ, ইংলিসমেন, নেপালী অসিনচিবা কনা হৌজিক ময়াং কৌদে।

---

*The name Maiyang which simply implies a western man is frequently applied to the Muhammadan immigrants but it appears evident that there are two castes of

খরনা মুত্তি লোয়নরকই, খরা অমনা মশাদ লাকখি। তে'ঙাল তোঙালবা ভগাদগী লাকপনি। মরু ওইনা তখেল, উরিষা, শিলেট, কলিকতা, প্রয়াগ, মথুরা, বৃন্দাবন, গুজরাট অসিন-চিংবদগী লাকখি। গুজরাট-তগী লাকখিবা শ্রীময়ুম গৌরদেশ-তগী লাকখিবা কৈল্যাণন্দ ব্রহ্মচারী চক্রবত্তি, জগন্নাথ-তগী লাকখিবা বনমালী নখোয় অসি নত্তনা অতৈদি নুপী লোয়রক্তে হায়বা য়াই। মশোয়না লমদন অসিগী নুপী লৌহুনা য়ুম্নান-কৈবান্নুনা গুরোন-চারোন শন্দোক্লুনা খুন্দা-লৈতাখিবনি হায়বা তাই। ঙুল্লিঙৈ মতমদদি তরক তরক লৈরম্লবস্ত ইনিংথৌ গরীবনিবাজ হাকুন্তগী ঐখোয়গী খুন্নায়সিনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌখিবদগীদি দেব-কর্ম্ম উৎসব-মেলাদা বামোনগী থৌ মথৌ তাবদগী খুল/লৈকাই খুদিংমক্কা লৌ ইখোল পীহুনা বামোন থম্লখি, থম্লরি। ধর্ম্মগী উপলক্ষশিংদা অখম্লবা ফিদা থাহুনা থোংদোক হেন্দোক্লা ইকাইখুম্নরি।

ব্রাহ্মণ/বামোন হায়বা বাহৈ অসি গরীবনিবাজ মহা-রাজগী তুংদা শীজম্লবা ওইরবদি মহুগী মমাঙগী পেরেডতা মখোয়বু খুম্নাইসিনা লংহিং থাংবা মী হায়না থঙনবম্নগী প্রমান কংই। মণিপুরদা বামোন খুম্নাইগী মৈহৌরোল ইতিহাস থঙগে হায়রবদি "বামোন খুম্থোক্লোন" য়েংবা তাই। লাইরিক অসিগী মতুংইন্নবদি মৈদিংঙু কিয়াম্বা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদা লমদমসিদা য়োরকখিবা মুত্তি নারায়ন/ভানুনারায়ন হায়নম্ন থঙনবা লংহিং থাংবা নিপা অহুম্না রাজ্যসিগী বামোন খুম্নায়গী

মতমদনি ; সনাহৌক্কা লাকখিবা বামোন অতনু বামোন্নি খঙ-ঙ্গনবা নৈতে লৈচং চংকন্দুনা নৈতে মপী পীদুনা লৈহনখি; মাগী শাগৈদি অরাম্বম মৌসিগ্রাম নি হায়। পঞ্চৌত অসিগী মত অসি কংলৈরোন নোংচুপ হারম অমসি বামোন খুন্থোকলোন গা চুংদবা ওই।

মৈদিংঙু কিয়াম্বা-গী সনাহাক্কা মথং মথং লাকখিবা বামোন মশীং ফনা য়ামই — ১৮ লোম ওই। তখেলদগী লাকপা অনম্বনি। নোদিয়া-দগী লাকপা ও খক্কনি। কনপুর-দগী অমা, শিলেট-তগী অমা, নেপাল-দগী অমা অমসুং গুজরাট-তগী অমা অসিনি।

অহানবদা তখেলদগী লাকপা বামোনশিংগী মরমদা নৈনংবদা — লমলমসিংগী লাকপা মিশ্র-পাম্বর-না ওইরম হাওংনু কোউবী লৈরবা মাগী গুরেল-চাইরেংবা পিতাম্বরচেথা-বাময়ুম শাগৈ শন্দোকখি। মিশ্রপাঙ নান্থৌ নিংথোল অমগা কুম্বী নিংথোল অমা অনীমক লৈহুন পাঙ্থময়ুম শাগৈ শন্দোকখি। গঙ্গারাম-না শেঙ্কো কৈ চন্নু মাইমুবী পামরবা শিঙ্গুকময়ুম শাগৈ শন্দোকখি। রঘুনাথ দাস অমসুং হরিদেব অনীগী কাণ্ডুদগী শঙ্কুকিময়ুম শাগৈ শন্দোকখি। হরিবিদ্যালঙ্কার-দগী তখেলচংবম অমসুং জবাশিং-গী লৈশনচংবম শাগৈ শন্দোক-খি। গনেশগিরি না তোবুল চন্নু হাওবী পামরবা মাগী থারো-আলানা লৈহাওখাবম শাগৈ শন্দোকখি। তখেল-দগী লাকপা ঘনরাম তন্ত্রবার অমসুং শিলেট কুলিনগ্রাম-দগী লাকপা পরমা-নন্দ গী থারো-মাচাদগী ককচিংতাবম শাগৈ শন্দোকখি। ধর্মগী

থবক থাবাদা অধিকারী ( Authority ) ওইরম্মী হায়রিবা অধিকারীশিংযুম শাগৈগী পুক্কক বাঙচিন্নবনি। তেলংগানগী লাকপনি। মহাক্না হান্নক চন্দ্র ত্রিবেদী পাম্নরমা শাগৈ অসি শম্দোকপনি। কাশীপুরদগী লাকপা দামোদরগী মচানুপা হৈল-হাওথাবম শাগৈ ওইখি। গুজরাটতগী লাকপা শ্রীরায়ধরজি মতু হেরাইগী পুন্না মরাও অমা লাকপনি। শ্রীমাযুম শাগৈ অসি মাগী তারোন চারোনি।

মৈদিংঙু নোংইন খাবগী মতমদা পুললবা বামোনশিংদি— ধুরন্ধরক্কং পুন্না য়ুম্লবা খুরুগল নিংথৌনা লোংতা পোৎবা বমোন অমদগী চিদমযুম শাগৈ লাকখি। হাংচোংপন চন্দ্র ত্রিবেদী পোৎবা পোনোক মনিরামগী চৈনি অহান্নবদা চংখরে। হম্বা চক্রশর্মা মযুম অমদি খুরাইতোংবা কনৌজি মযুম কাঙবু অমীমক মৈদিংঙু চলম্বা ( ১৫৪৫-১৫৬১ )গী মতমদা পুললবা ওইরকনি। লৌখুজাবদা কাঙবুনা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী মতম ( ১৫৬২-১৫৯৭ )দা লাকপনি। লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মতম ( ১৫৯৭-১৬৫২ )দা থোরকপা বামোন কাঙবুশিংদগী কোংবাইলাংপম, শামুলাইলাংপম, বিষ্ণুলাংপম, ব্রহ্মাপুরদা লৈবা অরিবম ভম্বাক লাইলাংপম অমসুং অরিবম শগোলসাইলাংপম শাগৈশিং অসি শম্দোকখি। শামুলাইলাংপম কী পুক্কোক শ্রীনাথ কলিকতাদগী লাকপনি, য়াইখিরেপোক নিংথোল লৌই। অদুগা বিষ্ণুলাইলাংপমগী ব্রহ্মানন্দসু কলিকতাদগীনি; চরাপাং নিংথোল লৌই। পাইখোম্বা নিংথৌগী মতমদা প্রয়াগতগী লাকপা বিষ্ণুরামদি হৈরোক

নিঙোল কৌই, মহাক্কী ধারাদি ব্রহ্মচারিময়ুংনি। হৈকক ময়ুন, বাম্পাতিময়ুম, ব্রহ্মপুর তাবা অঙোম লাইলংপা গুরু-ময়ুম মখোয় অসিসু সনা হাঙুক সদা থুংলংনি। লাইপুবম, চঙোইবম, মনোহরময়ুম, গোপালহজারী ময়ুম, গুরুখরিবম ম-য়ুম, লাইময়ুম; চৌদ্রময়ুম মখোয় অসিনা চর ইলোবা নিংথৌগী মতমদা লাকপনি।

গম্ভীরনিরাজ মহারাজগী মতমদা লাকপা স্বর্ণনন্দনা সনাম নিঙোল লৌই, হজারী ময়ুম ওইরম্ল। শান্তিদাসগা লোয়নরকপা মালোমদাসনা কেথুংহাও নিঙোল লৌই শাস্ত্রিম-য়ুম ওইখি। রামদাসসু কুইহ নিঙোল লৌই, শর্মাময়ুম ওইখি। নথাকোনসু মখিং নিঙোল লৌই কিশাকময়ুম ওই-খি। প্রেমানন্দনা তখল চনু লৌরন হজারী ময়ুম ওইখি। পাঞ্জি অনিরুদ্ধনা হয়েল চনু লৌইনা হাজারিময়ুম ওইখি। কণ্যাকুঞ্জদগী লাকপা শেখরানন্দনা উরিপোক তাবা অনৌবম ওইখি। রাবাহজারীময়ুম, রাবিলিবম ময়ুম অনামক রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা লাকই। গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা গোস্বামী ময়ুম, ললাবুং তাবা আচার্যময়ুম, থাংমৈবন্দ পনখা তাবা অনৌবম কাণ্ডবুশিং থুংলৈ। এংখাংবম নৈকাই তাবা ব্রজবাসীময়ুম, উরিপোক তাবা রাধাকুণ্ডবাসী ময়ুম মখোয়না চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা থোরকই। নরসিংহ মহারাজগী মতমদা লাকখিবদি গোষাইময়ুমগী কাণ্ডনি।

য়াম্না থেনা চুরাচান্দ মহারাজ ( খৃঃ১৮৯১-১৯৪১ ) গী মতম খাওবদা মপান্দগী বামোন চঙলকপা লেপ্লমদে। মখোয় অয়ান্না হান্নগী বামোন শাগৈ শরনা চঙদি হায়বদি দেশৱালি রাধনাথ-না শোরোকখাইবম নিঙথৌ লৈপাক্তা লেরগা শগোল-মাং উপুং তৌবা অধিকারীশিংন লোই, কলকত্তা দগী লাকপা ক্ষেত্র নাথ লাইহরিকথেংবম নিঙথৌ অমা লৌরগা ঐন্দ্রা লালজি পোকই, অদুগা অধিকারীশিং-দ চঙখি। কলকত্তা দগী লাকপা ভোলানাথবাবু-নসু এদো গোপাল পোরগা চোক্রমশিংগ শাগৈ লোই, কাশী-দগী লাকপা ব্রজমোহন গোস্বামী-নসু বাচস্পাতিশিংগম শাগদা যাখি। অমখোয় শাসনগী থবা ছেনথংনা লাকখিবা বামোন শংগী শাগৈসু হৌরকখিবম লৌরগা থোখি। মথুরাবাসী-শিংগম, ব্রজবাসীশিংগম, রাধাকুণ্ডবাসীশিংগম অমসুং কনৌজিশিংগম-না মাইহায় লৈবাক্কী হুরাংশম তাকই। গুরুশম অমসুং বাচস্পা-তিশিংগম শাগৈ অশৈবক নিংথৌগী গুরু ওইরমই। ইনিংথৌ চুরাচান্দরোনবা-গী গুরু ওইখিবা বামোন শাগৈশু গুরু অশিবম হায়-না খঙনরি। হিন্দু ধর্মদা লাইমিং লৌবা তুংগী মৈতৈ নিংথৌ চুরাচান্দরোনবা-দি হায়না পাল্লি।

# মৈতৈ পাঙল

মণিপুরদা লৈবা মুসলমানশিংবু মণিপুরীশিংনা পাঙল হায়রগা খঙনৈ। মসি 'বাঙল' হায়বা ৱাহৈদগী থৈথরকপা ৱাহৈনি। বাঙলা দেশতগী লাকপা মীনি হায়দুনা বাঙল হায়বদগী মমৈথংদা পাঙল হায়না খঙনগি ।

চৌংগী পল্লোমুংসিদা পাঙল য়োরকখিবসি মৈদিংগু খাগেম্বা-গী মনুং মতমদা খৃঃ ১৬০৬ দনি । মখোয় কমদৌনা লাকখি ? কমদৌনা খুন্দা লৈতাদুনা হৌজিক লৈরিবা মুসলিম খুন্নাই অসি শেমখিবনো ? ৱাহংশিং অসিগী পাউখুম ফংনবা "নোংসামৈ (পুয়া)" হাংদোকপা তাই ।

লাইনিংথৌ খাগেম্বা 'খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫১) হাক্তক্তা মনাও ইবুংঙো শানোংবগী তাম-হি অমবু ময়াম্বুং য়াইমা লরশাপাম্বা খাইৱাকপনা ৱায়রুবদা লৈশাঙ্খোংদা হি থেংজিন্নবদগী তাম-হি অদুগী হিরু কায়খোকখ্রে। মানবা অমা শিংবিগে হায়রবদা মমা ইবেম্মা চাংপোম্বীনা য়াক্লগনু হায়না ঊনশিনবদগী য়াদরে । ঐগী হি অদুমক থুনা পীরকউ হায়না হায়রবদা অনীমক্কী ময়াম্বুং অহল লাইনিংথৌ খাগেম্বনা স্না লুপ্পা হি পীরগে হায়রকাওবদা য়াদদুনা লম য়োশিন্না থংনখি। নবুক অদুক ফত্তবা নঙদি ঐগী লৈবাকসিদগী লাপ্লা চংখ্রা হায়না ময়াম্বুং লাইনিংথৌ খাগেম্বনা শানোংবা য়াইস্কুল্লাকপবু লৈবাকতগী তাম্থোকখি। শানোংবগী হি কায়বগী ৱাফম অসি লৌদুনা 'শানোংবা হিগাইৱা' হায়ব ৱাহৈ অসি শীজনখি ।

নিংথৌগী সনা য়াথং অসিদগী মমা ইবেম্মা চাংপোম্বী. মনাই শোৱাইসম তাখোম্বা, ওইনাম পুকচাউ, থোকচোম মুবা, অমস্তুং শানোংবা মথোয় মণ্ডামক অৱোনবা ৱা তাৱঠনা কা- ছাড়দা চেন্দুনা কাছাড়ী নিংথৌগী শাইগোমুংদা চঙজহনা লৈরম্মী। মৈতৈলৈমা চাংপোম্বীনা কাছাড়ী নিংথৌদা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক অসি মত মায়দ্রে, খায়বুংনরে, প্রজাশিংনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাৱবা পাম্রে, ময়াং নিংথৌ ওইবা নহাক্তা মৈতৈ লৈবাক অসি খুঠম চনশিৱবীঠনা ঐগী ইচা শানোংববু পোইরৈ লৈবাক্তী নিংথৌ হাপ্পীয়ু হায়জবদগী কাছাড়ী নিংথৌনা কৱিস্তু ওইদনা থল্লুদনা লান্দাৱকখি (নোংশামৈ পুয়া)। ময়াং অথৌবা ভীমবল অমস্তুং য়াথাৱেক অনীগী লমজিং মথাদা ময়াং লাম্মীগা মৈতৈগা থেংনবদা অহানবদা মৈতৈ খৱা মোপ্লপ তৌরে, লানগী বন্দি ওইনা মৈতৈ মীয়াম ফারে মতু তাবদা খাগেম্বা নিংথৌনা কন্থি কঞ্জাওনৱঠনা মৈতৈ অকমবা কনা লৈতবৱা হায়ৱক্লবদা য়ুম্নাম ফিয়াঙ্গা, হাওবম অৱোই, এলাংবম খুঙম অমস্তুং পালা কোইৱেং মথোয় ৪ চোংথোৱক্লুনা লাংজিং চীংথোংদা ময়াংশিংগা থেংনহনা জয় লৌরে। ময়াং লাম্মী মৱাম ফারে; মৈতৈনা ময়াং লৈবাক য়োনবা চেৱপ্রে।

কাছাড়ী নিংথৌনা ময়াং ঐগোয়তনদি মৈতৈবু খুঠম চনবা ঙম্মৱোই খল্লহনা তৱাক ★ কী নিংথৌ অহমদ-তা হায়- জহনা মুসলমান লাণ্মী লিশিং তৱেং মেক্তুৱা লান লাকখি। তৱাক লৈবাক্তী বড়সেনা নৱাব অহমদ অমস্তুং মুৱানথা অথৌবা য়াওৱা মুসলিম লাঞ্জিংবা ১৭ য়াওৱমই। লান অসি মায়থিগদবা

থুদম কয়া থোকখি — (১) শামু ৬৩গী মনুংদগী খাগোকপা হায়না খঙববা শামু অহ্ লানগী খোঙশাল্লমদাইদা কাছাড়ী নিংথৌগী মমাঙদা মনিঙগী মপি শিন্থরকখি। (২) লাঙ্গিংপুরের বড়সেনাগী ফিরাল চৈখোক অহ্ ইখংখংহৌদনা মকু তোংখি। (৩) দোলাই লেংবান্দগী নাম্থরক্লুনা লৈবাক্তা তাখি। (৪) সনা খুজেং খুজাই খুত্তগী নাম্থহ্না লৈবাক্তা তাখি। (৫) লাম্মীশিংগী ফিরোল ফিমুঙ্গুম মচু ওনখি। (৬) লম্বীদা কাক্তা শয়োম-শয়োম য়োম্লমই। (৭) শামু মথৈ গাই তুরেল লাল্ল, য়াখিদে, মতক্তা থৌরী থুহ্না তুরেল রাংমদা লৈহ্না চিংবদগী নমফুদা লানহনখি।

লান পাউ অসি কমদৌনা সনাকোম্মুংদা থঙখি? কাছাড়দা কা মরু মনা লোবা চৎপা লল্লোনবা ওক্রেম কিয়াম্বা অমম্মুং রাইরোকপম খুঙম অনীনা লম্বীদা মখোয়না লাকশতু থেংনরুবদগী হন্দুনা চেল্লক্লুনা ইনিংথৌদা পাউ পীবদগী মৈতৈনা লানগী থৌরাংখিবনি। অরাং ইহায়াইদগী য়াঙ্গোই তুরেল ফাওবা থাঙ্গপাং চাউনা তৌখি, লৈপল রাংনা থোল্লগা মথক্তা উখোঙ খুংল য়ুংলহ্না উংখাঙ খুদিংদা মী লৈহল্লগা মৈরা পায়হ্না মৈনা লিক্লাং পরেংগুম নুমিৎ নিনি চুপ্পা মৈ মুৎহন্দনা থম্বক লান্দাবা লাকপশিংনা উংন্দুনা থকহনখি।

---

★Taraf is situated on the north-east of the Pargana of Serail, at a distance of about 34 miles from it. It is in the South-West portion of the district of Sylhat, about 10 miles from Habiganj in the South-eastern direction (Rennell's Bengal Atlas Sheet No 6) Baharistani-Ghaybi by Dr. Islam Bora.

ঙম্নবদি লৈবাক অহু খুন্থুম চনবা ঙম্নবনি খঙ্গ্রবরা ?" নিংথৌবু তুংবুমনা শগোল মথঙ্গা বড়ুসেনা লাঙ্গিং পুরেমগী নাক্তা পুথনা হরাউনা চৎলিঙেণ নোংশামৈ অথৌবনা চঙশিন্দুনা মুনোনখাগী মথঙ্গোয়দা তা না থিনখি। অতে ময়াং লাগ্নী করাদম্ভ থিন্নূরে। ময়াং ময়ামহ্ চাইখায়হুনা চেন্নখি। মহুদগী মোংশামৈনা শারো তৌহুনা হায়রকই—"হে বড়ুসেনাপতি ! মৈতৈ এখোয়ম্ভ খুৎলাই থাদোক্লগে, মখোয়ম্ভ খুৎলাই থাদোক্লো, নখরাই কনবীরগে, এখোয়দা লোই হাবো" হায়শিন্নহুনা খুৎলাই থম্লিঙেদা মনাও ইবুংঙো খাইরাকপা না বড়ুসেনা লাঙ্গিংপুরেনগী খুদাং পাম্মহুনা কাখি। অম্ভুম্বা লানফমশিংদা মৈতৈ নুপী পীহুনা চারোল ও-রোল শঙ্গোরক্লুনা মথং মথং তারক্লুনা হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী মুসলিম খুন্নায় অসি লৈশেম্নকপনি।

ইনিংথৌনা লানফম্নশিংদা করম্বা মফমদা খুন্দা লৈতা-নিংবগে হংবদা এখোয়দি তুরেল মপালদা লৈজগে হায়জবদগী ইনিংথৌনা য়াবিরহুনা মখোয়বু তোঙাল্ন তোঙালরা তুরেলগী তোর্বান্দ খুন্দাহনরি হায়রি। গঙ্গা যমুনাগী লমদমদগী লাকপা ওইবনা তুরেল হৈনবা কাঙবুম্নি হায়রি। লানক্তা অহুম হায়-বদি মহমদ খম্বা, মনাওনিপা কস্রাম অমস্তুং পুনোম, সৈখনদা নিংথেম্ন এপী ইখোলদা য়েন্সাং নাপি থাবা ইখোল অমা শেমলুরো হায়না ইনিংথৌনা মখোয়বু খোম্বিদোক হৈখো-খোংনেখীদা ইখোল শেমহনখি। কস্রামদা থৌবাল নিঙোল খম্বী কৌবী অমা পীবিহুনা যুম শালহনখি। চফু শাবা মুস্তিয়া শৈখ-তা

য়ুম্নাম় নিঙোল্ পেতি কোৱী অমা পীখি। লাঞ্জিংপুরেন বড়সেনা-দা নোংথোনবম নিঙোল কোন্নুং খঞ্জবী মাইতেক কোবীগা চকপ্রম নিঙোল মেন্নৈ কোবীগা অনীমক পীবিখি। ফুৈন্দ্রেগী থবক্ তৌবা শৈখচারি-দা শাংপম় চম্ু তোম্বী পীখি। অহমদ্-তা শলাম নিঙোল নোম্বী পীখি। জামানখা-দা খোকচোম নিঙোল চাউরী পীখি। কুনদানখা-দা খোকচোম নিঙোল কিয়াম্বী পীখি। নিয়ামতুল্লা-দা রাংখৈরাকপম নিঙোল কোহঙম্বী পীখি। পুনোমশৈখ-দা লাইশ্রম নিঙোল-তোম্বী পীখি। অম্মুম্না অহানবা লাকপা লানফাশিংদা নুপী অমুং পীত্নমা মণিপুরদা মুসলমান খুন্দা লৈতাহনখি।

লাইনিংথৌ খাগেম্বনা চহী ৫৫ চুপ্না নিংথৌ ওইরম্লগা মশাগী চহী ৭৬ শুবদা খৃঃ ১৬৫২ গী ইঙেল থাদা লোঙ্গাখি। মৈদিংঙু খুঞ্জাউবা-না মশাগী চহী ৩২ শুবদা খাগেম্বগী মহুৎ শিনখৌই। মৈদিংঙুগী মতমদসু অহানবদা তখেললোমদগী লাকপা মুসলমান তরেৎ থোরকখি। ইশাকলিমুল্লা অমসুং মাগী নুপী ফতিমা-না লমজিংলকখিবনি। অপোং ইখোলদা মনামশিং থাহনদুনা লৈহনখি। মৈদিংঙু খুঞ্জাউবা চহী ১৫ থক্কং নিংথৌ ওইরম্লগা মশাগী চহী ৪৫ শুবদা স্বর্গবাস ওইখি। খৃঃ ১৬৬৬ কী রাকচিংগী ৫নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মৈদিংঙু প্যাইখোম্বা-না নিংথৌ ওই। মৈদিংঙুগী মতমদা খৃঃ ১৬৭৯ গী ইঙাগী ৬নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মকক লৈবাক্কী মকক নিংথৌমচাশিংনা লমজিংবা* মুসলমান ৩৭ লৈবাকসিদা লাকখি লাম্জিংপুরেন

★ মকক = সিলেট নত্রগা ঢাকাদা লৈবা লমনি।

বড়সেনা-না ইনিংথৌদা মখোয় অসি মকক নিংথৌমচানি হায়বা শকতাকুনা মতু মচা পীবিদুনা মনাই মশল থাইবিদুনা মৈত্রবাক্তা লৈরম্বি। লাজিংপুরেন বড়সেনাগী মচানিপা নাজবা-গা মকক নিংথৌমচা'শৈবচার্য্য কৌবা অমগা অরীমকপু অপোং ইখোল (হৌজিক মখা অহলগী জগা ওইরিবা)দা কাত্রংচাক পান্থী থাদুনা লৈহনখি। মৈদিংঙু ইকোপ নিংথৌনি হায়রবা লাই-থেলবুগ্ পোংলোইখি। মথং রাকচিংগী ৩নি পানবদা গুজরাট লৈবাক্তগী মুসলমান ৫ গা বামোন ৩ গা মখোয় ৮ লাকখি। মুসলমানশিংদবু মতু মচা পীবিদুনা শঙলাংমৈদা লৈহনখি। পাইখোম্বা শিবরবদা চরাইরোংবনা মশাগী চহী ২৫ শুবনা খৃঃ ১৬৯৭ কী লমতাগী ১০নি পানবা ইরাই সুমিত্তা নিংথৌ ওই। মৈদিংঙুগী মতমদা খোইজু অমসুং ওয়া কৌবা মুসল-মান অনী লৈশাখোংদা লৈখি। অদুগা মঙা অমবুনা খোংজোম মাইকৈদা তাথিয়াম লরাইদা থুন্দাহনখি। মখোয় লোয়নংক হায়গী পাঙল তুরেল চায়োন ৩াকনি. নৌনা লাকপা নত্তে। সনা হাকক অসিদা গুজরাট-তগী কাজির (ব্রয়োইবা) মঙা থোরকখি। মখোয়বুসু খোংজোমলোমদা মোরিসোংয় মনাক্তা অকৈবী কৌবা মকমদা লৈহনখি। গরীবনিবাজ (১৭০৯-১৭৪৮), চিংশাই (১৭৪৮-১৭৫২), ভরতশাই (১৭৫২-১৭৫৩), গৌরশ্যাম (১৭৫৩-৫৯, ১৭৬২-৬৩) অমসুং ভাগ্যচন্দ্র (১৭৫৯-৬২, ১৭৬৩-১৭৯৮) নিংথৌরোলদা লৈবাক্তা অশান্তি ওইবনা চঙলকখিবা মুসলমানশিংগী রেকোর্ড কংনদে।

মৈত্রবাক্তা মুসলিম খুন্নায়গী ইতিহাস ইবা লাইরিকপু "নোংশামৈ ( পুয়া )" হায়না কৌই। মৈতৈ পাঙলগী মরমদা ইবা কুম্বাবা মখল অমনি। নোংশামৈগী অর্থ নোংশাগুম্না থৌনা লৈবা হায়বনি। লাইনিংথৌ খাগেম্বা-গী মতমদা লৈরম্বা লাই-রিকয়েংবম জগসিংহ কৌবা মৈতৈমচা অমদা পীবা মিংথোলনি। অচেংবা তাঙ্গাদা মৈতৈ নিংথৌ অমসুং মৈতৈ লৈবাক অসি মুসলিমগী মখুত্তা তাখিগদৌবদগী শ্রীজগ সিংহগী মরোশিংনা লৈ-বাক কনবনি হায়দুনা ইনিংথৌনা মহাক্কী মতিক-মগুণ শেথাদুনা পীবা মিংথোলনি।

লৈবাক অসিদা মুসলিম থোরকপা অসি চহী ৩৮৮ য়োম খক্তা মঙাইরি। অদুবু মীশিংদি কনা য়াগলে। চাংচত্তা মৈতৈ-দগী ওখাক হেল্লি হায়বা সেন্সস রিপোর্টনা সাক্ষী ওই—

| সেন্সস চহী | মীশিং |
|---|---|
| ১৮৮১ | ৪,৮৮১ |
| ১৯০১ | ২২,৮৬৪ |
| ১৯৫১ | ৩৭,০০০ |
| ১৯৭১ | ৭০,৯৬৯ |
| ১৯৮১ | ৯৯,৩২৭ |
| ১৯৯১ | ১,৬০,০০০ |

মণিপুরগী রাংন্দা আসামগী কাছাড় জিলা, নাওগাও জিলাগী হোজাই, ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশ ফাওবদা মণিপুর-দগী চংখিবা মুসলিম কয়া কয়া লৈরি। চহী তরেৎ খুন্তাকদৈদা

লাঙ্গোল্ বদগী ঙল্লকখিদবা ওইবা তাই। মফমশিং অহুদা লৈরিবা খুল্ মশীং ৪৭ লোম হাইরে। মখোয়বু মফমশিং অহুদা 'মৈতৈ পাঙল' হায়না খঙনরি।

মণিপুর তম্পাক্কী শরুক্তা মুসলিম শ ৮০ রোম লৈ। মুসলিম শাগে মশীংনা ৭৮ লোম ওই। মখোয়গী লম্নাক অমাম্না মৈতৈরোম্না মশিং থোকলি। খুদমগী মশক ওইনা হায়রা পুম্নাখিবা কাঙবু-বু অরিবগ, মচিন-মনাও থংনদুনা য়ুম শাগদোক্লুনা লৈ-নখিববু য়ুমথায়বম, মপুং মশা লৈকশিংবু খুদনবম, চে শাবা কাঙবু-বু চেনম. কোয়বনা কোললিক শাবশিংবু কোরিময়ুম, খুল লিংখৎলম্না মীওগী থারংবু খুম্নাকপম, শঙ্গোম ওম্না কাঙবু-বু শঙ্গোমগুম্নম, পুখ্রী শঙবা/পুখ্রী মনাক্তা খুম্মারুশিংবু পুখ্রামযুম, মাইবা শায়র্নশিংবু মাইবম দোলাই পাবা ওইবদগী দোলাক্ল-পাবম. লৌবুক ময়াদা তাবদগী লৌবুকতোংবম, থোং মখোঙদা তাবদগী থোংগোংময়ুম. মশা চাউরা নোইবদগী শাঙ্গোবম, শা কাম্না কাঙবু-বু শাকাম্নম (ময়াং ইম্ফালদা লৈ). ই তৌবা ইং-খোলদা লৈবদগী ইকম, লুংশা য়াইদুনা লৈ হায়রবদগী নোংশা-য়াইকম, শিঙ্গা থোঙবদগী শিঙ্গাথোংবম, (ফৌদেন-দা লৈ), মন তৌবা নিপা অমগী থাবা-নালা-বু মনশম, বাঁস থোংবা মী অমগী কাঙবু-বু বাসীময়ুম. চকু শাবা ফুরুপ্তু ফুসম, ভরোক হায়বদি বগলা পুথুনা লাকপা/ফাবা মীওইশিংবু বগিময়ুম অসি-মচিংবা পনবা য়াই। অহুগা থৌবালময়ুম্না থৌবালদা চান্না তাবনি. মোইজিংময়ুমনা মোইজিংদা হান্না তাবা কাঙবুনি,

৫) মিরজা — মির যুবরাজগী মচা-মশু, পার্সিয়াদা ইকাই-খুম্নবা মীশক্তা শীজন্নবা রাহৈ।

৬) বেগ — তর্কি নত্রগা নোংপোক্কী লৈবাক থরদা শীজন্নবা সন্মানগী রাহৈ।

৭) চৌধুরী — মতম অমদা আসামদা খেল হায়না খণ্ডনবা মংস্থা অমনা লৌরুংতেন শাবা, হি শাবা, মুমশাবনচিংবগী থবক পাঙথোক্লমই। চৌধুরী, মৌজদার, লসকার অমসুং ভুয়া হায়বা রাহৈশিং অসি খেলগী মকোক ওইবশিংদা আসামগী নিংথৌনা পীখিবা মিংথোলনি।

৮) হজারী, সাইকিয়া, বোরা — আসামদা স্টেট সার্ভিসকী-দমক রেজিস্টার তৌরবা অহল ওইবা মীবু পাইক (Paik) কৌই। অহানবদা পাইক মরিনা হমেং অমা লোইবা চৎপ্রমই। পাইকী হমেং ২০ লোইবা মীবু বোরা, হমেং ১০০ লোইবা মীবু সাইকিয়া, হমেং লিশিং লোইবা ওস্বা মীবু হজারী কৌই।

৯) খাজা — ভদ্রলোক নত্রগা ফকিরগী মিংগী মমাঙদা তপুবা রাহৈ।

১০) কাজী — জর্জ নত্রগা বিচারপতি।

১১) সয়দ — হজরত মহম্মদকী ওয়োন-চায়োন।

১২) শৈখ — অহল ওইবা মী, শক্তি পায়বা মী, ধর্ম্মগী গুরু, ফাকির মকোক।

১৩) ভুয়া—মুসলিম্না পাল্লিরৈঙদা মিলিটরী ওফিসার ওইরম্বা।

১৪ ) পাটান — অফগান কাণ্ডবু ।

১৫ ) মোগোল — বাবরনা লীণ্ডখৎলস্বা তুর্কি শাগে ।

**য়েংগদবা** — পুম্নমকসি সয়দ শৈখ, পাঠান অমস্মুং মোগোল হায়না মুসলমান মখল ৪ খক্তা থোকপা য়াই (নোংশামৈ পুয়া — শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ অমস্মুং এম, এ জনাব খান এম, এ) ।



# মুসলিম পর্ব্বদিন (Muslim Festivals)

১। মহরম — হজরত মহম্মদকী মশুনিপা ( ফতিমা অমস্মুং অলিনা পোকপা ) ইমাম হুসেনবু তমথীবা মওংদা হাংথিবা অহুৎদমক শোক প্রকাশ তৌবা পর্ব্বনি ।

২। ইদুল ফিতর — চাকহেন থা ( রমজান থা ) লোইবগী উৎসব ।

৩। ইদুল জুহা — বকরা ইদস্মু কৌই । ষণ যজ্ঞ তৌবা উৎসবনি ।

৪। মিলাদুন-নবী — হজরত মহম্মদ পোকপা নুমিৎকী উৎসবনি হায়না পৃথিবীগী মুসলিম খুন্নাম্নরনা লৌই ।

মুসলিম খুন্নায়না কোরান ( Koran )বু ধর্ম্মগী শে:লবা তমথেং লাইরিক্কি লৌই। অধ্যায় ( chapter ) ৩০ শানবা লাইরিক্কি। কোরান-দা ইরিবা পুম্নমক মপুনা তাকপনি, ঈশ্বরগী ফুতনা শন্দোকপনি খন্নে। অহুনা মহুদা ইরিবা পাউতাক পুম্নমক কি-খংনা ইন্নে।

মৈতৈ পাঙলশিংনা মপান লৈবাক্তা চঙ্না মৌলবী তম্না চংনবা হৌবা অমদি মসজিদ শাগনা মায়াম পুম্না লাই খুরুম্নবসি খৃঃ ১৯১০ অহুবাইদগী হায়বা য়াই। ধর্ম্মগী নুমিং নত্তনা জাতিসিগী কুম্মৈ ফিয়োং হেন্দোকপা অতৈ লৈতে। মৈতৈগীদি লুহোংবা হায়বসি শেংলবা থৌরম অমা ওইনা লৌই। অদুগা মুসলিম জাতিনদি Civil contact ওইনা লৌই। জাতি অসিগী নিকাহ্গী নুঙগী অর্থ Union of Sex ওইনা লৌই।

"Nikah literally means the union of Sexes, and in law it means marriage."

Hedaye

# মণিপুরদা খৃষ্টান ধর্ম্ম য়ৌরকপা

**( Coming of Christianity in Manipur )**

মণিপুরদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী মচি তখিবা কুইদ্রে। চক্কী চাম্না কাফাংত্রি। খৃঃ ১৮৯৭ গী ফেব্রুযারী ৬ তা উইলিযম পেটিগ্রু সাহেবনা লৈবাক অসিদা থুংলরবা তুংদা শন্দোক্লম্বা ধর্ম্মনি।

উইলিযম পেটিগ্রু স্কোলেণ্ড (scotland) দা ইংলোক ১৮৬৯ গী জনুয়ারী ৫ দা পোকখি। Arthington Aborigines Mission না মহাকপু Anglican ওইনা ভারত্তা থাদোকখিবনি। ভারত্তা লাক্লবা তুংদা এ বি, মিশন (American Baptist Mission) দা য়াওখি। ১৮৯১ ইংদা ঢাকাদা লৈরমই। মতুংগী তুংদা শিবসাগরদা লৈরমই। কাছাড়দগী মৈতৈলোন ফজনা তম্লবা তুংদা মণিপুরদা লাকখিবনি।

মণিপুরদা ইম্ফালদা Mission এল, পি. স্কুল অমা য়ৌরকপা লীঙথংখি ★ খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌখি। ফয়েংদগী অঙোম পোরোম সিংহনা ইহান হাল্লা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখি।

---

★ খৃঃ ১৯০৫ দা হাইস্কুল লোকল উবুংদা পেটিগ্রু স্কুল লৈরমই। কাছাড়গী কাঙ্গাইলালপুরদগী লাকপা বিহারী সিংহনা স্কুলসিগী হেড মাষ্টর পাইরমই (এল. ললিত সিংহ — মণিপুরী ড্রামা মৈহৌরোনগী হাৰী মতেক অমা)।

মৈতৈমথৈ খৃষ্টান লৌখিবা তারে হায়না চিংনরহুনা চূডাচান্দ মহারাজনা থিংবদগী ১৮৯৫ ইংগী ওক্টোবর ৫ দগী পেটিগ্রূ সাহেবকী হেড কাটর উখ্রূলদ হোংখি। অঙোম পোরোম্বা মহাক্কী খোঙলোয় ওইখি।

উখ্রূল য়োবগা এল. পি স্কুল অমা লীংথংখি। অহানবদা স্কুল অহুদা লাইব্রিক তম্নবা অঙাং অনওা ফংলমদে। অহুবু খরা লৈরগা মণিপুরগী পোলিটিকেল ওফিসার Mr. A.E Wood না ফোর্স শীজনহনা উখ্রূলদগী অঙাং ২০ হুন্দুংদগী অঙাং ১০ স্কুল অহুদা ত্তমহনখি। মখোয় ৩০ অহুগী মনুংদা উখ্রূলগী নিংথৌ ওইরম্বা রাইহাও মেজর আর. খথিং (MBC; MC; Padma Shree, Ex-Ambassador of India to Burma )গী মপা হমরিং রালেংনাউ, ইজুকেটিব ইঞ্জিনিয়ার ওইরম্বা রাই. কে. শিমরেগী মপা এম কে. শিমরে ( First master of the Mission Middle School at Ukhrul) পাউরিদা পাষ্টার ওইরম্বা হোল্লে লমলাং গোভর্ণমেন্ট এল. পি স্কুলগী ওজা ওইরম্বা রামকাফং, হুন্দুং স্কুলগী ওজা ওইরম্বা হৈথাং কাস্থং Medical Evangelist ওইরম্বা এনজি, রনাও অসিননিংবা য়াওরমই। ইং শোক ১৮৯৬ দগী ১৯০৩ ফাওবদা ছাত্র ৬০ স্কুল অসিদগী পুথোকখি। অতনা এল পিগী থাক্তা লৈংখৌরগা এম.কে শিমরে, শৈজা কানরৈ অমস্থং কাপিং বারৈজুং অহনসিনা খঃ ১৯১২ এম. ই স্কুলগী অরোইবা পরিক্ষা পীখি। এম, কে শিমরেনা ফাষ্ট ওইখি। মখোয়গী হুন্থংদা টি. লুইখাম,

ডি-হাওরৈ শৈজা শংযাং, রুইচুমহাও অসিনচিংবা স্কুলসিগী পোথোক্নি। মতম অসিদা অঙোম পোরোম সিংহনা হেড মাস্টর ওইরমই। ইবা পাবা হৈরবা তুংদা বাইবল তম্বী।

ক্লাস রুমদা বাইবল নৈনবা লোইবগা চর্চ্চদা প্রাকটিকেল চৈখে। মতুনা পেটিগ্রু স্কুলগী ছাত্র মশানা খৃষ্টান ওইজবদা অঙকপা ওইদে। তম্বা লোয়রগস্থ মকম অতুদা ওজা ওই। এম, কে শিমরে অমস্থং এস, কানরৈ ক্লাস ফাইভ পাস তৌরগা ওজা ওই; ধর্ম্মসি শন্দোকই; তাংখুল গ্রামার অমস্থং ডিক্সনরি শেমই।

তাংখুল নুপীমচা ১০ ইহান হান্না ১৯০৬ ইংদগী তম্বা হৌখি। মখোয় পুম্নমক খৃঃ ১৯১০দগী খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখি। মখোয় উখ্রুল প্রোপরদগী সনমালা, হরঙাইলা, লশেংলা, মহোংঙাই, চিংজারোই খুন্দগী চাওরোংমী, ঙলিউ, কস্থনি, অসেরা, পাউরি খুন্দগী স্থরিলা, লংজরলা মখোয় অসিনি। ১৯১৩ ইংগী ডিসেম্বর ২৫ দা ঙলিউ এম, কে, শিমরেদা লুহোংলবা তুংদদি মতৈ মনাও অনীনা ধর্ম্ম শন্দোকপগী থৌদাং পুখি। ১৯১৭ ইংদা ইহান হানবা খৃষ্টান এসোসিযেসনগী মিটিং উখ্রুলদা তৌখি। এম, কে, শিমরেনা সভাপতি ওইখি।

খৃঃ ১৯০১-১১ গী Census স্থপবিন্টেন্দেন্ট ওইনা থবক তৌবদগী অমদি ২ভম অতুগী সরকারনা খুদোংচাবস্থি পীবদগী পেটিগ্র সাহেবনা তাংখুল খুল পুম্নমক মশক থঙবা অমস্থং যুমথোঙ খুদিংমক হকথেংননা রারী শান্নবা ফংবদগী তেল্লবী

মতমগী মনুংদা উগ্রুল এরিয়াদা খৃষ্টান মিশনরীগী থবক লোই-শিনবা ওমখি। মসিদগী হেন্দোকুনা চুরাচান্দপুরগী মনুং ছনজিনবা খোংজাং, পয়বুং কাইলোং অমসুং ফেরাচান্দ-দা চত্তুনা মিশনগী থবক হৌদোক্লমই।

উগ্রুল এরিয়া মনুংদা অহানবা মিশনরীশিংদা অপনবা কয়ামুক থোকখি. মতুদি— নন-খৃষ্টান কাওবুনা হাংলো হাংলো' হায়রবা লাউশিল্লকখি। কয়া অমা ফুখি। শংকাই কৌবা খৃষ্টান স্কুল মাষ্টর অমবু খুপাক্লা থাখি। শেংলম্বা মফি অহু পায়রগা প্রভু যীশু খুরুমহুবা লৈখি। ফদাং, সোমদল, ছুইনিং, শিরোই, শংশক খুলশিংদসু থংনচৈনবা কয়া থোকখি। মপা মমানা মচাবু পীজ-পীথক্তবা চথোকহন্দনা পুন্দুবা থম্বা য়াওখি। শং-শক্কী নিংথৌনা এস, ডি, ও— এল, এল, পেটরদা রাকংপা কয়া থোকখি। পেটরনা কাশিকুইগী মনা লৈখি। সোমদলগী ওজা মিংমায়াংবু থা ৩ জেল পীখি। অহুবু কনা অমত্তা নীংহনখিদে চহী অমগী মনুংদা তাংখুল ১০২৮ খৃষ্টান ওলহনবা ওমখি।

পৃথিবীগী অহানবা লান্তাও মনুংদা মণিপুরগী চৈংমীশিংবু লেবর (Labour) ওইনা থায়মই। ইন্টরপ্রেটর ওইনবা অঙোম পোরোম সিংহ, এস-কানরৈ, আর-রুমচুমহাও, তেব কায়োং, এস-ভুলহাও মখোয় মত্তাবু ক্লাস লৈবাক্তা থায়মই।

খৃষ্টান ধর্ম শন্দোকপা কাওবুশিংগী মায়োক্তা অমদি অহানবা লান্তাওদা মীনাই ওইদুনা পোংথাং পুবা য়াওয়োই হায়রবা খৃঃ ১৯১৬-১৯১৯ কাওবা কুকি লান থোকখি। কুকি

লান থোকহন্নবা শীনবা মীশক্তি হায়দুনা নম্বোল কাংঙযোংদা লৈবা চীংঙাখম সনাঙাওবা সিংহবু জিলা থারিজ তৌখি। পুন্সিচুপ্পা আন্দামান নিকোবর দ্বীপ্তা থমখি। তমেংলোংগী কম্বীরোন খুন্দা পোকপা জাদোন্নংবু ইং কুমজা ১৯৩১ গী আগষ্ট ৯ থাংজা নুমিত্তা অয়ুক পুং ৬ তাবদা ইম্ফাল থানাগী অয়াংদা হৈনৌ পাম্বী অমা হৌরিবসিগী মথোঙদা ফাঁসী তৌদুনা হাংখি। অদুগা রাণী গাইদেন্লুবুনা চহী ৭ ফাদোক পীখি।

মণিপুরদগী বৃটিশ সরকারনা মথোরগী লাম্পাগী পোংচৈ পুনবা থাখিবা কুলি ( Force labour ) ১৯০নি। চংখিবা শেলনা লুপা ৩০০০ নি। মসি মেনথংনবা জাদোন্নংগী খুল কম্বীরোনগী অকোয়বদা লৈরম্বা খুঙ্গাশিংদগী কলেক্টীভ ফাইন (collective fine) লুপা ১৯১০ নমদুনা লৌথংখি। খুঙ্গাশিংনা পায়রম্বা নোংমৈ ২৯ সু থোমগংখি।

মাকল অমরোমদা ক্লাব্জ লৈবাক্তা চংলুবা ফোর্স লেবর-শিংগী থৌশিল থৌরাংদা পেল্লদুনা বৃটিশ সরকারনা চুরাচান্দ মহারাজদা Knight Commander Star of India (K.C. S.I.) হায়বা মিংথোল পীরকখি। লোয়ননা ডি, এম, কোলেজগী কেম্পাস ( campus ) মনুংদা খৃষ্টান মিশনরীগী থবক পায়থনবা লম মচেং অমা পীখি। কোম্নংদা কোলেজ লীঙথংলবদা P.C. Methew না মণিপুরগী চিফ কমিশ্নার পায়রবদা হৌজিক M.B.C.C. ( Manipur Baptist Christian Centre ) লৈরিবা মফম অসিদা হোংদোকখি। অঙোম পোয়োম সিংহনা

ক্রাঁস ৈাবাক্তা ইন্টপ্রেটর ওইনা লৈরিঙৈদা এম, কে সিমরেনা মহাক্কী মহুৎ শিন্দুনা উখ্রুল এম. ই স্কুলগী হেড মাস্টর ওই।

খৃঃ ১৯:৬ তা মিশনরীগী হেড কাটর কাংপোকপীদা হোংই। ১৯:৬ ইংদা কাংপোকপী এম. ই স্কুল লীংখৎলি। এম, কে. শিমরেনা হেড মাস্টর ওই। ডাঃ জি, জি, ক্রোসিয়ারগী লমজিং মথাদা মিশন হোসপিটাল লীংখৎলি। মতম অচুদা কাংপোকপী অসি মিশনরী থক্তগী নত্তনা চীংমী পুন্নমক্কী Cosmopolitan Town ওইরাংই। লময়ানবা চীংমী মচিংবশিং— মেজর খথিং, শিবো লোয়রে়ো, রিশাং কৈশিং অমদি ডাইহো স্কুল অসিগী পোক্তোক ড্রাওনি। নিংশিংবা য়াই— মেজর খথিং কাংপোকপীদা তম্না লোইরগা গৌহাটি কটন কোলেজদা মখা তুম্থখি।

চহী খপী মন্হংবা পেটিগ্র সাহেব মণিপুরদগী ট্রান্সফর তৌরগা, লাক্তোক্তা কারসন ওইরা র ওইখি। মথংদা আর্মী কেপটন ওইখ। অদুগা মণিপুর মিশনরীনা পেটিগ্রু সাহেবকা ত্তৌবীনস কাউদি। মদুবা নরুম পইহুনা উখ্রুল কোলেজবু "পেটিগ্রু কোলেজ" মিংখোনবদা নত্তনা পেটিগ্রুগী নুপী এলিস-কী মমিং থোহনা "এলিস হায়স্কুল" হায়না মিংথোনবা মিশনরীশিংনা চলাইবা স্কুল অমম্ব উখ্রুলদা লৈ।

ডঃ ইরল-ই-ব্লোক (Dr Farl E. Bleck) বা পেটিগ্রুগী মহুৎশিন্দুনা মিশনরীগী থৌ পুরমই। মহাক্কা ১৯৫৫ ইং ফাওবা থৌ অসি পুরবা তুংদা ইউ-এম ফোক্স (U. M. Fox) না মহাক্কী মহুৎ শিনহোই।

চীংমী-তমপমী মরক্তা অঙোম পোরোম সিংহনা ইচ্যান হান্না খৃষ্টানীতি লৌখি। চীংদনা এম, কে, সিময়ে (উখ্রুল) না অহানবনি। শ্রীপোরোম সিংহ মতম অহনা নঙ্গা ওইরি। মন্নুং মতম চারবা কান্দা চিংজারোইদগী খৃষ্টান মুপী লৌই। মচানিপা কোইরেং ডাক্টরনি। মচাগুপীদু নর্স ওই। ১৯৪৪ ইংদা শ্রীপোরোম সিংহ অহল ওইদুনা মিশনরীদগী পোখাত্ৰবদা মচানিপা শ্রীধৰ্ম্ম সিংহনা মপাবুংগী মফং শিন্দুনা মিশনরীগী থৌ পুই। এম, কে সিময়েনা ১৯১৯ ইংদা কলিকতা সরামপুর Theological College দা মিশনরী ট্রেনিং ফংলবা তুংদা ১৯৪৮ ইংগী আইন সভা ইলেক্সনদা কাদুনা এম এল, এ ওই। মেজর খথিংদু ভোট কাই অমসুং হিল মিনিস্টর ওই। মাখা প্রিয়োব্রতনা চিফ মিনিস্টর ওইবা মতম মন্ত্রীমণ্ডলগী রাজি। এম, কে, শিময়ে ১৯৬৭ ইং মার্চ ১৬ তা তাইবংপান্দা থাদোকখ্রবদু মপান্নী ৱাই, কে, শিময়ে ( First Executive Engineer/ Education Cell )না সরকারগী থবক্তগী পোখাবগা লোয়ননা উখ্রুল Phungyo Baptist Church গী পাষ্টর ওইদুনা মিশনরী থৌ পুই।

চীংগী মরক্তা মেট্রিক অহানবা অসি আর স্কুইসাবি। মচাক ১৯৫৭ ইংগী ইলেকসনদা ভোট কাই। ১৯৬২ ইংদা এম, পী, কাই। ১৯৬৫ ইংদগী অন্দরগ্রাউণ্ড চঙথি মিঃ ফিজোগী মতুং ইন্নথি।

পেটিগ্রু সাহেবনা মৈতৈ অমতগী যুগ চঙদনা ধৰ্ম্ম শন্দোকখিদে। ইস্কালদা লৈবা চীংমীশিংগীদমক থাদৈবন্দ মযাম

হৌজিক্কী এঃ বিঃ সিঃ হায়রব কেকেন্দ্রগী লৈরীবা অসিদা মহারাজনা জগা অমা পীদুনা মিশনরী ৱার্ক চৎলমই। সদর হিলস পুরক্পা পোরোম সিংহনা মফম অসি পায়শিল্লমই।

পোরোমসিংহনা সদর হিলস এরিয়া পুবক্তুম পাখো (মোটবুং কোলেজগী প্রিন্সিপাল হেনখোগী মপাবুং) না তমেং-লোং এরিয়া পুই। কুকি মরক্তা হেলপুংনা লময়ানবা খৃষ্টান ওইবগা লোয়ননা কুকি মরক্তা খৃষ্টানীতি শন্দোকপা থৌ পুরমই। থাদৌ কুকি মরক্তা লময়ানবা ওইখিবনা সিংসন ছুলহাওবা। মহাক অহানবা লাক্লাওদা ক্লাস লৈবাক্তা ইন্টপ্রেটর ওইরম্বনি। কোহিমা মিশন হায় স্কুলদা লাইরিক তম্লকই। ১৯২৬ তা কাং-পোকপী মিশন প্রাইমারী স্কুলগী হেড মাস্টর ওইরমই। ১৯৩১ দগী কাংপোকপী মিশন হোসপিটালদা Dr. G. G. Crozier কী মখাদা মিশনগী থৌ পুরমই।

থাদৌ কুকিগী টেক্সবুক অয়াম্বা ছুলহাওবা ইবনি। মতম অসিদা গারো হিলদগী লাকপা এবন মেলমিন থাইনা আবন-বাবু হায়বা থওনবা অমদা কাংপোকপী মিশন হোসপিটাল পুরমই। মহাক্তা উজ্জ্বল বুংপা নিডোল অমা লৌদুনা লমদম অদুদা খৃষ্টানীতি শন্দোক্লমই। মহাক ১৯৪০ ইংদা শিখি। ১৯৪৮ ইংদা আইন সভাগী এম. এল. এ. অমসুং মিনিস্টর ওইরবা তেব কায়োং ১৯০৮ দা খৃষ্টান ধর্মদা লাইমিং লৌদুনা কোম ট্রাইবতা অহানবা লময়ানবা খৃষ্টান ওইরমই। ১৯২৯ দগী ১৯৪২ কাওবদা মাংবং মরক্তা খৃষ্টান ধর্ম শন্দোকপগী থৌ

পুরমই। আর, লুইসানা মাও এখিরা পুরমই। মতম অদুদা আর. খখিংবু আদাম গোভর্ণরগী সেক্যুরিটি কমিশনর-কম-এডভাইজর হাপখি। মহাক্কী মরাম্বা এনজি, রানাও (অহানবা কম্পাউন্দর ডাক্তর)না ওইনাম মাও মনুংদা পাইচ্চ ওইরমই। ভি, কনিটথাংনা উখ্রুল মায়কৈ পুরম্বদগী সুপরিন্টেন্দিং পাউর ওইদুনা আসাম, নাগালেণ্ড অমসুং মণিপুরগী চৌংগী কাচিন কোয়া চত্তুনা খৃষ্টাগীতি শিক্ষম য়েংশিন্নমই। মহাক্কী মথংদা রামখুন পাসেনা থৌ অসি পুখি।

ভেব কায়রোংনা রাজনীতি চঙখিবদগী চান্দেল জিলাদা আর, থোমা (কোম্রাথাবীগী শিংথৌ) অমসুং ঙমদিন (খুল্লাকপা, মোনো অমসুং অংনাল মরিং জিলাসিগী লময়ানবা মরিসিনা খৃষ্টানীতি শন্দোক্লমই। চন্দেল জিলাদা ইকোন কোয়া খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখিবা থুঙংদি কাথানি। খুলসিগী এজা অমু অমসুং ওজা কেয়াণী কৌবা অনীনা ১৯৬০ ইংদা খৃষ্টান ধর্ম পুশিন্নকখি। অহল লম্মনদি হায়গী হিন্দু ধর্ম্মগী পাংথৈদা লৈমি। ১৯৭০ ইংদা কাছাড়দগী লাকপা তোম্বাওবা কৌবা খৃষ্টান মৈতৈমচা অমনা খুলসিদা গীর্জা লীংখৎখি। অদুবু অহল্লোন মহায়োল অমদি মৈতৈ খৃষ্টান অনীগী থৌরী চিংনবগী মুক্লবা থোক্লি। কাথা মৈতৈ খুন্দা খৃস্টান ধর্ম্মনা লোইচনখিবগী মরমদি— (১) ভন্পাক্কী মৈতৈশিংদগী থাম্না (২) চৌংমীশিংগা চায়ো-মৌয়োনবা তোইশিন্নকপা (৩) খৃষ্টান ধর্ম্মগী প্রচার কনশিন্নকপা অসিদগীনি।

ইফাল শহরগ মরোলদা খৃষ্টানশিংগী মমি শাখিবদি ১৯২০ ইং অহৌবাইদগীনি হায়বা ভাই। কৈশামখোংদা অহানবা চর্চ শাখি। খৃষ্টান চংশাগা চংভবগা থবনবা মুক্রবা খোকপাদগী ইমুং ৫ থাংমৈবক্ষ মমাঙদা য়ুম হোংখিরগী বা বাবীনরি। সেম-পাঙ্গ খুঙ্গঙ্গ চর্চ শাবদগী এটেক তৌনফনা খৃষ্টান ও শিংখি ১১ শোকখি।

ভারত সরকারনা Inner line Permission থিংখিব-দগী মীরৈবাকী খৃষ্টান প্রচারক লাকখিবদগী কেরেলাগী খৃষ্টান Fathers, Bishops and Sisters না থৌ অসি পুরে। ১৯৫৬ ইংদা Father Revalico and Father Beankey of Silesian Don Bosco ইম্ফালদা থুংলফনা Don Bosco স্কুল হৌদোকপীরমই।

মণিপুরদা লৈরিবা খৃষ্টান মিশনরী সংস্থাশিং—Roman Catholic, American Baptist Mission, Seven Days Avenlists, salvation Army, Kuki and Mizo Churches, Free Apostlic Church অসিনচিংবনি। খৃ: ১৯১৭ তা অহানবা খৃষ্টান এসোসিএসনগী মিটিং উখ্রুলদা তৌখি। Manipur Baptist Convension ১৯২৮ ইংদা কাংলুপ্পীদা ফমখি। ১৯৩৬ ইংদা Golden Jubilee পাঙ-থোকখি। ১৯৭৯ ইংদা Bible Version মৈতৈলোন্দা হন্দোকই। ১৯৪০ ইংদা তাংখুল লোন্দা হন্দোকই। কুকি Convension ১৯৬৭ কী মার্চ তা ৩০ দা ফমই। অসুম্না মণিপুরদা খৃষ্টান